

চিত্রকলা রত্না রাজকুমার চন্দ্রজিৎসনা সিংহ
(আরকেসিএস)
১৯২৪-২০০৪

**ফোঙড্রিবা লাইরিকশিং ঃ**

১। History of Manipur in Paintings by RKCS
২। Cultural Paintings of Manipur by RKCS
৩। With my visitors by RKCS
৪। ঐগী পুন্সী ৱাবি, ইজবা RKCS
৫। RKCS, a story in photographs
৬। Sketches and drawing of RKCS
৭। আরকেসিএসনা ইবম্বা ৱাবেংশিং
৮। RKCS, a press review

**মনা মথুম, রেকোর্দ অমসুং ইকাইখুম্নখিবা ঃ**

১) থিযেটর সেন্টর মণিপুরগী **"বেষ্ট ষ্টেজ দেকোরেটর"** (১৯৬০)
২) মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী **"শীল্প ভুষন"** (১৯৮১)
৩) মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী **"ফেল্লো"** (১৯৮৯)
৪) মণিপুর সরকারগী বিপল্লীক দে থৌরমদা **"গোল্ড মেদল"** (১৯৯১)
৫) লীমকা বুক ওফ রেকোর্দস **"মোষ্ট একজিবিট এট সোলো একজিবিসন"** (১৯৯৪)
৬) বোটৰী ক্লবকী **"সিনিয়ার সিতিজন"** (২০০১)
৭) মণিপুর দ্রামাতিক ইউনিযনগী **"গন্তিনী এৱার্দ"** (২০০৩)
৮) মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী **"চিত্রকলা রত্না"** (২০০৫)



**চিত্রকলা রত্না রাজকুমা**
**(আরকে**
**১৯২৪-**

**ফোঙদ্রিবা লাইরিকশিং ঃ**

১। History of Mani
by RKCS

২। Cultural Paintir
by RKCS

৩। With my visitor:

৪। ঐগী পুন্সী ৱারি, ইজ

৫। RKCS, a story i

৬। Sketches and dr:

৭। আরকেসিএসনা ইর:

৮। RKCS, a press r

**মনা মথুম, রেকোর্দ অমসুং**

১) থিয়েটব সেন্টব ম
**দেকোরেটর"** (১৯

২) মণিপুবী সাহিত্য পরি
(১৯৮১)

৩) মণিপুর ষ্টেট কলা
(১৯৮৯)

৪) মণিপুর সরকারগী
**"গোল্ড মেদল"** (১

৫) লীমকা বুক ওফ বেবে
**এট সোলো একজিবি**

৬) রোটরী ক্লবকী "
(২০০১)

৭) মণিপুর ড্রামাতিক
**এৱার্দ"** (২০০৩)

৮) মণিপুরী সাহিত্য পরি
(২০০৫)

অহানবা থোকপা : ওক্তোবর ১৩, ২০০৫ ইং

কোপিরাইট : অফোঙবা

[illegible] : ১০০০

কোভর রিএলাইজেসন : আই সি এস দেন,
কৈশামপাৎ কৈশামথোং রোদ,
ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১

কোভর কন্সেপ্ত এণ্ড দিজাইন : বুধিমন্ত কর্তা

মমল : ৩১০/- ( লাইব্রেরী এডিসন )

নম্ফম : ডিজিতেল প্রিন্টর্স,
কেশামপাৎ, কেশামথোং রোড

মখুম নম্বম : বি সি পি. দবলিউ
[illegible]

ওক্তোবর তাং ১৩, ২০০৫ ইং,
৮১শুবা ককাগী মপোক কুমওন লাকপদা,
লৈহৌরিবা নচা-নশু ইমুং-মনুং খ্বাই খিবীক্না,
পুকচেল শেংনা কৎচবা শ্রদ্ধাঞ্জলি।

## য়াওফম তাকপা

# ৱাহৌদোক

অঙলবা মণিপুরগী লন ওইনা ঐখোয়গী ইরক্তা অরংবা থৱানমিচাক্কুম ঙাল্লম্বা, মহাক্না তৌজরিবা কলাগী লমদা কৎথোকপা অমগী মগুণগা লোইননা মণিপুরগী লাই য়েকপগী ইতিহাসতা হাঙদুনা লৈহৌরমগদবা, ধর্ম্মগী, নাৎকী ওইবা চৎনা লোনচৎ, পরম পরাবু শক্ তাকপা অমসুং হৌখ্রবা মণিপুরগী ইতিহাসনচিংবা লাই কয়া মণিপুর ইমাগীদমক্কী খঞ্জদুনা অততাই ওইনা তুংগী মীয়োলগীদমক অয়েকপা লাই ওইনা মেনশিন্দুনা থম্মিরম্বা ঐগী ইনাও রাজকুমার চন্দ্রজিৎসনা মীয়াম্না আরকেসিএস হায়না হেন্না খঙনবা কলাকার অসিনা ইথঙ খঙঙৌদনা লৈখিদবদা থম্মোয় শোক্না নুংঙাইখিদে। চহি খরদি লৈবা য়ারিবনি ইনাওদু, অদুবু ২১শুবা চহীচা চংলক্রবা ফাওবা, মীওইবনা অতোম্পা গ্রহদা খোংদাবা ফাওবা ঙম্লবা যুগ অসি ফাওবদা লাপ্লেঙনবা ঙমদ্রিবা তমখিরবা কেন্সর কৌবা অনাবা অদুনা শেৎতুনা, মুন্দুনা পুবিখ্রে ঐখোয়গী তাঙলবা লুনা লৌজরিবা ঐগী ইনাও চন্দ্রজিৎসনা হৌখিবা নবেম্বরগী তাং ২০, ২০০৪ ইংদা। মহাক্কী অনাবা অসি মতম খরা কুইরম্লগনি খল্লি অদুবু মাগী মরিলদি অঙকপনি শোল্লবসু শোন্না থবক্তী লেপখিদে, পোখাবা হৈখিদে। লৈবাক্কী কান্নবনিবু হায়রবদি পুন্সিগী অয়োয়বা মীৎকুপ ফাওবা মখুৎতগী তুরি থাখিদে। মাগী নাক্তা য়াম্না তোইনা চৎপা ঙমদ্রবসু, মহাক্না লৈবাক্কীদমক্তা তৌরিবা দানশিংগী মরমদা খঙবা অমসুং তাবদি কুইরে, অদুবু মহাক লৈরিঙৈদো নোংমা মাগী লাইশিং য়েংবা অতম্না চৎখি। মাগী অয়েকপা মমল নাইদ্রবা পোথোক কয়া য়েংবগী তাঞ্জা অদু ফংজখি। লাইশিংদু অয়াম্বনা মণিপুরগী ইতিহাস্তা য়ুম্ফম ওইবনি। লাইশিংদু উরুবা মীৎকুপ্তা ঐনা খনখি, মানা তৌরিবা থবকশিং অসি লৈবাক্কীনি, কথোকপনি, অদুনা, নোংমদি শোয়দনা মাবু মীয়াম্না অসুক্কী মতিক মমল নাইদনা শিংথারক্কনি। চাউথোকচখি, ঐখোয় পুম্বা, মাগুম্বা অমা ঐখোয়গী ইরক্তা লোইনরম্বা। মহাক্কী ময়ুম অমসুং মহাক্না থম্মীরম্বা আর্ট গেলরি ঙসিদি মালেমগী লম কোয়বা কয়াগী পম্বুং ওইনরিবনি। মরমদুনা মহাক লৈখিদবদা মণিপুরগী মীপুম খুদিঙনা মহাক কায়নবগী অৱাবা পোৎলুম অমা পুখিবা! মাইকৈ কয়াদগী মহাকপু শীংথাদুনা তেংথানখিবা!

ঙসিদী মহাক্কী মচাশিংনা লৈখিদ্রবা মপা ইবুংঙোগী মরমদা লৈবাক মীয়াম্না খবরগী থোঙদা অৱাবা ফোঙদোক্লখিবা, অইবা ওইনা শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎনরকখিবা, মহাক্কী মরমদা নিংশিঙদুনা শৈথাখিবা ৱারেং, শৈরেং কয়াবু খোমজিন্দুনা লাইরিক অমা ওইনা ফোঙদোক্লগনি খঙবদা অসুক্কী মতিক নুংঙাইবা ফাওই। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা মচাক পুম্না মহাক লৈখিদবদা ফোঙদোক্লখিবা তেংথাখোল ঙাক্তনি। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারেংশিংদা মহাক্কী মতিক মগুণ, অঙাং ওইরিঙৈগী পুন্সিগী মরমদা কুপ্না ইবা, মহাক্কী মরমদা ঐখোয়না খঙহৌদবা অরিবা রেকোর্দ কয়া, মরিক চুন্না ফোঙদোক্লরক্নী। মহাক্না মণিপুর থিয়েটরগী লমদা তৌরম্বা দান কয়াগী মরিক চুন্না ইবা ৱারেংসু য়াওরি।

মহাক লৈখিদবা নুমিৎ কংলাবু মণিপুরগী মীয়ামদা ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টর ডাঃ মনমোহন সিংহনা খুশিন্নবা নুমিৎ, খুৎশিন্নবগী থৌরমদা মণিপুরগী চিফ মিনিষ্টর শ্রী ও. ইবোবীনা মহাক্কী পুন্সিগী ইকোন কোনবা লাই কংলাগী গোবিন্দগী শক্তমবু রাজ্য অসিগী খুদোল ওইনা প্রাইম মিনিষ্টরদা খুদোল তমখিবা কয়া মরিক চুন্না পল্লি।

মপুং ওইনা মহাকপু মণিপুরগী অতাংবা লন অমনি হায়না শিংথাবনা মপুং ওইবা লাইরিক্নী। আরকেসিএসকী মরমদা থিজনবা পাম্বা মীওইশিংগীদি হেন্না মমল নাইদ্রবা মচাক কয়া লাইরিক অসিদা য়াওরি, লাইরিক অসিগী মমিং **"আরকেসিএস মহাক লৈখিদকী তেংথাখোল"** মমিং অসিগা, মনুংদা য়াওরিবা মচাকশিংগা চানৈ। অসিগুম্বা লাইরিক অমা মচাশিংনা খোমজিন্দুনা পুখোরকপা হায়বা অসি তুংগী মীরোলদা ইথিল অমদি পিবা ঙল্লগানি মতুংদসু মহাক্না থম্বিরম্বা মচাক মথুম কয়াবু খোমজিন্দুনা অতোপ-অতোপ্পা লাইরিকশিং খরগা পুখোরক্লবদি ঐখোয় পুন্নমক্কী হেন্না য়াইফবা ওইগনি খল্লি অমসুং মথঙ মথঙ মতিং লৈবা লাইরিক কয়া মহাক্কী মরমদা ফোঙদোরক্তুনা ইনাক খুল্লবা মণিপুরগী সাহিত্যগী লনগৈদা হাপচিল্লকপা ঙম্বা ওইসনু।

সেপ্তেম্বর তাং ৬, ২০০৫ ইং

শীতলজিৎ
কৈশামথোং তোপ লৈরক, ইম্ফাল।

# খোমজিঙ্গবগী ব্রারোল

পোকলক্লবদি জিব অমা ওইনা মালেমসিদা, শিবা তাবনী শোয়দনা নোংমদি। শিবা হায়রিবা পুংফম অদুনা য়ৌরকপদা লিৎথহৌবা ঙমগদবা কনাসু লৈতে মালেমসিদা। ঐগী অপোকপা গুরুদেবনা হায়বিরম্মী "লাই য়েকপনা ঐগী পোথাবনি, ঐদি পোথাবা ওইনা লাই য়েকপনি" তশেংনা ঐখোয়গী ককাদু* পোথাবা হৈখিদে। অসুম্না পুন্সীগী অরোইবা মীকুপ ফাওবা অপেনবা কৌবা লৈখিদে, লাই য়েকপা হায়বা কলা অসিদদি। তোয়না ঐঙোন্দা শোল্লম্বা অমনা "য়েক্লীংবা কয়া অমা লৈরি অদুবু ঐগী মতম লোয়রে . . ., ঐবু পুগদবগী ঙাইদুনা লৈরে, ঐ খঙঙি নারিবা অনাবা অসি কেন্সরনি।" কেন্সর হেক হায়রদি তাবা নুংঙায়তে হায়দুনা ঐনা কেন্সরগুম্বা লয়নানি, লয়না অসিগী মমিং "হেপাতোমা" কৌই হায়না খুমজখি। কেন্সর নারে খঙখিবা নুমিৎতু, ঐ থব্রায় য়াম্না ব্রাখি, ঐখোয়না কেন্সরবু ফন্দ্রবা, মীনুংশি য়াওদ্রবা তমথিরবা অনাবা অমনি হায়দুনা হঙ্গোয় তুকৎচনৈ অদুবু তুকৎচনরিবা, মমিং পনবদা তুজুংনরিবা অনাবা অসিনা ঐখোয়বু পোকপিরম্বা ককাবু লানবীখিবা ওইবনা, কেন্সর নং, ঐগী ইপামকপু লানবীখিবনা নংবু লুনা লৌজরি, নংদি মীবু শান্তী ফংহনবীবা ঙম্বা, হে অথোইবা, লয়নালক্তগী অথোইবনি . . .

ঐখোয়বু পোকপিরম্বা গুরুদেবনা মশাগী অনাবা অমদগী মতম খরা নারম্লগা খঙহৌদনা লৈখিদবদা থম্মোয়দা বর্জা তাখি। থম্মোয় কায়বমখৈ ব্রাখি। ঐখোয় য়াম্না কপ্‌খি, মখোল থোক্লা কপখি। কাইনরমদাই মিৎকুপতা নাশোন পিক্লা "হরিনাম শোল্লকউ" ইবেম, ঐ য়াদ্রে হায়না ঐগী ইচেমশীদা চিনবান খরা লেঙবোই লাকপোই তৌরগা ঈঙ্গীৎ পীরকই। মশিনা অরোইবা মীকুপনী, ঐখোয়গী নুংশিজরবা ককাগী। নারিবা অনাবা অসি কনবা ঙম্লরোইদবা হায়নবি কেন্সরনি খঙলবনিনা সেবা নিংথিজনা তৌবা ফংজখিবা অদুনা ঐখোয় পুন্নমক্কী অপেনবা অমদি ওইজখি। ঐগী পুন্সীদা খ্বাইদগী পেলহৌদবা

অমনা লৈখিদবা পুংফম অদুমক্তদা প্রাইম মিনিষ্টরগী লোইনবীনা লাক্কদবগী রিহারসেল পাংথোকপগী তাঞ্জা অদুমক্তনি ককাগী অরোইবা ওইখিবা। খঞ্জরম্বনি ঐহাক্না অরোইবা মীৎকুপতু ফাওবদংদি সেবা তৌবা ঙমজগে হায়না অদুবু চরাংনবা মীৎকুপ ওইখিবনা অরোইবা সেবা য়াওবা নংহৌদে, রিহারসেল হেক লোয়বগা ঐনা চেনশিন্দুনা য়েংবদদি পুন্সিগী অরোইবা শ্বরনা হোন্দোকখ্রগা, অমুক হন্না হোঞ্জিল্লকত্রবা পুংফমদু ওইখি। অদুবু ঐদি মীৎলুদ্গী পিরাং শীম্থ-শীম্থনা থব্রায় য়াওদ্রবা ককাগী য়েৎ থঙবা খূবী শোয় (থম প্রীন্ট) লৌজহৌই। খূবীগী শোয় অদুনা ঐখোয়বু কায়নবগী অয়াবা লৌবগী শহিনি খঞ্জহৌরগে।

ঙসিসু শং-শং নিংশিঙদুনা লৈরিবা অমনা চৎপদা চৈশুগী মতেং য়াওদ্রবদি খোঙ থাঙবা ঙম্লকত্রবা, পাঙ্গল য়াওদ্রবা, শদোং য়াওদ্রবা হকচাংদুনা হনবা লৈতনা ঐনা তৌগদবা ব্রাৎলি, ঐ শিবা য়াদ্রি হায়দুনা পোত্থা পোত্থা নীংশিঙ-নীংশিঙ, হৌখ্রবা পুন্সীগী মরমদা ওটোবাইওগ্রাফী অমা ইবিরম্মী ইবা হৌবদি কুইরবনি, অব্রাৎপা খরা হাপচিনবগী ব্রানি। ককাগী পুন্সীগী অরোইবা মতাংদদী তুরি থক্তনা য়েকপা লাইশিং য়েকপা পেল্লকত্রদুনা কলম্না পুন্সিবু নুংশিনা নিংশিঙ নিংশিঙ ইদুনা য়েকপীরম্মী।

ঐখোয়বু কোনবিরম্বা ককা, ঐখোয়সু থাদোক্তুনা চৎখ্রে, অমুক্তং হল্লকখো হায়বসু হল্লকলরোইদবা মফমদুদনি চৎখিবা, ঐখোয় হৌজিক করি তৌবা তায়, ককাগী করি করি তৌবা য়াবগে সুম-সুম খঞ্জরকপদা থম্মোয়দা খঙহৌদনা ইথিল অমা লাক্তুনা গুরুদেব ককাগী ৮১শুবা মপোক কুমওন্দা লাইরিক অমত্তংদি পুথোকচগে খঞ্জখি। পুন্সিগী ওইনা খুৎতা কলম পাইদুনা সাহিত্যগী লৈচল অমফাওবা শেম্বা হৈজদ্রিবা ঐহাক্না করম হায়না লাইরিক অমা পুথোক্কদৌরিবনো, ইতোম্তা হংজখি ব্রাহং ওইনা, অদুবু ককা লৈখিদবদা ঐখোয় মচা, মশুশিং, ইমুং - মনুংখক্তগী অব্রাবনি খঞ্জখিবা অদুগী ওন্না তৈনবদা প্রজা সেক্সন কয়াগী অব্রাবা তেংথাগী খোঞ্জেলনা পাউ চে কয়াদা খোম্থাং য়ৈরকখি, ককাবু হকথেংননা লোয়নজরকপা/লোয়নজরকপি মরুপ মপাং লাই, গুরু কয়ানা অইবা ওইনা শ্রাদ্ধঞ্জলি কৎপিরকপগী নিঙথিরবা ব্রাহৈশিংদু খোমজিঞ্জরগা,

লেংশিঞ্জবা লাইরিক্পী, "আরকেসিএস মহাক লৈখিদবগী তেংথাখোল।" লাইরিক অসিগী ব্রাহৌদোক মতেক অমত্তং ইবিদবা য়াদে হায়না হঙ্গৎচরুবদা ঐখোয়গী ককা মিং ওইনা পঞ্জরবদা শ্রী রাজকুমার শীতলজিৎ, ককানা হরাও হরাও থৌনা ফনা ইবিরকপগীদমক ককাগী মফমদা নচানা করিনা লমন শিংজগনি। ককাগী পুন্সী নুংশাংনা সেন্টিনরিয়ান অমা ওইবিদুনা ঈশ্বরগী সেবা মতম শাংনা ফংবা ওইবিয়ুকো। ঐখোয়গী অপোকপা গুরুদেববু লুনা চান্না তৌবিখিবদা নত্তনা ককাগী মরমদা খঙহৌবা কয়াবু ইবিরকপগীদমক্তা পাবুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহগী মফমদসু তৌবিমল খঙবা উৎচরি। ভক্তিশ্বরূপ দামোদর শ্বামীজীনা য়াম্না থাজদনা মপান লৈবাক্তগী নিংথিজরবা শ্রদ্ধাঞ্জলি অমা ইবিরকপগীদমক্তা শিংঙল্লরোইদবা লমন অমা তোনশিঞ্জরে, লোয়ন-লোয়ননা পাবুং লাইশ্রম সমরেন্দ্র, ডাঃ লমাবম গোজেন্দ্র সিংহ, পাবুং আর কে বিদুর, ইচেম্মা ডাঃ যামিনি দেবী, ঐজ্ঞা এ. চিত্রেশ্বর শর্ম্মা, ফাদর পিঃ ব্যাক্সী, আর এস জসাল, অনুপম বোর্দোলোই, কেঃ সরোজকুমার শর্ম্মা, মখোনমণি মোংশাবা, শরতচান্দ থিয়াম, মাইবম লন্নচন্দ্র, গীতাঞ্জলি সোরাম, ঐচ. সোমোরেন্দ্র, হাওবম সনাজাওবা, বুধ চিংথাম, থিঙ্গোম মঙ্গী, ডাঃ কে. সোবিতা দেবী অমসুং অথৌবগী ষ্টাফ রিপোর্টরনচিংবগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচরি। মথংদা, অব্রাবা ফোংদোকপগী মেসেজ থাবিরকপা সংস্থানশিং, কন্দোলেন্স বুক্তা অব্রাবা ফোংদোকপিরম্বা খ্বাই পুন্নমকপুসু তৌবিমল খঙবা উৎচরি, লোয়ন-লোয়ননা খবরগী থোঙদা অব্রাবা ফোঙদোকপিরকপা সংস্থান পুন্নমকপু খুরুমজবগা লোয়ননা তৌবিমল খঙবা উৎচরি। লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা হরাও হরাও তেংবাং পীবিরকপশিংবু পুন্সীগী কাওবা ঙল্লরোইদবা লমন তোনশিঞ্জরে লৌজরগে। লাইরিক অসিবু পাবিরীবশিংনা অরান অহুই কয়া য়াওবা থেঙনবিরবদি করিসু খঙজদ্রিবা অঙাং নব্রানা তৌজবনি খনবিরগা ঙাকপিগনি নিংজৈ।

তাং ঃ সেপ্তেম্বর ৬, ২০০৫ ইং

বুধিমন্ত কর্ত্তা

---

* ককা = ঐখোয়গী অপোকপগী মফমদা কৌজবা মিংগৌনি।

# RENOWNED ARTIST RKCS PASSES AWAY

e-pao.net

**Imphal, November 20 :** Renowned painter and a doyen among the local painters in the domain of fine arts, Rajkumar Chandrajitsana Singh, popularly known as RKCS passed away at his Keishamthong residence after a prolonged illness today. According to family source, RKCS has not been keeping well since February last and he breathed his last around 11 a.m. today. He was 81 and left behind his wife RK Leirikshija, six sons and two daughters. Born on October 13, 1924 at Keishamthong, Rajkumar Chandrajitsana Singh was the second son of late RK Yumjaosana Singh, who was also a noted painter of his time.

RK Budhimanta, son of RKCS told media persons that his father has not been well since February last. RKCS has over 10,000 paintings to his credit and his works have been appreciated the whole over. He has also been bestowed with numerous titles and honours including "Shilpa Bushan" by Manipuri Sahitya Parishad and "Fellow by Manipuri State Kala Akademi. Most of his works portrayed cultural and historical elements of Manipur and its people. RKCS imbibed the creative genius from his father and started his painting career very early in life. But it was in 1947 that he firstly painted the publicity pictures of Hindi film with '**Dekhoji**' screened at the then Victory Cinema Hall. In the same year, he also started painting film posters and cut out publicity for Friend Talkies with '**Samson and Daliela**'. RKCS also illustrated the Students' Drawing Book for class I to IV, which were prescribed as drawing books in the curriculum for school

children till 1972. His name too has been entered in the Limca Book of Records, 1994 for the feat of most exhibits by a single artist on his Historical Paintings Exhibition held at Imphal in 1990. The exhibition was sponsored by Manipur State Kala Akademi.

The paintings of RKCS are considered as prized procession and many visiting dignitories and foreign tourists made it a point to visit his gallery and see the artist at work. Among the notable personalities who have been presented and become the proud owners of RKCS's brushstroke wonders are first President of India Dr. Rajendra Prasad, former President Gyani Jail Singh, Late Prime Minister Rajiv Gandhi, former Prime Minister IK Gujral, Deve Gawda, Atal Bihari Vajpayee, former Manipur Governors BK Nehru, O.N. Shrivastava and Lata Mangeskar.

Though the noted painter passed away today, as a mark of honour to him, the State Government today presented one of his works entitled Kangla - "the glory of Manipuri Civilisation" to Prime Minister Dr. Manmohon Singh. Chief Minister O. Ibobi Singh presented the painting as State Gift to the visiting dignitory at the occasion of handing over Kangla to the people of Manipur. Besides being the chairman of Arts Society Manipur, RKCS was also the member of the Demand Committee, Fine Arts Wing of Manipur State Kala Akademi during his lifetime.

## ARTIST RKCS PASSES AWAY

Kanglaonline.com

**Imphal, November, 20 :** Eminent artist, Rajkumar Chandrajit Sana Singh passed away of a sudden illness at his residence at Keishamthong Mathak at around 11 a.m. this morning.

A known workaholic despite his advancing age, he was working as the chairman of the Arts Society

The 81-years old artist left for his heavenly abode in bizarre circumstances, hours before the scheduled visit of Gursharan Kaur, the wife of the Prime Minister Dr. Manmohan Singh.



*RKCS at work, 2001*

According to sources, hectic security preparation for the arrival of the visiting dignitaries, which was going on at full swing was brought to a freeze by the stupefying news of his demise.

Family members quickly notified the news to bewildered government officials and the programme was put off.

The octagenerian who became a house-hold name as RKCS, derived from his initials, was born on October 13, 1924 to RK Yumjao Sana and Angom ningol Shija Yaima. He was married to Leirik Shija and together had six sons and two daughters.

The prolific painter, who have more than ten thousand paintings under his belt was to be honoured for his paintings on Kangla. As fate willed, the collection which was on the theme, "Kangla-the glory of Manipuri civilisation" also turned out to be his last.

Besides, he was luminary in the field of cinema poster painting in the state where he remained unassailed. He made his debut in 1947 with the picture of the film Dekhoji and the rest was history. In 1994, the acclaimed painter entered the Limca Book of Records.

His paintings have also been displayed in almost all states of the country and above twenty countries.

Assam Rifles and Manipur Pradesh Congress Committee had procurred his paintings of Kangla Gate and Raas Leela as present for Dr. Manmohan Singh.

# শ্রদ্ধাঞ্জলী

ভক্তি স্বরূপ দামোদর স্বামী
ইসকোন অচার্য্য, ইম্ফাল, সঙাইপ্রৌ

*মীওইবগী পুক্নিংগী অনীংববু য়ৌনা ফোঙদোক্তুনা
য়েকপা ওম্বা অসিগুম্বা তাঙলবা চিত্রকার অসি ঈশ্বরগী
থৌজাল ফংলবা মীশক অমনি . . .*



আরকেসিএস অমসুং ভক্তী স্বরূপ দামোদর স্বামী

লৈবাক খ্বাইনা আর কে সি এস হায়না খঙনরবা শ্রীরাজকুমার চন্দ্রজিৎ সনা লৈতবগী পাউ ফংবা নুমিৎ অদু ঐহাক থম্মোই শোক্না নুংঙাইখিদে। ইশাদা থুক লাউবা অমা ফাওখি। লোয়ননা ইথন্নতা খঞ্জখি ইমা লৈবাক ইরমদম মণিপুরগী কলাগী লমদা রত্ন ওইনা ঙাল্লম্বা তাঙলবা চিত্রকার অমা ঐখোয়গী ইরক্তগী চংখ্রে। অদুবু শ্রীকৃষ্ণগী থৌজান্দগী সনথ্যাগী শ্রাদ্ধ কর্ম্ম য়াওবা নংনবা থোকচরকখিবা অদুমক্না ঐগী থম্মোইদা অপেনবা অমদি ওইখি।



*আরেকেসিএসকী শ্রাদ্ধ কর্ম্মা য়াওবা লেণ্ডবিরক্লম্বা*

ঐহাক্কী ওইনদি সনখ্যাগী মিং, মতিক মগুণ তাজরকপদি ফনা কুইখ্রে। অদুবু শক্তা মিংগা কোন্ননা থঙজবা নুমিৎতি ইং ১৯৮২-৮৩গী নোংমা মপান লৈবাক্তগী মণিপুরদা লাকপা নুমিৎ অমদা ঐহাক ইশামক্তা সনখ্যাগী শঙ্গায়দা চত্তুনা সনখ্যাগা উনজরুবা নুমিৎ অদুনি। নুমিৎ অদুমক্কী তারিখতি কুইমন্দুনা নীংশিংবা ঙমদ্রে। অদুগী মতুঙদগীদি সনখ্যাগা মশীং থিবা ঙমদবা উন্নজখ্রে। অহানবা উনবা নুমিৎ অদুদা ঐঙোন্দা সনখ্যানা য়েকপা ভক্তি ভাবনাদা য়ুম্ফম ওইবা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মমল য়াম্লবা লাই কয়া উৎপিখি। সনখ্যাগী লাইশিং অদুনা ঐহাকপু তশেংনা শুক্কৎখি। মীওইবগী পুক্লিংগী অনীংববু য়ৌনা ফোঙদোক্তুনা য়েকপা ঙম্বা অসিগুম্বা তাঙলবা চিত্রকার অসি ঈশ্বরগী থৌজাল ফংলবা মীশক অমনি হায়না মদুগী নুমিৎ অদুদগী সনখ্যাগী মফমদা থমজখিবা ঐগী থাজবনি।

য়েক-থোৎপা কলাগী লমদা সনখ্যানা তৌবিরম্বা অবদান তশেঙনা শীংথানীংঙাইহনি। হৌজিক হৌজিকমক ইসকোন মণিপুরগী মণিমন্দিরদা থেৎলিবা গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী শিক্ষাষ্টকমগী শ্লোক্তা য়ুম্ফম ওইরগা য়েকপা পুক্লিং হুনা ফজরবা অয়েকপা লাইশিং অসিমক ইসকোন্দা তৌবিরম্বা সনখ্যাগী মমল নাইদ্রবা খুদোলনি। শ্রীচৈতন্যমহাপ্রভুগী চহী ৫০০ শুরকপগী পালনগা মরী লৈননা ইং

১৯৮৬ তা সনখ্যানা য়েকপা লাই কয়া নোংচুপ বেঙ্গোলগী মায়াপুর ধামদা পুদুনা উৎচখি। লাইশিং অদুবু উজবা ফংজখিবা পৃথিবীগী ভক্ত বৈষ্ণব লিশিং কয়ানা সনখ্যাবু হায়নীংঙাই লৈতনা থাগৎনখি। ইসকোন্না শীন্দুনা ইং ১৯৮৬দা সিন্থেসিস ওফ সাইন্স এণ্ড রিলিজনদা য়ুম্ফম ওইবা ৱাৰ্লড কঙ্গ্রেস (পৃথিবীগী ধৰ্ম্মগী সভা) বোম্বেদা পাঙথোকপদসু সনখ্যাগী অখন্নবা লাইশিং উৎচখি। কঙ্গ্রেস অদুদা তিনখিবা পৃথিবীগী শক্লাইরবা মীশিংনা মহাক্লা য়েকপা লাইশিং অদু উরুবদগী মখোয়না সনখ্যাগা শক্কা শক্কা উনদুনা ৱারী শান্নীংবগী অপাম্বা উৎখি। মদুমক্তনা মরম ওইদুনা সনখ্যাবু অতম্লনা উননবগীদমক কলাবু নুংশিবা পৃথিবীগী মীওই কয়া মণিপুরদা লাকখি। ইসকোন মণিপুরগী ভক্তশিংনা হৌজিক হৌজিকমক ইসকোনগী মণিমন্দিরদা সেবা চৎচরিবা শ্রীমতি রাধারাণী অমদি শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রগী মূৰ্ত্তি অসিগী দিজাইন সনখ্যানা পুথোকপিখিবনি। সনখ্যানা য়েকপিবা শক্তম অদুমক রাজাস্তানগী কোনুং জয়পুরদা লৈবা অখন্নবা মূৰ্ত্তি সাবা হৈবা পাণ্ডে মূৰ্ত্তি ভাণ্ডারগী মীওইশিংদা য়েংহল্লগা মূৰ্ত্তি অনী অসি শাহল্লকপনি। নোংমসু সনখ্যাগা সনখ্যা শীতলজিৎ অমসুং ওঝা য়ুম্নাম য়াইমগা পুন্না শ্রীকৃষ্ণ প্রসাদ খুনমিন্নখিবা নুমিৎ অদু নীংশিংদবা ঙমদে। ঙরাংতা ওইরবোই নীংই। মদুদা ঐহাক্কা সনখ্যাগা য়াম্না চেৎনা ঙাংনজখিবা ৱাফম অমা নৌহৌনা নীংশিংলকই। মদুদি মণিপুরগী ইতিহাসসি পুরাণগী ওইবা খরা য়াওনা মহাভারতকী মতমদগী পিক্তোরেল দেস্ক্রপসন ওইনা আৰ্ট ফোৰ্মদা পুথোকসি খন্নজখি। হায়রিবা অসিমক আৰ্ট ফোৰ্মদা পুথোক্লবগী সনখ্যানা থৌরাং তৌরগে হায়না হরাও হরাও য়াবিখি। অদুবু ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী অতোম্পা থৌশিল অমা লৈরম্লে। ঐখোয়গী ইরক্তগী সনখ্যা চৎখ্রে।

মীওইবগী পুনশি তশেংনমক য়াম্না তেল্লি। অদুবু তেনখ্রবা মতম অসিগী মনুঙদা মীওইবগী য়াইফনবগীদমক মানা মানা হৈজবা শিনফমদা করিগুম্বা থরদং শ্রীকৃষ্ণগী সেবানি খন্না পাঙথোক্লম্বা অসিমক য়াম্না অচৌবা সেবানি। সনখ্যানা য়েকপিরম্বা শ্রীকৃষ্ণ লীলা, গৌরাঙ্গ লীলানচিংবগী অয়েকপা লাইশিং অসিমক ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা কৎচরম্বা অচৌবা সেবা অমনি।

নোংচুপ লৈবাকশিং মরুওইনা গ্রীস, রোম, ফ্রান্সনচিংবদা লৈরিবা থোইদোক হেন্দোক্লা নীংথিরবা কলাগী শক্তমশিং অসি ঐহাক্কা লোয়ননা অমুক্ত য়েংঙুনবা লেঙ্ঙুসি হায়না সনখ্যাদা তত্তনা হৌদোকচখি। অচঙবা খরচ লোইনমক ইসকোন্না পুথোকচগে হায়জখি। অদুবু মদুগী পাউখুম ওইনা নোকফেৎ নোংকফেৎ তৌনা, "মিৎ নানগা ফৎচিল্লক্তবনে, পাঙ্গলনা শোন্থরকপনে, চৎত্রবসু য়ারে", হায়না খুম্বীরকখি। তশেংবদি সনখ্যাগী থবক চিনমনবনা লম কোইবা চৎপগী মতম ফংলমদবা য়াই। অহল ওইরক্লবা মতমদদি হকচাঙ নোংমা নোংমগী খরা খরা শোকচিল্লকপগী ৱাফম তত্তনা ঐঙোন্দা পনবিরম্মী। অদুবু পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা জাতিগী মীওইশিংনা সনখ্যাগী অয়েকপা লাইশিং অসি খোয়দানা পান্না লৈনখিবদগী সনখ্যাগী থৱাইগা মান্নরবা লাইশিংনা মালেম শীন-থুংনা সনখ্যাগী মহুৎ শিন্দুনা চৎলি।

সনখ্যাগী মরমদা সুম নীংশিংলকপদা পন্দবা য়াদবা অমত্তং পনবা তারবদি ভারতকী মপান্দগী ইসকোনগী শক্লাইরবা ভক্ত কয়ামরুম ইসকোনগী থাগী চেফোঙ বেক-টু-গোদ হেদকী সম্পাদক জয়াদ্বৈত স্বামীনা লুচিংদুনা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মরমদা থিজিনবা মণিপুরদা লাক্লম্বদা সনখ্যানা মতেঙ য়াম্না পাংবিখি। সনখ্যাদি রাজর্ষিসিগী শূথাংনি। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মরমদা সনখ্যানা য়েকপিরম্বা লাই কয়া ইসকোনগী বেক-টু-গোদ হেদ্দগী নবেম্বর, দিসেম্বর ১৯৯৫ গী চেফোঙদা ফোঙখি। ফোঙখিবা লাইশিং অদুগী মরমদা পীবা ৱারেংশিং ইবদা সনখ্যাগী মনাওনুপা সনখ্যা গোপালসনাসু মতেঙ য়াম্না পাংবিরকখি। অসুম্না সনখ্যাগা ইসকোনগা লেঙদবা নিত্য ওইবা মরী অমা থমজবা ঙমখি। সনখ্যাদি ইসকোনগীদমক য়াম্না খনবিরম্বা, তৌবিরম্বা কলাকারনি। সনখ্যানা ইসকোনগীদমক্তা মণিপুরগী শক্লাইরবা চিত্রকার অমা ওইনা তৌবিরম্বা দান ইসকোনগী ভক্তশিংনা মতম চুম্পদা নীংশিংদুনা লৈহৌরগনি। সনখ্যাগী থৱাইনা মতম লৈবা খিবিক্তা ইংনা, চিক্লা শান্তি লৈনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ সেবা ফংবা ওইসনু।

হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে
হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে

# আর কে সি এসকী মরমদা ঐনা খণ্ডহৌবা

নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ
(মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা "সাহিত্য",
ফেব্রুৱারি - মে ২০০৫ দা কোণ্ডখিবদগী লৌথোকচবা)

*মহাক্তী কলাকার শাবা নত্তে, ফাওনবা হোংনখিবসু নত্তে,*
*মহাক্তী মণিপুর ইমাগী মশাইগোন্দো মণিপুর ইমাগী অহোবা,*
*অহাওবা কলাগী থবক কয়াবু মেনশিন্নবা লাইনা থারেকপা*
*অশেংবা কলাকারেনি।*

মীয়ামগীনা আর কে সি এস হায়রগা হেন্না খঙনবা ঐগী ইনাওনুপা সনখ্যা রাজকুমার চন্দ্রজিৎসনা অসি ঐনা থিজিনবদগী ফংজবা রেকোর্ড অমগী মতুংইন্নদি মহাক্তী রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রদগী তরুকশুবা থারানি। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মজাইবুংঙো মধুচন্দ্রগী থুৎনি। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা কলা অমসুং সংস্কৃতিদা থব্রায় লূপখিবা নিংথৌ ওইরম্বগী মহয়না ঙসিদি ইনিংথৌ অসিনা হৌদোকপীরম্বা জগোই রাস পৃথিবীদা শেগাক কায়না খঙদবা লৈত্রে; অসুন্না ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী চাদা-নাওদা ওইরম্বদুনা য়েকপা-খোৎপগী কলাগী মগুণ অসি সনখ্যা-চন্দ্রজিৎসনাগী ঈদা য়াওরকপা মগুণ ওইরমগনি খনজে। মপা ইবুংঙো রাজকুমার য়ুমজাওসনা মণিপুরগী লময়ানবা কলাকার অমা ওইরম্বদা নত্তনা অহল ওইরকপা মতমদদি নট সঙ্কীর্ত্তন্দা থব্রায় লূপচখিবা কলাকার অমা ওইখি। সনখ্যা য়ুমজাওসনা মতমদুগী লাইয়েকপা নিংথৌজম ভদ্রগী মতমদা ফাওমিন্নখিবা কলাকারনি। মণিপুরগী লাই য়েকপগী ইতিহাসতা কলাকার অনী অসিনা খ্বাইদগী মরুওইবা চিত্রকলাগী হৌরকফম ওইনরি। অসিদসু নত্তনা চন্দ্রজিৎসনাগী মথৌ ইবুংঙো রাজকুমার তোনবীর ওর্ফে গৌর সিংহ চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাক্তক্তা দোলাইরোই হঞ্জবা ওইরম্বদা নত্তনা লাই য়েকপা কলাকার অমসু ওইরম্মী। রাজকুমার গৌর সিংহনা পেনশিলনা চেদা য়েক্লম্বা "জিল্লা

দরবার" গী শক্তম অমা মণিপুর ষ্টেট ম্যুজিয়মনা কলেক তৌখ্রবনি। অসিদসু নত্তনা সনখ্যা চন্দ্রজিৎসনানা থব্রায়দগী হেন্না লূম্না লোৎতুনা তাঙনা কলেক্সন তৌদুনা থম্লম্বা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী ফুরিৎ অমসু ম্যুজিয়মদা দোনেট তৌখি। ফুরিৎ অদু ঙা ময়েক থোকপা লৈরোং কয়াসু য়াওবনি। কলেক্সন তৌবা মতমদা ঐনা সাক্ষী ওইখি, ইবেম্মা ডাঃ কেঃ সোবিতাগা পুন্না চৎতুনা সনখ্যাদা হায়জদুনা মসিমদি তাঙলবা ম্যুজিয়মগী পোৎ ওইহনবীরো, ঐখোয়না নীংথিজনা শেমজিঞ্জরগে হায়জরুবদা সনখ্যানা মুন্না মচা-মশু কয়াগা থন্নরগা মমৈথঙদা য়াবিরক্কুনা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী তাঙলবা ফুরিৎ ম্যুজিয়মদা কৎপিরকখি। অসিদসু নত্তনা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী অঙৌবা মচুগী কোয়েৎ অমসু ম্যুজিয়মদা খুদোল তৌবিরমখি। সনখ্যা কৎথোকপগী মগুণসু চেনবা কলাকারনি, কলাকার অসিনা মপা ইবুংঙো য়ুমজাওসনাগী মিংদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদতা "য়ূমজাওসনা নীংশিং সনাগী মেদল" কৌবা অমা কৎপিদুনা মণিপুরগী হৌরক্লিবা চিত্রকারশিংবু পূক্লিং থৌগৎপিরম্মী।



*সনখ্যা লৈখিদবসি ঐ য়াম্লো পেন্দে, পেলহৌদে ঃ খেলচন্দ্র*

আর কে সি এসকী অঙনবা, মহাক্কী পুন্সিগী মরমদা মুন্না খঙহৌদ্রবসু মহাক্কী মমিংদি লান হেক হঞ্জিন্নরকপা মতমদগী মণিপুরগী য়ূমথোঙ খূদিং খঙনবা হৌরক্লে। মতমদুদা অতোম্পা কলাকারশিংসু লৈতবদি নত্তে। মহাকপু মীয়াম্না অসুক্কী মতীক পাম্লবা কলাকার

অমা ওইখিবগী মরম খরদি, মহাক্তী প্রজা মীয়াম্না দরকার ওইগদবা মথলগী লাইশিং য়েক্তুনা মশামক হিংনবগী লম্বেল অমা ওইনবা শীঞ্জবা কলাকারনি। অদুমক্কা মথল কয়াগী থবক মঙোন্দা শিন্নবা মতম অমা হৌখ্রে। সরকারনসু প্রজানসু মানবু তৌরবদি মনীং থুংবা, পেঞ্জবা মতমদুদনি লাইয়েকপবু হায়রবদি মহাক্কা য়েক্লমদবা, শারমদবা শূরমদবা, থেংলমদবা লৈতবা। হিংবগী শিন্ফম ওইখিবনা চীলহাও থিদবা কলাকার অমসু ওইখি। মণিপুরদা সিনেমা পোষ্টর য়েকপা হৌদোকখিবা, নৌরিবা ছাত্রশিংনা তন্নবা দ্রোয়িংগী লাইরিক কয়া পুথোক্তুনা মতম অমা নৌরিবা ছাত্রশিংনা তন্নখিবা ঐ খঙহৌই। মরমশিং অদুমক্কসু ওইরম্বা য়াই মহাক্কী মমিং মণিপুরগী কাচিন কোয়া য়ৌনা ফাওখিবা। অসিদসু নত্তে মহাক লাইসু শারম্মী ঐনা খঙহৌবদা, দূর্গা পূজাদা লাৎনবা দূর্গাগী মূর্ত্তি, সরস্বতি পুজাদা সরস্বতিগী মূর্ত্তি লাৎনবা ওইনা তৌখি। মতম অমা মান্দপতা লাই থেৎপা চৎনরম্মী। লাইশিংদু হিন্দু ধর্ম্মগা মরী লৈনবা লাইনা অয়াম্বনি। সনখ্যা আর কে সি এসনা য়েকপা মান্দপতা থেৎপা লাই কয়া মণিপুরগী অতোপ অতোম্পা মফমদা উখ্রে। মাণ্ডপতা থেৎনবা লাইদা নত্তে কাংগী লাই, ঝুলনগী লাই, অসিনচিংবা পনবা য়াই। হোরদিংদা অচৌবা লাই য়েকপসি আর কে সি এসনা ইহান হানব্রা খল্লি। লাইশিংদু ১৯৪৭দা ভারতনা নীংখা তম্বগা মরী লৈননা য়েক্তুনা ইম্ফালগী মরুওইবা মফম খরদা য়ুংখিবনি। ফোটো নম্ফমগী ফজ-ফজরবা ফোটো বেক গ্রাউন্দ সিনরী কয়াসু মহাক্কা য়েকপীরম্বা ঐ উজখরে। থিয়েটরগী লমদদি মহাক্কী দান চাউই। মহাক্কী মতমদগী ষ্টেজ দিজাইনগী অহোংবা অমা পুরকপা ঙমখি। মহাক পোরট্রেৎ শিন্দোকপা,হায়বদি মীগী শক্তম য়েকপদা মম্নীংসু চৎখিবা কলাকারনি। বৈষ্ণব ধর্ম্মগা মরী লৈনবা লাইশিং,মোইরাং কংলৈরোল, (খম্বা থোইবীগী ৱারী) ইতিহাসকা মরী লৈনবা লাইশিং অমসুং মতম অমদা চৎনরম্বা চৎনরোল, কেমেরানদি কেপচর তৌহৌদ্রবা লাই কয়াবু হৌরক্লিবা তুংগী মীরোলগীদমক্তা য়েকপিরম্বা পনবা য়াই। তশেংনা হায়রবদা মহাক্তী প্রজাগা মতম লৈবা খিবিক্তা খূৎশন্ননা চৎমিন্নখিবা কলাকার অমা ওইখি। মহাক্তী কলাকার শাবা নত্তে, ফাওনবা হোৎনখিবসু নত্তে, মহাক্তী মণিপুর ইমাগী মশাইগোন্দা মণিপুর ইমাগী অহোবা, অহাঙবা কলাগী থবক কয়াবু মেনসিন্নবা লাইনা

থারকপা অশেংবা কলাকারনি। মহাক্কী মরমদা কলমনা সীংথাবদা লোইবা নাইরোই, ৱাংহৌবতনা হেনগনি। সনাগী মগুণদি তল্ল-তল্ল লঙবা হেল্লকপগুম মাগী মরমদা থিজন-থিজল্লগা অসুম অসুম থোক্লকই।



*মহাক্কী পুন্সিগী ইকোন কোনবা ওইল পেন্টিং*
*'কংলা দি গ্লোরি ওফ মনিপুরী সিবিলাইজেসন' খুৎশিন্নবা।*

ঙাঙবা শকপা কয়া হৈজদ্রবসু, মীনা মাগী মরমদা হুন্দুনা ঙাঙবা, শীথবা মনাদা হাপ্তে; মানা চৎকদবা লম্বেলদুদা মনীংতম্না চৎতুনা মহাক্কা তাল্লিবা পম্বুং য়ৌনবা হোৎমখিবা কলাকারনি। মহাক্কী অচৌবা চীংজাওনি, মতম-মতমগী মহু চেল্লবা, মহী-ময়াই চেল্লবা নুংশিৎ কয়ানা চীংজাও অসিবু হুমদুনা পুথোকখিবা ঙমখিদে। মহাক্কী, মহাক্কী অনীংবা কয়া মঙফাওনখিবা মায়পাকপা কলাকার অমগী পুন্সি ওইনা পুন্সি লোমখিবা মহাক্কী ৱারীনি। মহাক্কা ঐগা খঙনবা, চান্নবা কুইজরবসু মহাক্কা হকথেংননা লোয়নখিবা মতমদি ১৯৮৪ - ১৯৮৫ অদুৱাইদগীনি। নোংমা ঐগী য়ুমদা সনথ্যানা লেঙবিরক্লুনা তাইবুংঙোদগী মতেং নীবা লাকচরিবনি হায়দুনা ইতিহাসকী মরুওইবা মহাক্কা খঙদবা কয়াগী মরমদা থিজনবা য়াম্না তোইনা ঐগী নাক্তা লেঙবিরক্লম্মী। থীজনবা হুমজিনবা তন্দবা কলাকারনি। মহাক্কা তাকপিরম্মী, ঐখোয়গী ইজাতিগী ওইবা হৌখ্রবা ইতিহাসকী তাঙ্কক কয়াবু অয়েকপা লাই ওইনা খরা য়েকথোক্লুনা থমগে খঞ্জরি; মরম অসিদগী তাইবুংঙোগী মফমদা লাকচরিবনি হায়না। ঐসু মঙোন্দা

লীবা য়াবা, উৎপা য়াবা কয়া ঐগী আর্কাইবসতগী পুথোক্তুনা মঙোন্দা উৎলি। য়েকথোকপদা ফজগদবা তাক্কক কয়া মহাক্না নৈনখি। মহাক্না হায়রম্বা অমা কাউদ্রি, ইতিহাসতী পারগা, থিরগা খঙবা ঙম্মী অদুবু ফিজেৎ চাকচাগী মরমদদি লাইরিক্তা য়াওবা নত্তবনিনা তশেংনা মহাক্কী ইতিহাসকী ওইবা লাইশিংসি হাথু হাথু য়েক্লিংঙি হায়দুনা চাকচামাং অমদা য়েকখিবা নত্তে। অহল লমন, শক্লাইরবা পণ্ডিত কয়া, লাইরিক কয়া নৈনরবা তুংদা মদুদগী ফংলকপা মচাক কয়াদুনা মহাক্কী কেনবাসতা মমি তাখিবগী ৱানি। মহাক্না ইতিহাসকী লাইশিংদু য়েকখিবদা চাউরাক্না চহী ১০ মূক চঙখি।



*সনখ্যানা পুন্সিগী অরোইবা শরুক্তা য়েক্রম্বা থুংবেক 'কংলা সনথোং' আসোম রাইফল্সকী ডি. জি.না প্রাইম মিনিষ্টরদা থুংশিন্নবা।*

লাইশিংদু মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীনা শীন্দুনা অচৌবা একজিবিসন অমা ওইনা জি এম হোলদা মতমদুগী গবর্নর চীন্তামণি পানীগ্রহীনা অথোইবা অতিথি ওইদুনা অমসুং মতমদুগী ইদুকেসন মন্ত্রী ঐচ থোইথোই অমদি, সাইন্স এণ্দ টেক্নোলোজিগী মন্ত্রী ডাঃ এম নরনা মথংশিংনা প্রসিদেন্ট অমসুং গেষ্ট ওফ ওনর ওইদুনা পাঙথোকখি। একজিবিসন অদুগী হাংদোকপা নুমিৎতা তিনখিবা মীয়ামদু মণিপুরগী ঙসি ফাওবদা তৌখিবা আর্ট একজিবিসনদা মী থ্বাইদগী তিনখিবা আর্ট একজিবিসন্নি হায়না লৌজে। প্রজাগী অকনবা দিমান্দ লাকপদগী হপ্তা অমা তৌগদবা মেলাদু থা মখাই অমা তৌখি। হায়রিবা মেলাসিদা লাই মশীং য়াম্না পুথোকপগীদমক্তা আর কে সি এস "লীমকা বুক ওব রেকোর্দস" তা চনখি।

ঐনা পেলহৌদবা অমদি মহাক মতমদু নারম্লগনি থল্লি, মশা খরা শোকচন্না উরে কুইদ্রি, চহীমুক্কী মমাঙদা ওইরম্বা য়াই, মহাক্কী জেনোলোজি চার্ট (ফেমেলি ট্রীগী চার্ট) অমত্তং পীবিয়ু হায়দুনা লাক্লম্বা ঐসু শোল্লে, মাসু শোল্লে, মাসু অদুম লাকখিদ্রে নপ্রগা মহাক অদুম শোঞ্জিনখ্রব্রা? অমুক্তং উনজহৌবা ফংলম্লবদি পেল্লমগদবনি। মহাক লৈখিদবা মতমদুদা ঐসু ম্যানমারগী খোঙচৎতা লৈবনিনা মপূংফানা য়াওবা ঙমহৌদে, পেনদে, ঐ য়াম্না পেলহৌদে। মহাক্কা ঐগা অচৌ অচৌবা লৈবাক্কী ওইবা কমিতি কয়াগী মেম্বর কয়া তোয়না ওইমিন্নে, ফংসন কয়াদা তোয়না থেংনৈ। মহাক্কী ইতিহাস্তা ঙাওজবা কলাকারনি খঙবনিনা ঐগা ইবানি ফম্মিন্নদুনা চীকথনরগা ইতিহাসকী ৱারী-ৱাতাই কয়া অমা হেক্তা থোক্লকই। মাবু থেংনখ্রবদি নুংশিবনি সনখ্যাদু পাম্মুই তশেংনা পাম্মুই, মহাক্কুম্বা অতাঙবা যুগ অমদা তোয়না য়াওরক্তুবা মীওই অমা ঐখোয়গী ইরক্তগী কেনখিবা হায়বসি।



***সনখ্যানা লৈরোইদবা নুমিৎ হুম্মিগী মমাংদা এন. ঈ. টেলিভিজন্না পীবা কভরেজ অমা।***

মহাক কংলাবু য়াম্না নুংশিজখিবা কলাকারনি; অদুমক্লা ওইরম্বা য়াই মহাক লৈখিদবা নুমিৎ নবেম্বরগী তাং ২০, ২০০৪ অসি লৈবাক্কী ওইনা খ্বাইদগী মরুওইবা ঐতিহাসিক ওইবা তাঙ্কক অমা ওইখিবা। নুমিৎ অসিদনি ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টর ডাঃ মনমোহন সিংহনা কংলাবু মণিপুরদা খুৎসিন্নবিরম্বা। খুৎশিন্নবগী থৌরমদুদা সনখ্যাগী পুন্সিগী ইকোন কোনবা ওইল পেন্টিং "কংলা ঃ দি গ্লোরী ওফ মণিপুরী সিবীলাইজেসন" কৌবা গোবিন্দগী লাইশংগী মন্থরক্লবা শক্তম অমসুং অতোম্পা লাই অমনা কংলাগী নোংচুপ থংবা স্নথোঙগী শক্তম অমা

লাই অনী অসি প্রাইম মিনিষ্টরদা খূদোল তমখি। অহানবগী লাই অসিনা চীফ-মিনিষ্টর শ্রী ওক্রম ইবোবীনা ষ্টেট গিফ্‌ট ওইনা প্রজেন্ট তৌখিবনি অদুগা স্নথোঙদুনা অসাম রাইফলসকী ডি জি লেপ্টঃ জেনরেল ভোপিন্দ্র সিংহনা খূদোল তৌখিবনি। সনখ্যাগী মচাশিংনা ফোঙদোরকপগী মতুংইন্নদি নুমিৎ অদুদা কঙ্গ্রেস পার্টিনসু সনখ্যানা য়েক্লম্বা জগোই রাসকী অয়েকপা লাই অমসু খুদোল তমখি। লৈখিদবা নুমিৎ অদুদা প্রাইম মিনিষ্টরগী লোয়নবী শ্রীমতি গুরসরন কোরনা সনখ্যাগী লাইশিং য়েংগদবগী প্রোগ্রাম অমসু লৈরম্বনি প্রোগ্রাম অদুগী রীহারসেল হেক লোইবগা সনখ্যা লৈতবনি, খুদক্তা প্রোগ্রাম অদু কেন্সেল তৌখি। পাউ অদু তাবদা প্রাইম মিনিষ্টরগী লোয়নবীসু য়াম্না নুংঙাইখিদে। অসুম্না কংলা খূৎশিন্নবা নুমিৎ - সনখ্যা লৈখিদবগা থরা তোৎসিন্নে। তশেংনা মহাক্কী থৱায়গা কংলাগা শিন্নখিবগা চপ মান্নখ্রে।

ঙসিদি মহাক্কী অয়েকপা লাই (মণিপুরবু শক্তাকপা ঙমগদবা লাই।) কয়ানা পৃথিবীগী লৈবাক ২০ দা শন্দোক্তুনা মপাল লৈবাক্তা মণিপুরবু শক তাকপদা মানা ঙমজবা থাক্তা অচৌবা থৌদাং লৌরম্লগা ঐখোয়গী ইরক্তগী খঙহৌদনা কেনখিবদুননি মহাক লৈখিদবদা মণিপুরগী প্রজা মীপুম খুদিংনা অৱাবা ঈপাক্তা লূপনখিবা। অসুম্না মপুন্সি চূম্পা চোকথবা নাইদনা মখূৎতা তুরি পায়দুনা মচুগী লৈকোন্দা শান্নজবনা মহাক্কী মথৌদাং ওইরম্লগা মহাক ৱারমাল্লে, স্বর্গগী লৈকোলদা চীক্লা ইংনা লৈজরুরগে হায়না চৎখ্রমাল্লে, অদুবু মহাক্কী স্বর্গগী লৈকোন্দসু খূৎতা তুরি পায়দুনা মহাক্লা পামজবা মচু কয়া অদু লূপ্তুনা শান্নজবা ফংদ্রবসু অঙৌবা মচুনা অঙৌবা কেনবাস্তা অঙৌবা ফীজোল অমা শেৎতুনা লৈরমগদবা মাল্লি।

সনখ্যাগুম্বা কলাকার অতাঙবনি, মমল য়াম্মী মহাক্লা ইজাতিসিগী তৌবিরম্বা দান অদুবু মহাক্কী থৱায় পাল্লবা, মরোল লোনবা লাইশিংদুদি জাতি অসিগী লেঙদ্রবা লন ওইনা মীরোল মীরোল খূদিংদা লৈবা ওইহৌরসনু।

# সনখ্যা চন্দ্রজিৎসনা (আরকেসিএস)দা শ্রদ্ধাঞ্জলি

**অরিবম চিত্রেশ্বর শর্মা**

'পোক্নফম', দিসেম্বর ৩, ২০০৪

হৌখিবা নবেম্বরগী তাং ২০ থাংজ নুমিৎ, ভারতকী প্রাইম মিনিস্তর মনমোহন সিংহনা মণিপুরদা লাকপিদুনা মণিপুরগী অরিবা কোনুং কংলাবু অমুক হন্না মণিপুর মীয়ামদা খূৎশিন্নবা ঐতিহাসিক ওইরবা থৌরমগী নুংঙাইরবা পূংফম অসিদা মণিপুরগী তোমথিন ওইনা য়েকপা শাবগী লমদা শকখঙনরবা মৈতৈ লৈমগী মপারী রাজকুমার চন্দ্রজিৎসনা (আরকেসিএস) সিংহনা মাগী অরোয়বা খূদোল 'কংলা – দি গ্রোরী ওব মণিপুরী সিবিলাইজেসন' হায়না মিংথোনবা অয়েকপা লাই অসি ভারতকী প্রধান মন্ত্রীদা খূদোল তম্লনবগীদমক মণিপুর সরকারদা খূৎশিন্নরম্লগা চহী ১১৩ মীখুৎ চন্দুনা লৈরুরবা মৈতৈগী অশেংবা লাইফম মণিপুরগী কোনুং কংলাবু মণিপুর মীয়ামদা খুৎশিন্নবগী হরাও-নুংঙাইবা য়াওরমদনা মশাগা শাগোন্নরক্লবা মচু অমসুং তুলিদ্গী অরোয়বা বিদায় লৌখ্রে। মরৈবাক মজাতিবু নুশিংজবা লাইয়েকপা অমা ওইনা মহাক্কী খুৎয়েকশিংদা ফোঙদোকপিরম্লিবা মণিপুর ইতিহাস অমসুং কলচরগী থেংখাঙ কয়াগী শক্তম অমসুং ইং কুমজা ২০০৩গী মে তাং ৫দা উরিষ্যাগী রাজ্যপাল শ্রী এমএম রাজেন্দ্রন, মণিপুরগী রাজ্যপাল শ্রীবেদ মারব্লা অমসুং চীফ মিনিস্তর শ্রীইবোবীনা হাংদোকখিবা মণিপুরগী অমত্তা ঙায়রবা 'আরকেসিএস আর্ট গেলরী' – মণিপুর অমসুং পৃথিবীগী মীয়ামদা খুদোল তম্বীরম্মী।

অসিগুম্বা মণিপুরদা য়েকপা-শাবগী লমদা থোইদোক-হেন্দোক্লা মশক নাইখিবশিং অদুগী পরীংদা ২০শুবা শতাব্দীগী অরোয়বা অমসুং ২১শুবা শতাব্দীগী অহৌবা শরুক্তা মণিপুরদতা নত্তনা ভারত অমসুং পৃথিবীনা শকখঙবিবদা নত্তনা 'লিমকা বুক ওব রেকোর্দস' তা চন্দুনা ইকায়খুম্নবিখ্রবা শ্রীচন্দ্রজিৎসনা ঐখোয়গী ইরক্তগী হনখ্রবসু মহাক্তি

শিবা নাইদা মীরোল কয়া হিংদুনা লৈহৌরগনি। মচু অমসুং তুলি শীজিন্নবদা হৈ-শিংবা মপোক্কী লোয়নরকপা মগুণ ফোঙদোকপা ঙম্বা থোইদোক হেন্দোকপা কলাকার অসিবু মৈতৈ লৈমগী মপারী ওইনা ফংজবদগী য়েকপগী লমদা পীকখ্রবা লমদম মণিপুরবু পৃথিবীগী অচৌ-অচৌবা লৈবাক্কী মীশিংনা শকথঙবিবা ঙমখিবনি। লাইবক থীবদি ইরমদমসিগী মীয়াম্নদি চিত্রকার অসিবু মশক শেংনা খঙবা ব্রাৎখ্রবরা চিংনদবা ঙমদে। মণিপুর নত্তবা ভারতকী অতোপ্পা মফম অমদা পোকচরম্লবদি হেন্না মশক নাইরমগদবনি।



*সনখ্যাগী অশেংবা ছাত্র অমা ওইনা থম্মোয় শোক্লো তেংথাজোরি*

রাজকুমার চন্দ্রজিৎসনাগী অয়েকপা লাইশিংদা তারিবা মচুগী শুমহৎয়াই অসিমক্তি মী কাঙলুপ খরনা য়ুরোপকী ১৭ অমসুং ১৮ শুবা শতাব্দীগী পেন্তিংশিংগা চাংদম্ননীংদ্রবসু তুংগী মীরোলনদি শোয়দনা শীংথানরকখিগনি। মশাগী পীথোরকপা মগুণ নীংথিনা ফোঙদোকপা ঙমখিবা চিত্রকার শ্রীচন্দ্রজিৎসনা, করিগীদি ফাওদনি মাবু পোকপা সনখ্যা য়ুমজাউসনা লমদমসিগী থোইদোক হেন্দোকপা অফাওবা লাই য়েকপা শাবা মীশক্তি অমসুং মবুবোক গৌরসিং মীরোল অহুমগী ঘরানাদা চাউরক্লবা, মশাগী ঈ-তোংদা মচু অমসুং য়েকপা শাবগী শিনশৃরোলনা য়োমদুনা পোক্লকখিবনি। অদুবু লাইবক থীবদি ইরমদমসিগী য়াইতোং খমতোংবা, চিত্রকলাবু নৈনরিবা মীশকশিং অমদি মতম মতমগী সরকারনদি শ্রীচন্দ্রজিৎসনাবু মাগী পোৎথোকপুদি মশক খঙবিরগা চিত্রকার মশামকপুদি শক খঙবিখিদ্রে হায়বসিনি। মরমদি লৈখিদ্রবা সনখ্যা চন্দ্রজিৎসনাদা পীফম থোকপা ইকায়কুম্নবা,

মতীক চাবা মনা কয়া খুদম ওইনা 'ললিত কলা অৱার্দ', অমদি 'পদ্মশ্রী' নচিংবা পীফম থোক্লৱসু ফংদনা মশাগী চহী ৮১ চঙলকপা অরোয়বা মতম ফাওবা মশাগী শিন্ফমদগী পোত্থাদনা পুন্সি লোমখিবনি। মতাঙসিদা পঞ্জনীংঙি – পীক্লবসু মণিপুর মশক নাইবা মপারী কয়া মতম-মতমগী লেপ্তনা পুথোকচখিবা মৈতৈ লৈমনি। থিয়েতরগী লমদা রতন থিয়াম, কন্হাইলাল; নট সঙ্কীর্ত্তনদা শ্রীঅভিরামশাবা, শ্রীগুলাপী হৌজিক্কী ওইনা শ্রীলাকপতি; জগোয়গী লমদা গুরু শ্রীঅমুবী, গুরু শ্রীঅমুদোননচিংবা কয়া কয়ানা মশা মশাগী কলাদা থোইদোকপা খুদোল তম্বিরম্বা অমসুং তম্বিরিবগুম চিত্রকলাগী লমদা শ্রীচন্দ্রজিৎসনানা তম্বিরম্বা খুদোল অখন্নবনি। কলাকার কয়া থোক্লকখি, থোক্লকখিগনি অদুবু মীয়াম্না শীংথানবা অখন্নবা মীশক্তি মশাগী মপোক্কী লোয়নরকপা মগুণ চেনবা মীশক অমমমতনি – মখোয়দুনি মালেমদা মমিং থম্বা ঙমখিবা, 'পিকাসো', 'লিওনার্দো দ ভেন্সি', 'পাউল রুবেন', 'ভানগো', 'রেমব্রান্ত', 'ভদ্র', মশীং কয়া য়াম্না থোকপা য়াবগে? অসুম্না মশা মশাগী মপোক্কা লোয়নরকপা প্রতিভা ফোঙদোক্লম্বা কলাকারশিং মালেমগী ইতিহাসকা শাগোন্নদুনা মুৎপা নাইদ্রবা মিংচৎকা লোয়ননা পৃথিবীদা ঙান্দুনা লৈরি। পরীংসিদা শ্রীচন্দ্রজিৎসনাসু ঙসি ঐখোয়গী ইরক্তগী মতম লোইরদুনা হনখ্রগসু মহাক্না মণিপুরী সমাজদা খুদোল তম্বিরল্লিবা কলাগী পোখোকশিং অসিনা মীওইবা সমাজনা মুৎত্রিমখৈ মহাক হিংদুনা লৈখিগনি। ঙসিগী মীরোলনা মহাকপু মশক মুন্না খঙবিখিদ্রবসু, মতীক চাবা ইকায়খুম্নবা উৎপিখিদ্রবসু নোংমদি মহাকপু মশক মুন্না খঙবা মীচঙ-মীথায় নাইদবা মবুকচেল শেংনা কলাবু শক তাকপা ঙম্বা মীশক থোরকখিগনি হায়না থাজে। মণিপুরী সংস্কৃতি অমসুং ইতিহাসকী অহকপা থেংথাঙ কয়াবু মথম্মোয়দা নীংঙমদবগী অমসুং তুংগী মীরোলদা পাউদম্নীংবগী খাঙ্ঙমদ্রবা ইথিলগা লোয়ননা মশাগী লৈজবা পূম্বা কথোক্তুনা মচু অমসুং তুলিনা পাউজেল পীরম্বা অথোইবা চিত্রকার শ্রীচন্দ্রজিৎসনাগী মফমদা পীজবা থম্মোয়গী পাউজেল অমসুং অরোয়বা শ্রদ্ধাঞ্জলিগী ৱাহৈদি খরসিনা মতীক ওইবা নত্তে। অদুবু থম্মোয়দা ফাওরকপা ইশাগী ৱাহৈ মতেক খরসিনা লৈখিদ্রবগী আত্মাদা পুস্পাঞ্জলি ওইনা কচ্চরি। অয়োল-অরান ঙাকপীনবা খুরুমজরি।

# আরকেসিএস — স্মৃতি শ্রদ্ধাঞ্জলি

**আর, কে, বিদুর**
নোংমৈবুং, মণিপুর

মণিপুরগী ফাওরবা লাইয়েকপা মীয়াম্না আরকেসিএস হায়না খঙনবা রাজকুমার চন্দ্রজিৎসনা ("মে হিজ ট্রাইব ইনক্রিজ!" – জেমস হেনরী লে হন্টনা ঙাকপিগনি!!) নভেম্বর ২০, ২০০৪ থাংজ অয়ুক্কী পুং ১১ তাবদা তাইবং পুন্সি লোমখি।

ঙসি চহি কুমজা ওনবমকসু নম্রি – কাউবনা অসুম অসুম হেঞ্জিল্লকই, নীংশিংনবদি ব্রাৎলক্লে, কাওজন থিবা মীওইবা হায়বদুনি।



*লৈরোইদবা নুমিৎ হুন্নিগী মমাংদা য়েক্লেম্বা মমিং থোক্লেমদবা স্কেটস অমা*

নোংদম্বনা তুরি পায়বা মখুত্তা থোইদোকপা গুণ অমা পীনবিরকই – অয়েকপা লাইশিংদা মখায় হাম্পা ঙম্বা। মহাদেশ মঙাদা ফাওখি, লিমকা বুক ওফ রেকোর্দস, ১৯৯৪দা মমীং লৈখি, মরমদম চিংথৎখি।

অদুবু ওম্মোকপা নোংদমখোল অমা পোলোইদা মরায়বক ওইখি। "সিভিল সাসন" তৌজবা, নীংতম্বা লমদা "মিলিটরীগী লানবন" ওইনা চহি ১১৩ থুদুম চল্লগা থমখিবা কংলা – প্রাইম মিনিষ্টর মনমোহন সিংহনা লৈবাক মীয়ামদা খুৎশিন্নবা তাঞ্জাদা মথুৎমক্লা য়েকচখিবা "কংলা, গ্লোরী ওফ মণিপুরী সিভিলাইজেসন" চীফ মিনিষ্টরনা প্রাইম মিনিষ্টরদা থুদোল্ তৌখিবা – উদ-খঙদনা চৎখ্রবনি। প্রাইম মিনিষ্টরগী লোয়নবী গুরশরন কোরনা মহাক্কী আর্ট গেল্লরী য়েংলগদবা প্রোগ্রাম লৈখি। অথোইবা অতিথি ঙাইবা, ওকপদি ঙমলমখিদ্রে . . .।

"আরকেসিএস - গেলরী" দি লৈরি – সংস্কৃতি-কলা, ইতিহাস, পুরারী, সমাজগী শক্তম ফ্রেম কয়া অমদা খঙহন-উহল্লি, ৱারী লীরি। মালেমগী মীহৌরোল কয়া অমগীনি।

*"থম্বাল, শিঙ্গারৈ, ইঙেনলৈ, লৈশাবী-পাখং কুইন শাংতে, ফজদে। কলাগী ফজব খুৎশেমদি মতম কুইন মাংদন লৈ, চৎলি। ফাওর-ফাওরব লাই য়েকপশিংন চহি চা কয়াগী মমাংদ য়েক্লম্ব মমিং চৎলবা লাই কয়া হুজিকসু ম্যুজিয়মদ, আর্ট গেলরিদা থম্লরি . . . ।"*
– প্রোঃ জি, সি তোংব্রানা "ভদ্র সিংহ বার্থ সেন্টেনরি সেলেব্রেসন, ১৯৬৮" গী চেফোঙদা ইখি।

খুৎয়েক-কলা হৈববু মতম খুদিংমক্তা থাগৎনদবা লৈতে। কবি অথোইবা লাইশ্রম সমরেন্দ্রনা মহাক্কী "সনা কৈথেলগী লাইফদিবী বাই তোনু দেবী" শৈরেংদা ঙাওই লাইতোংবগুম লাইয়েক হৈবা অমগী লাইয়েক্তা – ভাবনা শাবা লাইয়েকপা অমগী মমীং হাই (ভদ্র, আরকেসিএস .. কনা অমা হেক্তা ওইবা য়াই)। খম্বা-ফৈরোইজাম্বা খাব্রাঙননা লেপ্তুনা পাম্বা কৈ ফাবদু অয়েকপনি থন্দে, খুমন থম্নু লাইরবীনা শাবী ফৈরোইজাম্বা পূকমেন পাওমেন্নবা, পানা লানবা য়েংবদা মপি খঙহৌদনা তারকই; বাসুদেবনা যমুনা তুরেল ঈশিং-ঈচাওদা আনন্তনা মতোক ফন্দোক্তনা খল্লিবা "ইবুংঙো" পুবা কোনুং কাংদা য়েকপদু কাউবা ঙমদে। মতাঙ অসিৱাই য়ৌরকপদনি, কবি কীটসকী ৱাহৈ চিন্দা লাক্লিবসি - "এ থিং ওফ বিয়ুটি ইজ এ জোই ফোর এভর ...," আরকেসিএসকী ফ্রেমশিংনসু অচুম্বা প্রমান তৌরি।

মণিপুরদা লাই য়েকপা কাঙবু অনী থোকপগুম তৌই – ট্রেদিসনেল – রিএলিষ্টিক অমদি মোর্ডন কাঙবু অনীসি খায়বুংনবগুম উই। অনৌবা য়াওল মতমগীনি, ফীভম, থৌদোক কয়াগী ঈহৌ-ঈথিনগী মথাসু পোল্লিবনি। অদুবু ঐথোয়না ট্রেদিসনেল - কনভেনসনেল হায়বদুগী মশক মমল দি মুন্না খঙবা তাই। *"অরিবা মরুদগী অনৌবা ময়োল চোংলকপা, মপুগী য়াথংনি, তাইবংগী খুৎশেন্নি . . . ।"* মণিপুরী মতম ঈশৈ ময়েক ইবা অঙনবা খুৎমাবা লৈখিদ্রবা খুর‍্যাইজম ফলেন্দ্রগী পরেং অসি কাউনফম থোক্তবা অচুম্বা ব্রাফম্লি। অদুনা হায়রিবনি, জাপানগী ফাওরবা লাই য়েকপা সটোসি সাইটোনা – "আর্ট ইজ এ রেকোর্দ ওফ এনছেন্ট, সিভিলাইজেসন . . . ।" আর্টকী "হিস্তরি" লৈবগী, খঙবগী মথৌবুনি। ইউরোপ কী লমদমদা তরা তরেৎ-তরামাপল শুবা শতাব্দীদগী লাইয়েকপদা মগুণ লৈর-লৈরবা কয়া থোরকপদগী চাওরবা হিস্তরি অমা লৈবা হৌখ্রে। ইরমদম অসিগী ওইনদি ভাগ্যচন্দ্র, গম্ভীরসিংহনচিংবা মহারাজশিংগী স্না-হাক্তক্তা জগোই রাস, শঞ্জেনবা, কাং চিংবা, শামু খাবক লাক্কুনা শেম্বাং মহুম শাবনচিংবা ধর্ম্ম-কর্ম্মগী থৌদোকশিংগা ঈরোইনবা আর্টস অমদি ক্রাফ্‌ট কী অচৌবা, নীংথিজবা খুৎপুথোক কয়া লৈখি। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদদি য়েক থোৎপগী থৌদোক খরা লৈরে হায়নৈ। চুরাচান্দ মহারাজ হাক্তক্তা লাইয়েকপা লাইপোক্কুম্লবা ভদ্রসিংহ, রাজকুমার য়ুমজাওস্না, মংসিদম কলাচান্দ - থোরকখ্রে। অসুম্না লাইয়েকপা শক খঙনরবা, য়েংবা হৈবা মী লৈরবা সমাজ অমা ওইরম্লবনা আরকেসিএসনা তুরী কেনভাস মখুৎশু ওইবা ঙমখি। মহাক্কী লাই খুৎয়েক্তা লাইট-সেদ মতাঙ চানা পীবা, মীয়াম য়েকপদা মাঙ-তুং খায়না স্পেস, দাইমেনসন অমদি পর্সপেক্টিভ য়াওবনচিংবা শোয়দনা উনগনি। মরম অসিনা ফ্রেম খুদিংমক্তা মী-লাই ওইসনু, থৌদোক ব্রারী ওইসনু - হেক্তমক অহিংবা শক্তম ওইরিবনি। অমুকসু - ব্রারী লাইরিক্তসু, পেনা খোংজোম পর্ব্ব শকপশিংনসু শৈথারিবা থৌদোক ব্রাথোক, মীশক পুন্নমক মহাক্কী কল্পনাগী তাইবংদা নুং হুঞ্জিন্না পুশিল্লগা শক্তম শকওং শাগৎপা ঙম্বসিমক লাইয়েকপা অসিগী অচৌবা মগুণ অমনি। ধ্যান, সাধন অকনবা চংই, ব্রাখল পুক্লিং শেংবা তাই। নাপলদি য়াদে। ঐথোয় মীচম মীয়ামদদি লাইয়েকপগী তাইবংদা ট্রেদিসন মোর্দন গী থৌরি চিংনবগী ব্রাফম লৈতে; অয়েকপা লাই অমনা নুং

হুজ্জিন্না ইন্দ্রিগী কাচিন-কোয়া য়ৌদুনা নুংশিবা, থাজবা, অশাওবা, অকিবা, অঙকপা, হৱাও-নুংঙাইবনচিংবা ঈহুল কয়া অসি পোকহল্লবদি মদুনি কলাকার অমগী শীংথানরবা খুৎয়েক হায়বদু। অসিমক নৎলমদ্রবদি করিগীদমক্ অষ্ট্রেলিয়াদগী অমেরিকাদা অমদি এসিয়া, ইউরোপ লৈবাকশিংদা আরকেসিএসকী লাইশিং করম্না য়ৌবা ঙমলমগনি।

Jan Van Eyek "Giovanni and his bride" – ১৫শুবা শতাব্দীগী ইটালিয়ান বেঙ্কর অমদি মহাক্কী নুপীগী পোরট্রেট অমদি মদুদা শীজিন্নরিবা সিম্বোল কয়া; রফ্যেলগী "মেরিএজ ওফ দি ভরজিন" ফ্রেম মনুংদা থিয়েটরগী ষ্টেজগুম দাউন, সেন্তর, অপ নাইবা অমুকসু ছিরিগী লেভেল হাপ্তুনা দেপ্থ ওফ ফিল্দ ভিজুয়েলদা থোকহনবা, চরিত্রশিং অনকপা-অথাম্পা নাইনা লৈহল্লিবা; অমেরিকান আর্টিষ্ট John Sloanনা য়েকপা "ফ্লৱার ওফ স্প্রিং" ম্যুজিয়ম ওফ ফাইন আর্টস, বোস্তোন্দা থমলিবা লাইদা অকুম্পা ৱারোল য়াওহনবা – ভিজুয়েলগী থোইদোকপা পরসপেক্টিভ নীংথিনা উৎপা - অসিগুম্বা খুৎয়েকশিংগী পরিংদা মীৎয়েং থম্লগা য়েংবদা আরকেসিএসকী "লিঙ্কোলগী অহিং", "থাবলদা রাস শান্নবা দৃশ্য" নম্রগা "চহি তরেৎ খুন্তাকপা" দা লানঙম্বনা লাল মায়থীববু ওৎ-নৈবা অসিনচিংবশিং অসি পঙতা-তানা লৈগনি থাজদে। অঙকপা লোকেল রিএলিষ্ট পেন্টর নি।

আরকেসিএসনা খুৎ থাখিবা অতোম্পা লম অমনা হিন্দী কম্মর্সিয়েল সিনেমাগী পোষ্টর য়েকপনি। ১৯৪৭ দা ভিক্টোরি সিনেমা হোলদা উৎখিবা "দেখোজী" ফিল্মদগী শিন্ফম অসি হৌখি। ৱাদি সিনেমাগী লাইয়েকপা হায়রিবা – তশেংনা লুরিবদি – অপীকপা ষ্টিল পীকচর - ফোটোদা স্কেল থাদুনা লৌরগা ফুট ১০-১৫গী ফ্রেমদা মীৎ, মায়, হকচাং, – "প্রোপোরসনেট" ওইনা য়েক্কদবনি, ষ্টিল ফোটোদু খুৎয়েক্তা "এনলারজ" তৌবনি। মতমদু ব্লেক এন্দ হ্বাইটনি য়েকপনা কলরদনি। মচু মখল, মশক খঙবা তাই, লাইট সেদকী চপ চাবী ৱাখল লৈবা তাই। নম্রবদি লাইদু লাই ওইগদবা লৈতে। অমুকসু পোষ্টর খরদি "কট আউট" লাইয়েক ওইনা পুথোকখি। আরকেসিএস

হ্যুমেন এনাটোমিগী মরমদা খঙবা মেদিকেল সাইন্সকি ছাত্র নত্তে, মরী লৈনবা লাইরিকশিংসু পাখি খঙখিবা লৈতে। মশাগী পরসপেক্টিভ অদুগা খঙ-উবগী পীথোরকপা জ্ঞানদগী ওইরম্বা য়াই - মহাক হ্যুমেন এনাটোমি গী মরমদা কূপ্না খঙই। "কট আউট" পোষ্টরশিংদা হকচাং, ফীভম-মূর্ত্তি চপ চানা চুম্বা শক্তম ওইহনবা ঙমখি – "হেলেন ওফ ট্রোই" দা হেলেন (রোসেনা প্রোদেসা), "মুগল-এ-আজম" গী অনারকলি (মধুবলা) নীংশিংবা য়াই কট আউট কয়া অমগী মনুংদা।



*আরকেসিএসকী পুন্সিগী অঙনবা মতমদা য়েক্লম্বা হিন্দী ফিল্মগী পোষ্টর অমা*

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী ৭০শুবা মীফম ২০০৫দা উপাধি অমসুং শেনগী মনাগা লোয়নননা লৈখিদ্রবা লাই য়েকপা চন্দ্রজিৎসনাদা "চিত্রকলা রত্ন" কৌদুনা ইকাইখুম্নখ্রে। মীরমলেন্দদি মশা লৈত্রবা মতুংদা মনা-মথুম পীবা, মীংথোল-পদবী লাউথোকপা চৎনৈ, হরাওনৈ, নুংঙাইনৈ। লাইরমলেন্দদি করম থোক্লমগনি? পঞ্চভুটকী হকচাংদি মাঙখ্রবনি, আত্মানা শক্তম লাক্লগা নুংশিৎকী তাংথক্তা তাউরমগদ্রা? মীরমলেনগী কুম্মৈ য়েমলমগদ্রা? পেল্লমগদ্রা? পুন্য তাল্লমগদ্রা? খঙ-উরুবদি নত্রবনিনা মওল-মওল থল্লকই। আরকেসিএস-ললিত কলা একাদেমীগী মনা নত্রগা পদ্মশ্রী নচিংবা ফংলম্বা য়াবনি হায়দুনা সাহিত্যকার, চিত্রকার নেসনেল এৱার্দী অরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মনা "পোক্লফম" দিসেম্বর ৩, ২০০৪ দা নিংঙম্মদনা শোনখি।

"অদুবু ঐঙ্গা, পদবী পীনবা মী অমগী মগুণ ওনবা লমদম অসিদা চৎনরিবা লমজৈ অসি ফুট-ইঞ্চিদসু নত্তবমাল্লে, মিটরদসু ওন্দবমাল্লে!!"

পদবী পীগে দরখাষ্ট থারকউ হায়বদা শিরবসু ব্বাহৈ মচেৎ অমফাওবা চেদা খোৎলরোইদবা অমদি চৎখ্রে, চহী হাক্কা চৎলবা ইকাইখুম্নজরিবা অনীখক্তংদি ঙসি ফাওবা তাঙনা লৈরি – এম,কে প্রিয়োবর্ত্ত, আরকে শীতলজিৎ! পুন্সিগী ওইনা "লাষ্ট বস" নাম্থোকখ্রবনি/ নাম্থোকহনখ্রবনি!!

নভেম্বর ১৭, ২০০৪ – তাইবংপান অসিদগী চৎলগদবা নুমিৎ হুমনিদা ঙায়রবা মতমনি, অনাবগী চৈনাখোলনা মশা পুন্নমক পুংয়োম য়োমখ্রে। অদুবু আরকেসিএসতি করিসু নাচুংখিদে, লাই য়েকপগী নুংঙাইরবা জগৎ অমদা লূপ্তুনা লৈবগুম তৌখি, মমীৎ উইশিল্লগা শক্তম অমা য়েকখি। RKCS 17.11.04 হায়নসু শহি তৌই। অশেংবা কলাকারশিংদি নুংগী মীৎয়েংদা নুং-পাল অনী উবা ঙম্মী।

*"খোইহী চেন্দে ঐগী লৈতোন্দা চিরোল তৌনবা*
*প্রতিভা লৈতে ইশাদা প্রতিভাবু থাগৎনবা*

*নংতনি "নুপা" হাইবা থোকই য়ারবা লৈসিনা।" – কমল "লৈ পরেং"*

তুরিসু লৈ, কেনভাসসু থারি, লাইয়েকশঙসু থোং হাংলি, কদাই লাইয়েকপদি?

মতমগী অকনবা ঈরৈনা চেনখিদুনা অমম্বা ঈপাক-ঈরোল্লুং তমখ্রমাল্লে।

গেল্লেরিদা থেৎলিবা ফ্রেমশিংনা আরকেসিএস য়েক্লি,
মশক তাক্লি, মগুণ উৎলি।
"অকাউবগী" মায়োক্তনি।

# শ্রদ্ধাঞ্জলি

**লাইশ্রম সমরেন্দ্র**
য়াইস্কুল, ইম্ফাল

আরকেসিএস অঙাং ওইরিঙৈদো য়াম্না পীক্লিঙৈদগী থওনরকথি। য়ুমদগী ঐনা ইহান হানবা স্কুল হেক কারকপদগী থওনরকথি। য়ুমদসু স্কুলদসু ঐগী মরুওইবা থবক হায়ববু লাই য়েকপনি। আরকেসিএস লাই য়েকই হায়বা ঐ থওই য়াম্না হৈরেমগদবা মাল্লি অদুবু ঐসু ঐনা থোকপা পঙয়েক্তা য়েক্তুনা লৈরমই। শগোল য়েকপদনি। শগোলগী মওক্তগী মবুক তম্না হায়থরকপদা মথবাক্কী মথোঙ খুমাঙ য়ৌরমদাইদা অতোঙবা অমা লৈ মদু হাপগদবনি হায়খি। ঐ ভাব তদে। য়ুমদা ঐগী ইবোগী শগোল লৈরমই ঐ কিদুনা নোংমতা তোংলক্তে। ঐগী ইথক্কী ইয়াম্বশিংদি তোংই। য়াম্না ৱানা হোৎনদুনা তোংবনি মখোয়সু। শগোল অদুগী চাওরবা ফজরবা সাবল অমা একাগাড়ী থম্লবা ঐগী ইবোগী উগী স্তেন্দ অমদা হাপ্তুনা ইমুংদা থমই। একাগাড়ী থম্লবা উগী চাওরবা স্তেন্দনি মদুদা একাগাড়ী য়ান্দুনা থম্বদা গাড়ীগী চাকাশিং অদু লৈবাক শোক্তে। একাগাড়ীগী স্তেন্দ অদুদা ইবোগী শগোলগী সাবল অদু ফজনা হাপ্তুনা থমই একাগাড়ীদি লৈত্রে। মপুঙ ফারবা চাওরবা সাবল অদুগী চুপলি লগাম সাবলগী অরোইবা শরুক্তগী য়াম্বরকপা মতুম মতুমশিং অদু য়েংই মতুমশিং অদু লড্ডু কৌই। শগোল য়াওদবা সাবল অদুদা কাথৎতুনা তোংদুনা শান্নে ঐহাক। কুইনা কুইনা তোংই মদু মডাইরে ঐনা শগোল তোংলকপা হায়ববু। শগোল মুন্না য়েংলক্তে। আরকেসিএসনা ঐগী শগোলগী অশোয়বা পুথোরকপা মতম অদুদদি ঐগী ইবোগী শগোলসু লৈতরে। ঐনা স্কুলদা য়েকপা শগোলগী অশোয়বা অদু অদুম ভাব তখিদরে। হৌজিক ফাওবা য়েংদ্রি ঐহাক। থিজিনবা কল্লি আরকেসিএস। স্কুলদা পঙনুংতা নুংঙাইরকপনি। য়েকপদি সুকতোক তোক্তে। ভাব তানা লাই য়েল্লক্তে।

আরকেসিএসকী থিজিনবা কনবা অমদি সুকতোক তোক্তে। খম্বা থোইবীগী মোইরাং কংলৈরোনগী ফজবা ঙাইহাক লৈতনা

পুথোরকখি। মমৈথঙদা মণিপুরীগী ইতিহাসতা চঙশিল্লকখি। মদুগী ফলনা মহাক্কী হৌজিক লৈরিবা ইতিহাসকী গেলরী অসি ওইরকখিবনি। মহাক্কী অচৌবা দান অমনি। খঙহৌদনা লৈখিদে আরকেসিএস। মণিপুরগী অচৌবা অমাঙবা ওইখি। মহাক্কী মহুৎ শিন্নবা কনাগুম্বা কলাকার অমা অমুক থোরক্কদবা মান্দ্রে। অঙকপা থৌনানি আরকেসিএস অঙকপা লিংজেলনি।



*আরকেসিএস আর্ট গেলরিদা থেংলিবা লিক্রোন শান্নবগী শক্তম*

# আর কে সি এস — শন্নরুপা পুন্সি ৱারী

ষ্টাফ রিপোর্টর

'অথৌবা' জনুৱারি, ২০০৫

মীওইবগী পুন্সি অমর নত্তে, শিবা নাইবা পুন্সিনি। থোইদোক্লিবদি, হিংলিঙৈ মতমদা মীয়াম্না শক খঙবা পুন্সিগী পামজবা শিন্দমবু মকা ফন্না মীয়ামদা ফোঙদোক্লম্বা, উৎলম্মদুনি। শিরবসু পোকপগী মহৈ য়াম্লে হায়রবদা হেজ্জিনবা ওইরোই, শক্লাইরবা আর্টিষ্ট আর কে সি এসনা লৈখিদবদা।

মীয়াম্না থোইদোক হেন্দোক্লা শক খঙনরবা শক্লাইরবা লাইরেকপা রাজকুমার চন্দ্রজিৎসনা (মীয়ামনদি আর কে সি এস) না মণিপুরগী পুৱারীগী অক্তক কয়াবু অয়েকপা লাই ওইনা পুথোক্তুনা হৌজিক অমদি তুংগী মীরোল কয়াদা হৌশ্লবা ইতিহাসকী থৌদোক কয়াবু উহন্নবা হোৎনবীরম্লি। মহাক্কী অসিগুম্বা থৌরবা মনুঙ হজ্জিন্না উবা ৱাথক্লোনগী পান্দম্মু থাগৎতবা ভমজদে। মহাক্কী অয়েকপা লাই কয়াশিং উরুরগা মণিপুরী ইমাগী তম্পাক্তা থোক্লিবা লাইবক থীবা অমদি লাইবক ফবা ইতিহাসকী অক্তক ওইহৌগদৌবা থৌদোক কয়াবু মাগী থৌরবা ৱাথক্লোনগী খুৎয়েক্লা লাই ওইনা রেক্তুনা মীয়ামদা ৱারী লিহননিঙলি। অদুবু মীওইবগী লাইবক কনানা তম্না ভমগনি। অসিগুম্নবা শৈথাদুনা লোইবা নাইররোইদবা গুণশিংনা লৈতেংলবা শক্লাইরবা আর্টিষ্ট, মীয়ামগীনা আর কে সি এস ঙসিদি ঐথোয় খ্বায়বু থাদোক্তুনা চৎখ্রে। অসিগুম্বা মীরক্তগী অথোইবা শক্লাইরবা আর্টিষ্ট অসিগী থৱায় মীরেলনা ঈংনা চিক্লা পোথাজবা ভমজনবা ঈশ্বরগী মফমদা থুরুমজবগা লোয়ননা মহাক্কী মফমদা শ্রদ্ধাঞ্জলি কচ্চবগা লোয়ননা মহাক্কী শন্নরুপা পুন্সি ৱারী অমা থমজরি।

আরকেসিএস ১৯২৪ গী ওক্টোবর ১৩ দা কৈশামথোং লোংজম লৈরক্তা লৈবা, মণিপুরগী মতম অমগী লাইরেকপা আর কে য়ুমজাওসনা

অমদি সিজা য়াইমা অনিগী অনিশুবা মচানুপা ওইনা তাইবঙ খোঙদারকখি। মহাক্কী মথক্তা ময়াম্বা অমা, মচে অমা, মখাদা মচন্নুপী অমগা লোয়ননা মচিন-মনাও তরেৎনি। পিক্লিঙৈদগী হৌনা শুপ্নগী চহি তরেৎলোমদা ঙাইরিঙৈদগী হৌনা লাইয়েকপা হৌরকখি। মহাক্কী মধৌ ইবুঙো রাজকুমার গৌর সিংহসু মহারাজ চন্দ্রকৃর্ত্তি সনাহাক্ত দোলাইরোই হঞ্জবা ওইনা লৈদুনা লাইয়েকপা অমসু ওইখি। মধৌ হাক্তক্তগী হৌনা লাইয়েকপগী কলাবু থোইদোক-হেন্দোক্লা শিংথানিংঙাই ওইরবা থাক ফাওবা পুথত্তুনা ঙসি ফাওবা মুৎনাইদনা লৈহৌরগদবা খুদোল কয়াবু মণিপুর ইমাগীদমক কৎথোকপীরম্লি। মহাক্লা স্কুল তম্লিঙৈগী নুংঙাইরবা ৱারী মতেক অমত্তং পঞ্জরবদা - নোংমা মহাক্লা ক্লাসতা ওঝাগী শক্তম য়েকলুবগী ওজানা মহাকপু চৈরাক পীগনি হায়না ওজাদুনা কিহল্লম্মী, অদুবু মহাক্কী তৌথোরকপা মওংদু য়েংলগা ওজাদুনা চৈবগী মহুত্তা হেন্নদুম পুক্লিং থৌগৎপিদুনা অফাওবা লাই য়েকপা অমা ওইয়ু হায়না বর পীখিবগী ৱারীসু লৈখি। মহাক্কী ফোঙদোকখিদ্রীবা ওটোবাইওগ্রাফিদা ইরম্মী - অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা ঙাওনা, শান্ন-খোৎনববু থৱায় তানা পামজরকই। মহাক্লা অঙাং ওইরিঙৈদগী শান্নবা হৌরকখিবা মশান্নশিংদি মুক্লা, রীং হাইবা, অচাকপা অহোবা কাঙ্গোইদা চোংবা অসিনচিংবা পনবা য়াই। অসিদসু নত্তনা খুৎনাইবা অমসু ওইরকই। মহাক উ শুবগী লমদা নিংথিজনা খঙ - হৈবা মীওই অমসুনি। মহাক্লা অঙাং ওইরিঙৈদা হোরায় খাইবদা শোইখিবদগী মহাক্কী য়েৎ থংবা খোঙনিংথৌ (খোঙবীগা থংনবা খোংশা) খাইদৎখিবগী ৱারী লৈ। করিগুম্বা অমা খঙনবা হোৎনবদা মহাক্লা মহাক্কী হৈথোই-শিংথোইবা ৱাখল-লৌশিংশিংবু মফম-মতাং চানা শিজিন্নদুনা থৌনা লৈনা হোৎনৈ। মহাক্কী হনবা লৈতবা থৌনা অমদি হোৎনবা কনবগী থৌনা অদুনা লিচিং ওইদুনা, মপাবুংগীদা লাকপা থবক অয়াম্বা মহাক্লা চাউরক্লবা মতমদা মতেং পাংই।

মহাক্লা লাই য়েকপগী শিন্দমসিদা চংখিবা মতমসি মশাগী চহি ১৪-১৫ সুরকপা মতমদগীনি। অসিশুবা লাঞ্জাও মনুংদদি নম্বোলদা লাল চেল্লিঙৈদা মায়কৈ অদোমগী থেৎনবা লাই, কাংগী লাই, মাগুপকী লাই অমসুং বৃটিশ সিফাইশিংগী নুপী অঙাংগী ফোটো ফাওবা শিন্দোক্তুনা

মশাগী হিংনবগী উপায় অমা ওইনা শিঙ্খি। খৃঃ কুম ১৯৪৭ দগীদি লাল হুঙ্জিল্লক্কুনা ইম্ফালগী মেক্সরেল বজার (হৌজিক্কা থাঙ্গাল বজার) দা মহাক মশাগী ষ্টুডিও অমা 'চীত্রলয়া' হায়না মীংথোনবা অমা হাংদোকখি। মমৈথংদা অহল লমনশিংনা চীত্রলায়াগী মমাঙদা নমিং অমা হাপচল্লু হায়না তাকপীরম্মী অদুবু মতমদুদা লাই য়েকপবু সমাজনা ব্যবহার তৌবা ৱাৎপা ওইনা তৌদুনা, মচা-মশুদা ফাওবা নুপী-অঙাং থাজরুনু হায়বগী ৱাখল্লোন ফাওবা পোল্লুখিবা মতম ওইখি। মরম অসিদগী ইকাইবোই করিবোই মহাক্কী অশেংবা মমিংবু শমজিল্লগা আরকেসিএস হায়বা এব্রিবিয়েসন অসি ওইনা হাপখিবনি। মসিদগী মহাক্কী মমিং অসি আরকেসিএস হায়না লৈবাক পুম্বা খঙনবা হৌখ্রে। মহাক্তী তৌশিন্নবা, শাশিন্নবা, ফাওনবা হোৎনখিবা কলাকার নত্তে মহাক্তী মণিপুর ইমাগী মতমবাক্তা য়েকপা খোৎপা হায়রিবা কলা অসিনা জাতি অসিগী করিগুম্বা খরা তৌরুনবা শিন্নরকপা যুগ পুবা কলাকারনী। মহাক্কী মমাংদা লৈরম্বা কলাকারশিংনসু মেনশিল্লমদ্রবা অহোবা কয়া মহাক্কা মেনশিনবিরম্মী। মহাক্কা য়েক্লমদবা লৈতে, মণিপুরদা সিনেমা পোষ্টর য়েকপা মহাক্কা খৃঃ ১৯৪৭ দা ভীক্তোরি সিনেমা হোলদা 'দোখোজী' হায়বা ফীল্মদুদা হৌদোকখি। অপীকপা নম্বর প্লেটতগী অচৌবা হোরদীং ফাওবা মহাক্কা য়েক্লম্মী হায়। খৃষ্টান ধর্ম্মগী লাই কয়া ফোটো বেকগ্রাউন্দগী সিনরী, লাইরিক মনুংদা হাপ্পবা ইলুষ্ট্রেসন, লাইরিক মখুম, মীগী শক্তম য়েকপা পোর্ট্রেট, মণ্ডিরগী লাৎনবা লাই, মাণ্ডবকী লাই, রথ যাত্রাগী লাই, ঝুলোন, মৈতৈ লাইনিংগী লাই, ঠিয়েটরগী চাওরবা সিন কয়া, স্কুলগী অঙাংশিংনা তম্নবা ড্রোয়িং-বুক কয়া, খুৎ ফজনা ইনবা কর্সিব রাইতিংগী খুৎই লাইরিক, ইতিহাসকী ৱারী কয়া, মোইরাং কংলৈরোলগী ৱারী কয়া, কলচরগী লাই কয়া, মেলাগী চাউর-চাউরবা পিবিলিয়নগী লাই কয়া, রিপব্লিক দে থৌরমগী হোজং (গেট) কয়া, অশাবা মুর্ত্তি য়াওবা তেব্লো কায়নচিংবা য়েকখি। মমৈথংদদী অতাংবা মেদিয়মদা য়েকপা মীগী য়ুমদা থেৎনবা ফজরবা লাই কয়াবু য়েকপা হৌরকখি। অসিমক্তনি মহাক্কী মমিং পৃথিবীগী লৈবাক কয়া শিন থুংখিবা। ঙসিদি মহাক্কী অয়েকপা লাই লৈতবা ভারতকী ষ্টেট অমত্তশু য়াওদ্রে। ভারত্তদা নত্তনা পৃথিবীদা শক তাক্লম্বা কলাকারনি। মণিপুরদা পাল্মম্বা গভর্ণর কয়া, মণিপুরদা লাক্লম্বা প্রাইম মিনিষ্টর, প্রসিদেন্ট কয়া মহাক্কী লাই পুথিবা ঙাক্তনি।

ঐখোয়না মহাকপু থাগৎতবা ঙমদবা অমনা মহাক্না হিংলিঙে মতম ফাওবা য়েক্লমীবা লাইশিং মণিপুরগী পুন্নারীদা অমসুং কলচরদা য়ুম্ফম ওইবা লাই ঙাক্তনি। মহাক্কী থোইদোক-হেন্দোকপা গুন অমনা-মহাক মীঐ তম্বা মীনা ইনশিল্লগা চৎখিবা কলাকার নৎখিদে, মহাক্তী মহাক্কী চৎকদবা লম্বেল অদুদা মনিংতম্না অকীবা য়াওদনা পম্মুং অদু য়ৌনবা চৎখিবা কলাকারনি। ঙসিদী মহাক্না হিংলিঙেদা শাগৎচরম্বা মহাক্কী নিংশিং ফূন্না ওইহৌরবা মহাক্কী আর্ট গেলরীশীদা পৃথিবীগী খেন্ন-খেন্নবা জাতি কয়াগী পম্মুংফম ওইদুনা মহাক্কী লাই য়েংবা লাক্লরি। ঙসি ফাওবদা মহাক্কী গেলরীদা পৃথিবীগী লৈবাক ৫০মুক লাক্লম্লে হায়না ঐখোয়গী পাউমীদা পাউদমলকখি। মণিপুরগীদমক্তা মহাক্না নাইতোম হোৎনদুনা মণিপুরবু শক্তাক্লবা হোৎনরম্বা দান কয়া অসি মমল য়াম্মী, ঐখোয়না মহাকপু কাউথোকফম থোক্তে। অসিগুম্বা মীওই অসি জাতি অমদা লাইনা তাংনা থারকপনি। মহাক্কী পুন্সিদা মহাক্না পাংথোকপা ঙমখিদবা হায়ববু মীনদি তোয়না তানবা অফাওবা ৱারী কয়া পনবা য়াবদি 'সতি থোংনাং', 'য়াইরিপোক থম্বালনু', 'লিম্নোইঙম্বী', 'শামুদা লুহোংবা থীল্লকপা' অসিনচিংবা খরা অসি য়েক্লিংলম্বগী ৱাফম মহাক্কী মচাশিংনা অইবা ঐঙোন্দা পাউদমলকখি। অইবা কয়ানা খবরদা ফোংদোকখিবা থেংনরে মদুদি - মহাক্না মরৈবাক মজাতিগীদমক তৌরম্বা থবক্তা হেল্লী, মহাকপু শক - খৎবীবা উপাধীনচিংবা রিকগনিসন পীবীবনা ৱাৎলি। অচুম্বনি, মহাক মশানা হিংলিঙেদা ফোংদোকপিরমবগী মতুংইন্নদি, 'হৌজিক মতমগী ফুরিৎ থাউদগী পুথোক্লবা উপাধী অসি ফংগদৌ শরুক ফংদবনা ফবা হেল্লী, ঐগী হায়ববু প্রজ্ঞানা ঐগী হৈত-হৈত তৌজরিবা কলাগী পোথোক্লা পেনবীদুনা হিংবা ঙমহনবীবা অসিদগী হেনবা করি লৈরিবগে মসি মীয়াম্না ময়েক শেংনা পীবা রিকগনিসন্নী।' মাগুম্বা জাতীসীগী তাঙলবা লন অমা ঐখোয়গী ইরক্তগী চৎখিবা হায়বসি ঐখোয়গী মেনশিনবা ঙম্নরোইদবা মাঙজবনি।

খৃঃ ২০০৩ গী মে ৫দা নৌনা হাঙবা 'আরকেসিএস আর্ট গেলরি' হায়না মিংথোনবা অমবু মহাক্কী কৈশামথোংদা লৈবা মশাগী ময়ুমদা হাংদোকখি। মতম কয়াদগী মঙজরক্লবা মণিপুরগী

কলাকারশিংগী মঙ অমদি আর্ট গেলরি অসিনা মওফাওনহনবীরম্মে। মহাক্কা হিংলিঙে মতমদা পুন্না লাই ১০,০০০ রোম য়েক্লম্মী। মহাক্কী লাইয়েক অয়াম্বা মণিপুরগী পুবারীগা মরী লৈনবা ঙাক্তা ওইনা তৌই। লাইয়েকপা মশামকসু মণিপুরগী ইতিহাসপু য়াম্না পামজবা মীওই অমা ওইনা হৌরকখি। লাইয়েকপা অসিনা হিংলিঙে মতমদা খ্বাইদগী নিংজরম্বা থবক্তি কেমেরানা নম্বা ঙমহৌদ্রবা, আর কে সি এস কী মমিংমক্কা উহৌবা মতম অমদা ওইরম্বা মণিপুরগী শক্তমশিং অদু তুরিগী মতেংনা হৌজিক্কী মীরোলদা উহনবা পাম্বা অদুখক্তনি, অদুবু নিংবা থুংবা ঙমখিদ্রে হায়না মচানুপা অহলনা নুঙাইতনা ফোঙদোরকখি।

হৌখিবা চহি ১৯৫০ অদুবাইদগী হৌনা ষ্টুদেন্টস ষ্টোরনা পব্লিস তৌদুনা আরকেসিএস শনাগী লাইয়েকপগী মতাংদা য়েকপা ড্রোইং লাইরিক কয়া স্কুলশিংদা তম্নবগীদমক য়েকপা হৌখি। লাইরিকশিং অসি ১৯৭২ অদুবাই ফাওবা ষ্টুদেন্টস ড্রোইং বুক হায়না মিংথোন্দুনা বুক ব্রানদগী ফোর ফাওবা খায়দোক্তুনা পব্লিস তৌখি।

আরকেসিএস আর্ট সোসাইটি, মণিপুরগী চিয়ারমেন ওইরম্বতা নত্তনা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমিগী ফাইন আর্ট ব্রিংগী ডিমাণ্ড কম্মিটিগী মেম্বর অমসুং কাউন্সীলর ওইরমখি। আরকেসিএস মশা মথন্তনা লাই য়েকপা অমা ওইনা খ্বাইদগী য়াম্না ১৯৯০দা ইম্ফালদা পুবারীগী ওইবা পেন্টিং একজিবিসন্দা লাই মশিঙ য়াম্না পুথোকপা ঙম্বগীদমক "লিম্কা বুক ওফ রেকোর্ডস, ১৯৯৪" দা মমিং চনবা ঙমখি।

আর কে সি এস, না মওং মরিল তাবা আর্ট গেলরি অমা মহাক্কা লেম্পীরমগদুনা মণিপুরগী লন অমা ওইনা মহাক্কী লাইশিংগা মীরোল কয়া কয়াগা পাও লেপ্তনা ফাওননবা মফম অমদি ওইহৌরে। মহাক্তি মীরক্তা অথোইবদা অহেনবনি, অচংবদা অকাবনি। মহাক্কী ওইল পেন্টিং, রিয়েলিষ্টিক থুংয়েকশিং অসিদগী ঐথোরগুম্বা মীচমগী থম্মোয়দা নাম্থোকপা ঙমদবা পাও ফাওনবগী মম্নি তাহল্লি। মসিমক্তনি, মহাক্পু মীয়াম্না মহাক্কী লাইয়েকশিংদগী কাওবা ঙম্রোইদবা।

আরকেসিএস মীয়াম্না অশম্বীদা খঙনবা মমিংনি। মহাক্কী অশাংবা মমিংনা রাজকুমার চন্দ্রজিৎসনা সিংহ কৌই। মহাক্না লৈখিদবদা মশাগী চহি ৮১ রোম শুখ্রে। লোইনবী আর কে ওংবি লৈরিকসিজ অমদি মচানুপা তরুক, মচানুপী অনি লৈহৌরি।

আর কে সি এস মশাগী লাইয়েক অসি তোপ-তোপ্পা ষ্টাইল লৈজে। মহাক্কী লাইয়েক অয়াম্বা মণিপুরগী ইতিহাসকী অখণ্ড-অহেংশিং তান্নবতা নত্তনা মরুওইবা লাইরিক (মণিপুরগী অমদি মপানগী) কয়াবু কুপ্না নৈনদুনা চহি কয়া চঙনা শাগৎচদুনা য়েক্লগা পুথোরকপা ঙাক্তনি।



*অমেরিকান ত্রেভেল রাইটরস টীম অমনা আরকেসিএসকী অয়েকপা লাইশিং য়েংবা*

খৃঃ ১৭০৯দগী ১৯৪৯ ফাওবগী মনুংদা ওইখিবা ইতিহাসকী তাঙ্কক কয়াবু অখন্নবা লাই ৭২ পুথোক্লুনা (ওইল ওন কেনভাস), মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমিনা শিন্দুনা জি এম হোলদা একজিবিসন অমা পাঙথোকখি। মহাক্কী নেস্নেল রেকোর্ড অমদি অতৈ টাইটল, ওনর কয়া অমা পিকথন্না লৈখ্রবনি। ইন্দিয়া শিনবা থুংনা একজিবিসন কয়া অমা মণিপুরবু মহাক্কী লাইনা শক্তাকখ্রবনি। য়াম্না অঙনবা মতম ১৯৫৪ দা ইন্দিয়াগী অহানবা প্রসিডেন্ট ডাঃ রাজেন্দ্র প্রসাদপু মণিপুরদা তরাম্না ওকপদা আরকেসিএসকী লাই কয়া উৎখি। মসিদা নত্তনা মহাক্কী মণিপুরদা অমদি মপান্দা (ভারতকী মপান য়াওনা) ৱার্কসোপ, টেলিভিজন শো কয়া অমা লৈখ্রে। নিংশিংবা য়াই ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টর মনমোহনদা মণিপুর সরকারনা খুদোল তমখিবা "কংলা ডি গ্লোরি ওফ মণিপুরী সিবিলাইজেসন" হায়না মিংথোনবা অয়েকপা লাই অদু মহাক্কী ইরোই লোইবা মপুঙ ফাবা কলাগী খুদোলনি।

আরকেসিএস য়াম্না কথোকপগা লোয়ননা মপুঙ ফাবা কলাকার অমনি। মালেমগী মফম কয়াদগী মহাক্কী লাই য়েংলবা মীওইশিংনা মহাকপু লাইপোক্কুম্না কয়ারক হায়খ্রবনি। Enlightened and deeply moved by being shown all these marvellous works of R.K.C.S. Eijiro Noda, ambassador of Japan 12th August, 1990 ... you are the well known artist in Japan, Akihisa Hashimoto, Japan Broadcasting Corporation ... Shri RKCS is undoubtedly a National treasure ... AOC is C Eastern Air command 1989 ... One wonders as to why such a renowned painter from the North East has not received National recognition so far ... Chintamani Panigrahi, Governor মসিদা নত্তনা অষ্ট্রেলিয়ান হাই কম্মিসন, স্বিজরলেন্দগী ডাঃ ইটালো, কোরিয়াগী এম্বেসেদর, দিপুটি চীফ মিসন, ক্যুবা, ইজরেলি এমবেসি, এম্বেসেদর, ম্যানমার, য়ু এস এম্বেসেদর, তোঙান তোঙানবা ইটালি, ফ্রান্স, বেলজিয়মনচিংবগী মপানগী শক্লাইরবশিংনা আরকেসিএসপু মাগী শিংথানিঙাই ওইরবা কলাগী পুক্কৈশিংগীদমক পুঙক ঙক্লখ্রবনি। মহাক্না থম্মীরম্বা আর্ট গেলরি অসিনা মণিপুর মীয়ামগী তুংগী পুন্সিদা য়াম্না কান্নবদা নত্তনা ষ্টেট অসিগী তাংলবা লন অমা হায়বদুদি শোয়দনা ওইরগনি। গেলরি অসিদা থেৎলিবা লাইশিং অসি য়েংলগা মমাঙ্ঙেদা থোকখিবা তুজুংলবা পুক্নিং নুংশিনিঙাই ওইরবা থৌদোকশিংবু নৌহৌনা নিংশিংহন্দুনা মণিপুর ইমাগীদমক হেন্না থৌনা লৈনা হোৎননিংবগী ইথিল লায়না পিবা ঙমই। অঙকপনি মহাক্কী মীওইববু শুমহৎপা ঙমবা খুদোল।

অসিগুম্লবা লমদম অসিগী শক্লাইরবা মহাক্কী শৈথাদুনা লোইবা নাইররোইদবা গুণশিং অমদি খুদোলশিং অসিবু ঐখোয়না মতম চুম্পদা ইকায়খুম্নবগা লোয়ননা কাওফম থোক্তে। তশেংনা মহাক্কী হকচাংনা মালেমদা তিনখ্রগসু, মহাক্তি শিবা লোম্বা নাইদনা লৈহৌরগনি। মহাক্কী হকচাংদনি চৎখিবা, মহাক্কী কলাগী খুদোলদি মতম চুম্পগী ওইনা মুৎনাইদনা লৈহৌরগনি, তৌবতবু মহাক্কী মমল নাইদ্রবা কলাগী পুক্কে অসিবুদি চেকশিন্না শেন্নহঞ্জনিংই।

## মণিপুরবু মালেমদা মশক তাকখিবা ইন্টরনেশ্নেল আর্টিষ্ট

**খিঙ্গোম মঙ্গী**

'পম্বুং', ডিসেম্বর, ২০০৪

মণিপুরবু শান্ন-খোৎনবনা, পুং-ঈশৈ, জগোইনা, কলচরনা মালেমদা মশক তাক্লি। অতোপ-অতোম্পা থবক থৌরম কয়ানসু মণিপুরবু মালেমদা মশক তাকপা লেপত্রি। মণিপুর ইমাগী তাংনা ফংজবা মপারি, ইমাগী অমথক পোকচবা মপারিনি। ইমা মণিপুরবু লুনা চান্না খঞ্জখি। মালেমগী মফম কয়াদা ইমাবু মশক তাকখি। প্রাইম মীনিষ্টরদা মহাক্কী অয়েকপা নিংথিরবা ইমা মণিপুর (কংলা)গী শক্তম খুদোল তৌখি। মণিপুর (কংলা)বু অমুক্কা হন্না শক্তাকখি।

লাইয়েকপনি, আর্টিষ্টনি অদুবু মহাক্কী লাইদি তোপ তোম্পি। মগুণ লৈ, মরু-মরুওইবা কয়াবু য়েক্তুনা উৎলি। ফাইন আর্টকী খুৎয়েক য়াওবা লাই কয়াসু পুথোরক্তুনা অয়েংবা মী কয়াবু য়েংনা য়েংনা ব্রাথল খলহল্লি। রাজকুমার চন্দ্রজিৎসনা (আরকেসিএস) মণিপুর ইমাগী অত্তাংবা মপারিনি। আর্ট গেলরি অমা শেমগৎতুনা আর্টকী মরমদা খঙনিংবা আর্টকী অরোনবা ফজবা ফিদুপ কয়াবুসু অনৌবা মীরোলদা মশক খঙহল্লি। অরি অরিবা ঙসিগী মীরোলনা ফংবদা ব্রারগদবা পোৎচাক, পোৎশক কয়া অনৌবা মীরোলদা খুদোল তল্লি। ঙসিগী মীরোলনা ঙসিগী মণিপুর মশক খঙবদি য়ায় অদুবু ঙসিগী মীরোলদা হৌখিবা মণিপুরগী মশক লাকশিনবদি ঙমলোই। আরকেসিএসনা হৌখিবা মণিপুরগী উবা ফংলরোইদবা শকফম কয়াবুদি মীৎমাংদা তরং তরং খিন্দুনা পুথোরক্লি। সমাজ অমগী চৎনবী কাংলোন কয়াবুসু মহাক্কী অয়েকপা লাইনা ফোংফোং লাওনা ইরাই লাইনা অয়েংবা কয়াবু ব্রাথলগী মঙাল পিরি।

মহাক্কী লাইশিং তশেংনা মরোল লোল্লি, অহিংবা ওইনা ব্রাথলদা শাগৎলকই, সমাজ, খুন্নাই অদু ওইনা উরকই। ঙসিগী অফ-অফবা

মতমগী চুনরবা সোফিষ্টিকেটেদ কেমেরানা তুগী তুখোং ফাওবা নিংথিজনা উহন্দুনা পুথোরকপা 'ফোটো' অদুদগী শুকহন হন্থদনা য়েংনিংবা ফাওহনবা মথলগী অয়েকপা লাইশিংনা মপানগী অয়েংবা কয়াগী মীৎ শুমথি, থম্মোয় কয়াবুসু মথুম মরাং হৌহনখি। মৈতৈ লৈশাশিংনা মতারোইশিংগা চেংহি শম্বাল লাংমিন্নদুনা ঈরুজবগী নিংথিংজবা খুৎয়েক অমদি মহৌশাগী পিথোরকপা ফজবা অদুবু মাংহন্দনা খুদোল তৌরকপা তশেংনা মফজা অমনি।



*আরকেসিএস আর্ট গেলরিদা থেংলিবা মৈতৈ খুঙ্গং অমগী শক্তম*

মতম অমা য়ং য়ং লাওনা পাওথাং য়ৈনা হায়নরম্বা লীউনার্দো দা ভেন্সি, মণিপুরগী লাইয়েক-পা মহাক্কী খুৎথা, খুৎয়েক উরুবা কয়ানা মোর্দন ৱার্লদ অসিগীদি আর কে সি এ শোইদনা খল্লমগনি। নুপীগী লৈনাগুম থোৎপা মেংবা হকচাংবু ঈশিং চোৎলবা ফিস্না ঙাকশেন্দবা য়াদে মতাগুম শেন্নরকপদা মহৌশাগী ফজবনা মোং হাদনা ইরেঞ্জনা লাপ্প্রেরকপবুসু ইন্টর্নেস্নেল আর্টিষ্ট অসিনা নিংথিজনা শৈথারি। অদুতসু নত্তনা মতম অদুগী চৎনবিবুসু তরং তরং মাংদা উহল্লি। কলাকার অমগী চপ চাবা মতিক মগুণদগী হেন্দোক থোইদোকই। মসিমক্তনি পৃথিবীগী মীওই কয়ানা মহাক্কী মনাক্তা লাকইবা, চংখোল্লবা ৱাহৈ কয়া পীররিবা ঐহাক তশেংনা চাওথোকচৈ অদুগা অমুকসু থম্মোইদা নিংঙমবদগী চৈনা অমনা থংফু ফুখি।

পৃথিবীদা মণিপুর মশক তাকপদা আরকেসিএস অচৌবা দাইত্য লৌখি। মালেমগী মীওই কাংলুপ অমদা পোকচবা চাওরগা অদুগুম্বা

মী অদুনা মহাক্কী কাংলুপ্পু, ফুরুপ্পু মশক তাক্লবা কাংথুল মুৎখিদনবা চাদা-নাওদা শন্দোকই, মশা মরেং ফন্দোক্লুনা মহাক্কী মফম অমা কন্ননবা হোৎনরকই। মসি য়াম্না নেচরেল ওইবা প্রোসেস অদুনি। উ-ব্বা, পাম্বী, শা-উচেক পুন্নমক চপ মান্নবা প্রোসেস অদুননি মথৌ তৌনরিবা। চহি লীশিং কয়াগী ইতিহাস লৈজরবা মণিপুরগী মশক-মতৌ, মফম অমা কন্ননবা আর্টিষ্ট অসিনা মহাক্কী পুন্সিগী অরোইবা তাঙ্কক অদু ফাওবা চোকথবা নাইদনা হোৎনখি।



*আরেকেসিএস আর্ট গেলরিগী ইন্টরিয়ার*

ঙসিদি মালেমগী মীয়াম, ঐখোয় ইরক্তগী মহাক্কী মরোল সুনা লোনবা অয়েকপা লাই কয়ানা মহুৎ শিলহল্লল্লগা কে-কু লোৎখ্রে। ঐখোয়না হিংলিঙৈদা উরম্বা শকফম অদু মচেৎ কয়া থোক্লা খাইদোক্লগা মাংখ্রে। মহাক্কী অনৌবা খুৎয়েক উররোই। অনৌবা লাইনা অনৌবা ৱারি কয়া কয়া লীররোই অদুবু হান্নগী অরিবা লাই কয়ানা মাংখ্রবা মহাক্কী শক্তমবু পুথোক পুথোক্লুনা ৱারি লিরখিনি। ইমা মণিপুরবুসু মালেমগী মফম কয়াদা পুথোক্লুনা শক তাক্লমখিনি। নিংথিজনা লৈতেংলবা মালেমগী ফক্লাং কয়াদা ইমা মণিপুর নংগী তাংনা ফংজবা নপারি আরকেসিএস মসুং মমান্নবা কয়াগী মমাংদা ঙানথোইদুনা লৈরমখিনি।

ইমা মণিপুরগী অমত্তা পোকচবা মপারি আরকেসিএসনা লৈখিদবদা ঐখোয়গী পম্বুংগী আর্টিকল, কন্ট্রিব্যুটর অমা ওইনা থম্মোয় শেংনা অৱাবা ফোংদোকচরি।

# মালেমদা পাউদম্লম্বা আর কে সি এস

**হাওবম সনাজাওবা**

**'সঙাই এক্সপ্রেস', নবেম্বর ২৫, ২০০৪**

হৌখিবা চহী খরা অসিগী মনুংদা চৎখিবা নবেম্বর ২০, থাংজ নুমিৎ অসিনা চিংনবা অমদি লাংতক্লবা তাইবঙ অমগী অমম্বা ঈরোলনুংদা চঙশিনখিবা অদুম্মুক য়ৌনা খোয়রাঙবা পোকহনবা লৈবাক্কী ওইবা অতৈ নুমিৎশিং লৈখিদ্রি। মীয়াম্বু থোইদোক্লা খোয়রাঙহনখিবা নুমিৎ অদুগী থৌদাংদি মনমোহন সিংহগী মণিপুর খোঙচৎকা মরী লৈনবা থৌদোক ঙাক্তা ওইরমদ্রে। মণিপুরগী অতিয়াদা থব্রানমিচাক্লম্না লংলবা ফিজিগী মণি ওইরবা মপারী অমগা লোয়ননা তাইবঙসিদা অমুক হন্না হল্লক্লোরোইদবা মায়কৈদা চৎখ্রগদবা নুমিৎ অদুনা মাঙজৌননা পীরম্বা খোয়রাঙবগী চাং ওইরম্লে। লাইয়েকপদা মেডিয়ম ওইরগা মরৈবাক্কী কলচরেল হেরিটেজগী ইনাকখুল্লবা লনগৈ অমসুং নীংতম পুব্রারী ঈচেলদা শীঙনরকপা শক্তিশিংবু মায়োক্লবগী ব্রারী শীঙবুল মালেমদা লীদুনা লমদমসিগী জাতিসিগী চাওথোকচনিংঙাই ওইরবা নেম্নেলিজমগী পাউজেল শন্দোক্লম্বা মণিপুরগী ফিজিগী লন আরকেসিএস নুমিৎসিদা লৈখিদ্রে। নুংঙাইতবা পাউ অসিনা মণিপুর মীয়াম্বু অমম্বগী ঈরোলনুংদা পুশিনখিবগুম তৌরি। মহাক্না পীরমবা পাউজেল মরৈবাক নুংশিজবগী, অব্রাংবা সিবিলাইজেসনগী য়ুম্ফমদা হিংলিবা মীয়ামগী পুন্সিরোল, মীয়াম মরক্তা নুংশি চান্নবা হিংমিন্নবগী, হৌখ্রবা পুব্রারীগী তমথিরবা মরমচৎনা ঙসিগী মীরোলবু নিন্দা তৌহন্দুনা অচুম্বা লম্বী পামহল্লিবা পাউজেলশিং অসি মখা তানা পীবা লেপখ্রগনি। মহুৎ শিনবিনবা মফমদুমক অমুক হন্না ফংলরোই।

মহাক্কী পাউদম্লা থম্মোয় কল্লবা কয়াবু থোৎহনখ্রে, খঙ-উররোইদবা কয়াবু খঙহনখ্রে। মালেমগী লৈবাক কয়াগী লুচিংবশিংদা লমদমসিগী সিবিলাইজেসনগী, ফজবা পাম্বগী মপাউ তমখ্রে। নীংতম পুন্সিরোল

পাম্বা মণিপুরি অপরাইইজিং কয়াদা হৈনদবগুম থোকখ্রবা নেশ্নেল মিলিটরি অমদি পোলিটিকেল লুচিংবা কয়াদা লিরি থোইরিনা মণিপুরিশিংগী মপাউ তমখ্রে, ভাব তাহনখ্রে, মণিপুরি খুন্নাইবু নুংশিবা অমসুং নক্লনিংবা পোকহনখ্রে। মহাক্কী য়ুমদা লৈরিবা আর্ট গেল্লরিনা পুম্থায় অমা চঙদনা মণিপুরগী পুৱারী অমসুং কলচরেল হেরিটেজগী ইনাক খুল্লবা মপাউ থিবিকপু অয়েংবশিংদা, টুরিষ্টশিংদা পাউদম্বা নীংথিনা ঙম্লি। এসিয়া, য়ুরোপ, অমেরিকাগী লৈবাকশিংদা মণিপুরী সিবিলাইজেসনগী মপাউ পাকশন্না শন্দোকখ্রে। গেল্লিরি অসিবু য়েংলুবদা অয়েংবা মশামক গেল্লরিগী শরুক অমা ওইরোইদবা থৌনাফবা কনাবু লাক্কদগে! গেল্লরিগী হিষ্টরি অমসুং কলচরগী পেন্টিংনা য়েংবা চঙলকপা কনাবু লেম্না থাখিবা লৈগদগে! পূম্নমক মতম অমসুং ফিভম্না মনুংদগী মপান্দা থোকহনখিবা ঙাক্তনি। খঙনা খঙনা লাইরেনগী থায়াত্তা উচেক ওন্দুনা অয়েংবশিংনা চঙনরিবা আরকেসিএসকী গেল্লরিনি। অসুক্কী মতিক শাথিনা মগুণ লৈবা গেল্লরিগী পেন্টিংশিংনি। য়েংলু য়েংলুবা লাইশিংনা পীরিবা কলচরেল সিগনিফিকেন্স, কন্টেম্পোরেরিজ, তোপ তোম্পা মশকশিং অসি মুন্না য়েংলিবা মথৈ ৱাহন্থোক হেন্না পীরিবা পেন্টিংশিংনি; মদুসু খুন্নাইগী ওইবা অমদি পুৱারীগী ওইবা ৱাহন্থোক ঙাক্তনি। কলচরেল পেন্টিংদা মতম অমগী শকহেনবী মীতৈ লৈশাশিংনা চৎনবীগী মতুং ইন্না লুহোংবা নুমিৎকী ইরুজবদা মখোয় মশেলনা ফিজঙ থন্দুনা মদুগী মরুমদা লুতুংগী শাইনোন খোমগৎপগী শক্তম অদুমক্তনা কয়াদা পাক চাওরবা ৱাহন্থোক পীরিবা! শকহেনবী লৈশাবীশিংগী শুম্নাংলবা হকচাং কয়াৎশিং অদুনা অরায়বা ওইখ্রে, মদুনা উরুম পীরিবা কলচরগী ৱাহন্থোক অদুনা কয়াদা ফজবা, পাক চাউবা হেল্লিবা! লমদমসিগী পুন্সিরোলবু কয়াদা নুংশিহনখ্রবা, মহাক্কীদমক কয়াদা চাওথোক্চনিংঙাই, লেমজনিংঙাই ওইহনখ্রবা! ইনাকখুল্লবা লনগৈগী লনচেনবী পুন্সিরোল অসিনা মমা লৈবাকপু কয়াদা নুংশিহনখ্রবা! অসিগুম্বা মগুণ লৈরিবা পেন্টিং ৮০মুক গেল্লরি অসিদা লৈরিবসি অমনা অমদগী হেনবা ৱাৎপা অমত্তা লৈতে, অঙকপনি!

অদুবু মসিদগী থাক কয়ামুক্তা ময়েক শেংনা হেল্লবা পেন্টিং ৫/৬ লৈরি, দ্রোইং রুমদা চেকশিন্না। মাষ্টর পিস ঙাক্তনি কলচরগী। পোপুলারিটিদা রাস লীলানি, হিন্দু লৈবাক্তগী চেল্লুরগা মীতৈ লৈবাক্তা

রিফাইন তৌদুনা শুংদোক্লগা ক্লাসিকেল ডান্স ওইনা ইন্টর্নেসনেল মার্কেত্তা থাদোকপা। মণিপুরগী কোক্তা ইন্দিজেনস অমসুং পেরিফরেল হেড গিয়ার, হেড স্কার্ফ, নমথাঙ, পোৎলোয় ফনেক্লা মপাউ তল্লিবা নাৎকী ব্রারী শীঙবুলদি লময়ৌনা নীঙথিরে হায়বা য়াই। মথঙগী মাষ্টরপিসতা লোই কুম্বগী য়াঙ্গোয় শগোল খম্বনা ফাবা, খম্বা থোইবীগী নীঙথিরবা লুম-লুম লাওবা গুণ চেল্লবা শকফমশিং, শেৎলি-চারিবা ফিজেৎ, বেকগ্রাউণ্ডগী শক্লোন অদু উরুরবদি ফনা অহল ওইসনু, খম্বা থোইবীদা ঙাউদনিংঙাই লৈতে। মদুগী মথক্তা অমুক বেকগ্রাউণ্ড সিনরি লৈরি। অহুমশুবা মাষ্টরপিসদা মীতৈ লৈশা শকহেনবীশিং ইরুজবগী শক্তম্লি। নীংথিজরবা হকচাং কয়াৎপু অচোৎপা ফিজেৎনা লৈতেংলবসু চুমথাঙগুম্না মচু থোকহল্লি। মনুঙ ফাউনা উনবা হোৎনরিবা মীৎকী পাঙ্গল লোম্লাই থম্লাইদনা লৈহনবগুম তৌরি। নকলপ্পা য়েংলগা হেন্না ফজহল্লি, রিয়েলিটি উহল্লি, অঙকপনি! বেকগ্রাউণ্ড পীরিবা লৈশাশিংগী থকশি খাশি অমসুং কলচর অসিনচিংবা ফজবশিং অসি উরুবদা ফোরেন্নরশিংনা মীতৈ লৈশাশিংবু কাওবা ঙম্বগী ব্রা লৈতে, খোঙচৎ অদুমক্লা পেনবগী ব্রা লৈতে। অতৈ পেন্টিং ১/২ সু মাষ্টরপিস ওইনা লৈরি। মদুগী ফজবা অমসুং ব্রাহম্লোক লৈবদু অতোম্পনা হেনবা নত্তে। হায়রিবা মাষ্টরপিসশিং অসি মশা হিংলিঙৈদা লুপা লিশিং ১০-দগী ২০ ফাউবদা মীতোপ্তা পীরম্লবসু হৌজিক্তি লুপা লাক্ষ অমমম পীগে হায়রবা ফাউবা পীথোক্লরোই হায়রি।

মশাগী চহী ৮১ শুরকপদা মশাগী অনাবা অমদগী নোঙ্গাখ্রবা আরকেসিএসনা হিংলিঙৈ মতমদা সিন্ক্ষম অমা ওইনা লাইয়েকপগী থবক মপুঙ ফানা তৌরমখি। ইং ১৯৪৭দা 'আরকেসিএস চিত্রলয়' হায়বা আর্ট ষ্টদিও লিংখৎতুনা তুংগী মীরোলগী লাইয়েক শিন্দম তম্নবগী লময়ানখি। চহী অদুমক্তদা ভিক্তরি সিনেমা হোলগী 'দেখোজি' হায়বা ফিল্মগী পোষ্টর য়েকপা হৌদোকখি, অমদি অতৈ ষ্টেজ দেকোরেসন অমসুং পব্লিসিটি দিস্প্লেনচিংবা য়েক্তুনা চৎনবা হৌখি। মদুদগী হৌনা মহাক্কী মমিং অসি ঙসি ফাওবদা অপনবা লৈতনা সিন্দমশঙ অমগুম্না লৌনরক্লি। স্কুলদা তম্নবা দ্রোইং লাইরিকশিং ইরকখি। মহাক্লা পায়থৎলম্বা তোপ-তোম্পা থবকশিংগী মনুংদা পুব্রারীগী ওইবা

লাইয়েকশিং অসিনি। অখণ্ড-অহৈশিংগা লোয়ননা রিছার্স তৌরগা পুথোকখিবা থোইদোকপা প্রোজেক্ট অমগী মখাদা মণিপুর পুৱারীগী ইং ১৭০৯দগী ১৯৪৯ ফাউবগী মরুওইবা থৌদোকসিং অসি লাইয়েক ওইনা পুথোকখিবদু মহাক্কী মরুওইবা এচিবমেন্টনি. চহী ২৪০ (১৭০৯-১৯৪৯)গী মনুংদা থোকখিবা মণিপুর পুৱারীদা য়ুম্ফম ওইরগা য়েকখিবা লাই ৭২দু মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমিনা শিল্লাঙদুনা জুন ১১-২২, ১৯৯০দা পাঙথোকখিবা মেলাদা উৎখি মদুবু লিমকা বুক ওফ রেকোর্ডস, ১৯৯৪ দা চনখি।



*আরকেসিএস আর্ট গেলরিদা থেংলিবা*
*মিষ্ট্রেস গ্রীমবুদনা মণিপুর থাদোক্লুনা চেনখিবগী শক্তম*

মহাক্কী লাইয়েকশিং মণিপুর অমসুং ইণ্ডিয়াগী মফম অয়াম্বদা মণিপুরগী কলচরেল হেরিটেজ তাক্লবা ব্রার্কশোপ ওইনা অমদি মেলা ওইনা উৎখ্রে। মদুগী ইকায় খুম্নবা অমসুং মমল য়াম্লবা মিংচৎকী মনা কয়া মণিপুরদগী অমসুং মপান্দগী ফংলকখ্রে। ইণ্ডিয়া অমসুং জাপান, অমেরিকানচিংবা মপান লৈবাকশিংগী টেলিভিজন্দা দোকুমেন্টরি ফিল্ম কয়া উৎখ্রে। ইণ্ডিয়াগীদা নত্তনা জাপান অমসুং অমেরিকাগী চেফোঙ কয়াদা কোভরেজ পীবিখ্রে। পেন্টিংশিং অসিবু মমল পীরগা পুখিবা নম্রগা খুদোল তৌখিবা মপান লৈবাক্কী মরুওইনা এসিয়া, য়ুরোপ অমসুং অমেরিকাগী শক্লাইরবা মীওইসিংদা নত্তনা এজেন্সি কয়ানি। ইণ্ডিয়াগী মিলিটরি অমদি পোলিটিকেল লিডরশিং, ব্যুরোক্রেটশিং,

মিলিটরি অমদি পেরা মিলিটরি য়ুনিটশিং, সিভিল বোডিনচিংবা চা কয়ানা মহাক্কী পেন্টিংবু পাম্না লৈনরি। প্রাইম মিনিষ্টরগী মণিপুর খোঙচত্তা এআরগী ডিজি অমসুং চীফ মিনিষ্টরনা খুদোল তৌখিবা 'কংলাঃ দি গ্লোরি ওফ মণিপুর সিভিলাইজেসন' হায়বদু আরকেসিএসকী ইকোন কোনবা পেন্টিংনি। মহাক লাইয়েকপা অমা ওইবদা নত্তনা স্কলপচর অমসু ওইরম্মী। মহাক্ক শারম্বা লৈবাক্কী মুর্ত্তিশিং মীয়াম্না য়াম্না পাম্লে।

মহাক্কী থবকশিং অসিবু মহাক্না হিংলিঙৈ মতমদা ইণ্ডিয়া অমসুং মপান লৈবাক্কী লুচিংবশিং অমদি শক্নাইরবশিংনা থম্মোয় পেন্না শীঙথারবসু ঙসিদি মহাক্না নোঙ্গাখ্রবা মতুংদা নীংঙমদবগা লোয়ননা হেন্না শীঙথানরকখিগনি। ইং ১৯৯১দা ক্যুবাগী দিপুটি চীফ মিসন ভি. রামিরেজ রিং অমসুং সাউথ কোরিয়াগী এম্বেসেদর, ক্যাং টিঃ পার্কনা শীঙথাখিবা 'পেন্টিং অসিনা মণিপুর পুৱারীবু অমদি ঙসিগী পুৱারীবু থুনমক খঙবা ঙমহল্লি' হায়বা অমসুং এয়র মার্শেল এম এম সিনহানা মহাকপু চিংনবা লৈতবা জাতিগী লন্নি হায়বা অমদি মণিপুরগী গবর্ণর, চিন্তামণি পানিগ্রহীনা ইং ১৯৯০ জুলাই ২দা মহাকপু অৱাং নোংপোক্কী খ্বাইদগী খঙনরবা লাইয়েকপনি হায়রবসু ইণ্ডিয়ানা শকখঙবিদ্রি হায়না অঙকপা ফোঙদোক্লি। জাপান ব্রোডকাষ্টিং কোর্পোরেসনগী এ হাসিমোটোনা মহাকপু জাপান্দদি পাক শন্না শকখঙনরবা আর্টিষ্ট অমনি হায়না ইং ১৯৯০ ওক্তোবর ৪দা ইরমখি।

মণিপুরগী নীংতম লানহৌবু মুত্তনবা সনাগী কালিনা য়েক্লিবা অমসুং মণিপুরগী পুক্লিং ঈহুলবু পুথরিবা নাৎ অমদি পুৱারীবু ওইল ওন কেনভাসতা মুৎনাইদবা মচুনা য়েক্লম্বা আরকেসিএসবু মহাক্কী মমা লৈবাক্না করম্না কাওবা ঙমগনি! মরৈবাক্কী হীয়াই ওইরবা নাৎ অমসুং পুৱারীবু মালেমগী মীয়ামদা শক্তাক্লবা হোৎনবদা লায়নিং ওইখিবা মহাক্কী মফমদা জাতি অসিগী মীয়াম্না তৌবীমল খঙবা উৎফম থোকই।

# চিত্রকার রাজকুমার চন্দ্রজিৎসনাদা রাসেশ্বরী পালাগী শ্রদ্ধাঞ্জলি

**দাঃ যামিনী দেবী**

'পোক্নফম', দিসেম্বর ১১, ২০০৪

মণিপুর ইমাগী মীথোয়-মীহেনবা মপারী শক্লাইবা চিত্রকার রাজকুমার চন্দ্রজিৎসনা ময়ামগীনা আরকেসিএসনা লাইরমলেন্দা পাংখিবদা রাসেশ্বরী পালাগী মেম্বরশিংনা থম্মোয় শোক্লা, নুংশিনা বিদায় পীজরি। মী ওইনা পোক্নবদি নোংমদি শোয়দনা সিগদবা লৈ। হিংলিঙৈগী মতমদা মীদুনা তৌরম্বা অফবা কর্মগী ফলনা স্বর্গ কায় হায়নৈ। রাজকুমার চন্দ্রজিৎসনাদি শোয়দনা লাইরৈবাক্তা চৎলমগনি। মহাক্না হিংলিঙৈ মতমদা মমা লৈবাকপু নুংশিজনা মানা হৈজবা বিদ্যাগী মতেঙনা সেবা তৌরম্মী। হায়নরি এ পিকচর ইস ব্বোর্ট দেন টেন থাউজন ব্বার্দস। মহাক্না তুলিনা য়েকপা মরোল থোক্নবা লাইশিং ভারতকী মফম কয়াদা য়ৌখ্রে। মপালগী লমশিং অমেরিকা, লন্দন, জাপান্নচিংবা লৈবাক কয়াদা লৈখ্রে। রাজকুমার অসিনা মণিপুরগী ইতিহাস অমসুং সংস্কৃতিগা মরী লৈনবা লাই লীশীং তরাগী মথক্তা য়েকখ্রে। মশাগী আর্ট গেলরী অমা লৈখ্রে। মতোমতনা য়েকপা লাই কয়া উৎপা একজিবিসন কয়া পাঙথোকখ্রে মণিপুরগী মনুং অমসুং মপান্দা।

মহাক্না য়েক্লম্মী – মণিপুরদা থোকখিবা থৌদোক কয়া, মীৎনা উহৌবা কয়া, ব্বারী তাবদ্গী কল্পনানা শাগৎতুনা কয়া অমা. ঙসিসু মাগী আর্ট গেলরীদা উগনি – মণিপুরগী অনীসুবা লান, জাপান লান, মোইরাং কংলৈরোনগী থম্বা-থোইবীগী মৃৎনাইদ্রবা নুংসি ব্বারী, চহী তরেৎ খুন্তাকপগী, নুপী কৈথেলগী, কংলাগী তেক-কায়রবা শক্তম, লোয়ননা কংলা উত্রা মমাঙগী কংলা শানচিংবা লাই কয়া।

মানা তম্লিবা খুদোলবু শক খঙবিদুনা ক্লিমকা বুক ওব রেকোর্দতা মিং চনখ্রবা মীশক্কি মণিপুর ইমাগী অচঙবা মপারীনি মমাবু মালেম সীন-থুংনা শক্তাকপা ঙমখিবা মপারীনি। ঐখোয় পুম্নমক্না চাউথোকচরি রাজকুমার অসিগীদমক মহাক্কী অয়েকপা লাইশিং উরুবদা মহাকসি মরৈবাক মরমদম মজাতিগীদমক চাউথোকচবা মীশক্কি হায়বসি তশেংনা খঙবা ঙম্মী। লাই য়েকপদসু নত্তনা থিয়েতরগী লমদসু খুদোল তম্লম্মী। লৈ-সু থাবা, লৈতেং তৌবদসু পুক্লীং চঙবা মীশক্কি। আরকেসিএস চিত্রলয় লিংখৎতুনা তুংদা ঐখোয়গী হেরিতেজ ঙাক্লবা লাই য়েকপা ছাত্র কয়াসু শেম্লমখি।



*আরকেসিএসনা য়েক্লম্বা*
*রাজর্ষী ভাগ্যচন্দ্র অমসুং মজাইবেম্মা বীম্বাবতীগী শক্তম*

ঐহাক ইশামক্কী ওইনদি আরকেসিএস লৈকায়গী ইবুংনি, শাগৈগী মরী-মতানি। মহাক্না কার্ত্তা শাগৈগী পিবানি। ঐগী ইমানা কার্ত্তা শাগৈগী নিঙোললনি। করিগুমবা অমত্তং খঙনীংবদা হংজরুই, তানজরুই। সনখ্যানা ঐগী অপোকপা পাবুংগী ফোতো অমসু য়েকথোকপিরমদুনা য়ুমদা ঙসিসু থেৎলি। অমুক্তি ব্লাফংনবা হায়বদু থোকখি। ঐনা খবরদা নুপীলানগী মূর্ত্তি শক্তম অসিগী মতাঙদা ইরুবা অদুগী মতাঙদনি। ঐনা হায় – সিফায়গা নুপীগা নোংমৈ মুন্নবগী শক্তমদা সঙ্গিনগী মচীন মথক্তা ওনখৎলিবসি য়ানিংদে। সনখ্যানা হায় – সঙ্গীন মথাদা ওম্থনা য়েকপা নিয়ম নত্তে। ঐনা হায় – নিয়ম ওইদবা য়াই। নুপীলানদদি সিফায়না সঙ্গীন্না থিন্দুনা নুপীশিংগী মশাদগী ঈখেঙ শীম্থখিবনি। য়েক্লিবা লাইদা মদু উৎথোকপা তাবনি।

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মচাইবেম্বা মণিপুরগী মহারাস জগোয় হৌদোকপদা রাধিকাগী শক্তম লাংখিবী বিম্বাবতীনা হৌদোকপিরম্বা রাসেশ্বরী পালাগী মেম্বরশিংনা সনখ্যাদা হায়জবদগী চিত্র অনী য়েকপিরম্মী। অমনা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী অমনা মচাইবেম্মা বিম্বাবতীগী। রাসেশ্বরী পালানা মফম কয়াদা সঙ্কীর্ত্তন শকপদা চিত্র অনীদুদা লৈ-সু ধূপ থাউমে কৎলগা ঈশৈ হৌই। হায়নবা য়াওই মশাগী ফোতোসু লৈহৌদ্রবনিনা থুবম ওইনা থম্লগা মদুদা খুরুম্বনা চুম্লোইদ্রা? নিরাকার ওইবা ঈশ্বরবু মীওইবনা পুক্লীংনা লাকশীন্দুনা মীওইবগী শক্তমদা লাই লাৎনরিবা অদুগুম্বনি। ফোতো লৈহৌদ্রবসু আরকেসিএস না রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র অমসুং মচাইবেম্মা বিম্বাবতীগী চিত্রসি য়েকপিরম্মী। হৌজিক শ্রীধাম নবদ্বীপতা শ্রীঅনু প্রভুগী অগ্রদা লাৎলিবা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মুর্ত্তি অসিসু আরকেসিএসনা য়েকথোকপা চিত্র অমগী শক্তম লৌদুনা শ্রীশ্রী গোবিন্দ রাসেশ্বরী পালা মরূপ মণিপুর অমসুং শ্রীঅনু প্রভু সেবা লৈমরোল মরূপকা থুৎশন্নদুনা শাখিবনি। রাসেশ্বরী পালানা মতম লৈবা খিবিক্তা সনখ্যা চন্দ্রজিৎসনাবু নীংশিংদুনা লৈহৌরগনি। চিত্রকার অসিদা রাসেশ্বরী পালাগী মেম্বরশিংনা শ্রাদ্ধাঞ্জলি কৎচরি। স্বর্গদা ঈংনা-চীক্লা মহাক্কী আত্মানা লৈননবা ঈশ্বরগী মফমদা খুরুমজরি।

**ওম শান্তি, ওম শান্তি, ওম শান্তি**

# নুংঙাইবা নুমিৎতা অৱাবগী মপাউ আরকেসিএসনা লৈখিদবদা

**মাখোনমণি মোংসাবা**

'পোক্নফম' নবেম্বর ২৬, ২০০৪

ঐখোয়গী হৌরকফম ওইরিবা কংলা অসি লোইলম শন্দোরকপা বৃতিশকী মখাদা শাংলবা চহী কয়া মখোয়না পায়শিন্দুনা লাকখি। বৃতিশনা মণিপুর থাদোক্লুনা চৎখ্রবদা, মশাগী লৈঙাক লৈজরম্বা মণিপুরবু নক্ষুদা ভারত্তা তিলহনখিবদগী বৃতিশ সিফায়গী মখুৎতগী ভারতকী সিফায়না মখা তানা ঐখোয়গী কংলা খুদুম চন্দুনা লৈরকখি। শাংলবা চহী ১১৩ অসি সিফায়না লৈশিনখিবদগী ইনীং তল্লা ইশাগী য়ুম ওইরিবা কংলা লাইফমলেন্দা ঐখোয়না চঙজবা ফংলকখিদে। মরমদম, হৌরকফম্বু নুংশিজবা কয়ানা চহী কয়াদগী কংলাদা সিফায় লৈহনবিগনু, য়েংশিনবিদ্রবা, শেমগৎপিদ্রবা কংলাগী অশেংবা মফম মীয়াম্দা শিন্নবিয়ু হায়জদুনা লাকখি। সরকার মীরোল কয়া হৌখি, মচু কয়াগী ফীরাল শিনখি, ঐখোয়গী কংলা ঐখোয়গী ওইবা ফংখিদে। কংলা উদনা অমদি চঙবা ফংদনা মীরোল কয়াগী পুন্সি লোন্নখি। অদুবু মতম্না শুরক্লবদা অশেংবা হায়বা পোৎশক অদু কুইনা লোৎশীন্দুনা লৈবা য়ারকখিদে। মতম কয়াদগী মীয়াম্না তক্লদুনা লাকখিবা ঐখোয়গী কংলা, ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টর ওইবিরিবা দা. মনমোহন সিংহনা মণিপুরদা লাকপিদুনা ঐখোয়গী অশেংবা ইরলবু অমুক হন্না মীয়ামদা নবেম্বর ২০, ২০০৪ নুংথিলগী মতমদা লৈবাক মীয়ামদা শিন্নবিরমখি। নুমিৎ অসি মণিপুরী খুনাই অসিগী য়াম্না মরুওখিবা, কাউঙল্লরোইদবা নুমিৎ ওইখি। মীপুম খুদিংমক হরাওনখি।

লাইবক থীবনি, অসুক মরুওইরিবা, নুংঙাইখ্রবা নুমিৎ অসিদা অৱাবগী পাউ অমনা থল্মোয় অসি কপহনখি। অতোম্পা কনাগী মপাউ নত্তে। শক্লাইরবা থুৎহৈবা, ইকায়খুম্নজরিবা পাবুং আরকেসিএস লৈখিদবগী

মপাউনি। মতম থরা হক্চাং ঙমদনা লৈরমখি, তপ্না তপ্না মশা শোল্লরকখি। শোল্লবা হক্চাং অদুনা অরোইবা ওইনা স্কেচ অমা নবেম্বর ১৭, ২০০৪ দা য়েক্লমখি। নবেম্বর ২০, ২০০৪গী কাউণ্ডস্রোইদবা মীকুপ অমদা নুংশিজখিবা শিস্কম তুংওইনরল্লগা তাইবঙপান থাদোকখি। মহাক্তি অশেংবা আর্টিষ্টনি, শিস্কম অদুদা অদুমক চংখি। পাবুং আরকেসিএস লাইথত্তা য়েকপা নত্তে। অয়েকপা লাইনা মীয়ামদা ৱারী লীরিবা মীশক্নি। পৃথিবীগী অনীশুবা লান, মীয়াম্না জাপান লান হায়বা খঙনখিবা থৌদোক অদুগী মমীৎমক্তা উহৌখিবা লানচেনবগী ৱারী, লীকোন শান্নবা, চাকঙাই ৱারী, ফুঙ্গা ৱারী, মোইরাংগী ৱারী, চহী তরেৎ খুল্লাকখিবগী মণিপুরনা ভারত্তা তিনবগী এগ্রিমেন্ট ইনবগী ৱারী, নুপী কৈথেলগী মশক, ৱারী কয়া কয়া অয়েকপা লাই ওইনা মহাক্না ঐখোয়দা পাউদম্লমখি। অঙনবা মতমদা মশানা উখিবা, তাহৌবা থৌদোক কয়াবু পাদম লাক্তুনা মহাক্কী কেনবাসতা তুলিনা য়েক্লগা মীয়ামদা কাউদনবা, নীংশিংদুনা লৈহৌনবা ৱারী লীথিবা মীশক্নি। মতম অমদা মগুণ লৈরম্বা ঐখোয়গী কংলানা ফীবম শোক্লবা, নীংথায়রকপগী শক্তম উবদা থম্মোয় কায়না কপচখিবা, মহাক্কী তুলিনা য়েক্তুনা অৱাবা মপাউ তমজখিবা, অশেংবা মরৈবাকপু নুংশিজখিবা মীশক অমনি। হৌখিবা, নহা ওইরিঙে পুন্সিদা উখিবা, মতম অদুগী লম্বী-থোংগী ফীবম, চংনরম্বা নীতি কয়াবু তুংগী মীরোলদা তাক্লিবা, নীংশিংহল্লিবা কলাকার অমসুনি। মহাক্না য়েকখিবা, ফীবম কায়রবা নীংথায়রবা কংলাগী শক্তম অদুমক ভারতকী প্রাইম মিনিস্তরদা, ঐখোয়দা কংলাবু খুৎশিন্নবা নুমিৎতা মণিপুরগী চীফ মিনিস্তর ও ইবোবীনা খুদোল তমখি। অদুবু, কংলাবু মীয়ামদা শিন্নখিবগী নুংঙাইবা পাউ অদুমদি মহাক্না তাখিদনা ঐখোয়গী ইরক্তগী নুমিৎ অসিমক্তন্দা অরোইবা ওইনা চংখ্রে। কয়াদা পুক্নীং নুংশিনীংঙাই ওইবা নুমিৎনো। অনৌবা শেমগৎলক্কদবা কংলাগী মশক অদুমদি মহাক্তি উখিদ্রেদো। অমুক হন্না উদুনা মহাক্কী তুলিনা মোমোন নোক্না, কেনবাসতা কংলাগী অনৌবা শক্তম য়েক্লরোই। অৱাবা, হীকথরবা, তেক-কায়রবা শক্তম ময়াম অদুতমক উরগা মহাক্তি চংখ্রে।

আরকেসিএস মীয়াম্না খঙনবা অশম্বা মিংনি। অশেংবা মিংদি রাজকুমার চন্দ্রজিৎসনা কৌই। শোক ১৯২৪ ওক্তোবর ১৩দা পোকখি। অঙনবা মতমদগী স্কল্লচর অমদি লাই য়েকপা অপোকপা আরকে

য়ুমজাওসনাদগী তমদুনা হৈরকখি। লীলা-ড্রামাগী সিন ওল্লিওঁদা য়েক্লকখি। সিন য়েকপদা নত্তনা, মতাঙ চাবদা মশামক লীলাদা থোক্তুনা শক্তমসু লাংলকখি। শোক ১৯৪৭ লানগারকপা মতুংদা মশামক্কী য়ুমগী শঙ্গোয়দা আরকেসিএস চিত্রলায়া হায়না লিংখৎতুনা তোঙান-তোঙানবা মিথোলোজিকেল, হিস্তরিকেল অমদি কন্তেম্পোররী পেন্তিং কয়া য়েকপা হৌরকখি।



*আরকেসিএসকী পুন্সিগী অরোইবা শরুক্তা য়েক্লম্বা কংলা সনখোঙগী শক্তম*

অঙনবা মতমদগী মঙলকখিবা মঙলান্দি – মশাগী আর্ট গেলেরী অমা থমজদুনা মহাক্লা য়েকপা লাই ময়াম অসি মীয়ামদা য়েংবা ফংহনবা অসিনি। মঙলান অদুমক মঙফাওনখি। শোক ২০০৩গী মেগী তাং ৫দা ওরিষাগী গবর্ণর এম এম রাজেন্দ্রন্না চীফ গেষ্ট, মণিপুরগী গবর্ণর বেদ মরব্বানা প্রসিদেন্ত, মণিপুরগী চীফ মিনিস্তর ও ইবোবী অমদি মতমদুগী আর্ট এন্দ কলচরগী মিনিস্তরগী থৌ পুবিরিবা দা. এম. নরনা মথংশীৎনা গেস্ত ওব ওনর ওইবিদুনা আরকেসিএস আর্ট গেলেরী হায়না মিংথোন্দুনা মশাগী কম্প্লেক্সতা হাংদোকপিখি। মণিপুরদা মশক নাইবা লাইয়েকপদি লৈরে। অদুম ওইনমক, মথোয়না য়েকপা লাইশিং, মতীক চাবা, মফম চাবদা মীয়াম য়েংনবগী আর্ট গেলেরী লৈতে। ইকায়কুম্নরিবা লৈখিদ্রবা অসিনা মরনাই ওইনা গেলেরী অমা হাংদোক্তুনা

থল্লিবা অসি ঐখোয়গী চাউথোকচনীংঙাইনি। আর্ট গেলেরী অসিদা মখল কয়াগী পেন্তিং ১১৭ মহাক্কী ব্রোচরগী রেকোর্দ মতুংইন্না লৈরে। অয়েকপা লাই কয়া অমসু থেৎফম লৈতবনা মহাক্কী কাশিংদা পুল্লপ পুল্লপ তাশীন্দুনা লৈরি মসি থারগদি ২০০গী মথক্তা লৈগনি হায়না থল্লি। মহাক্কী হোৎনবা কনবা, অঙম্বা থাক্তা মরনাই শুজরগা ফংলকপা শেলনা শাগৎচবা ঙল্লিবা মমল য়ামখ্রবা মহাক্কী থৌনা অসি ঐখোয়না তমজনফমনি। আরকেসিএসকী আর্ট গেলেরী মীয়াম্না য়েংবা য়ানবা চাং নাইনা হাংদোক্কুনা থল্লি। তশেংনা হায়রবদা মহাক্কী য়ুমদি আর্ট গেলেরীদা নত্তে অহীংবা ম্যুজিয়ম অমসু ওইরবনি। ভারতকী অমদি মপাল লমগী মীনফাওবা মহাক্কী পেন্তিংশিং য়েংবা লাক্লরি। মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা থৌরাঙ তৌবিদুনা শোক ১৯৯০ দা আরকেসিএসকী ইতিহাসতা য়ুম্ফম ওইবা অয়েকপা লাইশিংগী একজিবিসন অমা ইম্ফালদা পাঙথোকখি। মথন্তগী ওইনা পুথোকচবা য়ামখ্রবা লাইশিংগী একজিবিসন অমা পাঙথোকপা ঙম্বা হায়বসি অতাঙবনি। মসিগীদমক আরকেসিএসনা নেস্নেল রেকোর্দ থম্বা ঙমখিবতা নত্তনা 'লিমকা বুক ওব রেকোর্দস, ১৯৯৪' লেমজনফম ওইরবা ফিদা অসিসু ফংখি। লাই য়েকপগী শিন্ফম অসিদা মহাকপু ইকায়খুম্নখিবা, মহাক্না ফংখিবা মিংথোল খরদি – 'বেস্ত স্তেজ দেকোরেতর' ১৯৬০, থিয়েটর সেন্তর মণিপুরনা পীবা, গ্রেতেষ্ট আর্টিষ্ট ওব নোর্থ ইষ্ট ইন্দিয়া, চিত্রকলা পরিষদ, তেজপুর আসামনা পীবা, 'শিল্প ভুষণ' মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা পীবা; ফেলো 'মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী'না পীবা, 'গোল্ড মেদল' মণিপুর সরকারনা পীবা, 'সেনিয়র সিতিজেন' ২০০১ রোতরী ক্লব ইম্ফালনা পীবা অসিনচিংবশিং শীংথাবা য়াই।

মহাক্কী অয়েকপা লাই ময়াম উরুবদা মথম্মোয়দা ফাওরক্কুনা করিগুম্বা খরদং ফোঙদোক্লমদবা মী য়াওখিদে। আরকেসিএসকী ভিজিতর্স রেকোর্দ বুক্তা, মপাল লমগী শক্লাইরবা কয়ানা ইরম্বা পুক্নীং ইথিল কয়া ঐখোয়না থেংনৈ। কমেন্ত ময়ামগী মরক্তগী অমথক - *য়ু ব্রিং অজ ক্লোজর তু মণিপুর এন্দ ইত্স পিপল, ইন মোস্ত গ্লোরিয়স ফেশন। বুই লব য়োর ব্বার্কস* – রিচার্দ এফ চেলেষ্ট, য়ু এস এম্বেসেদর

তু ইন্দিয়ানা হায়বিরম্বা মসিমক্পা মহাক্কী মগুণ অদুমক তাকপিরে। মহাক্পা হিংলিঙৈদা মণিপুর অমদি ভারতকী মফম কয়াদা মহাক্কী পেন্তিংশিং একজিবিসন তৌখি, ব্বার্কশোকপ কয়া মরী লৈনবা দিপার্টমেন্তশিংগা খুৎশম্নদুনা পাঙথোকখি। নাংকী লৈজরিবা মশক কয়াবু পেন্তিংগী মেদিয়মদা উৎনবা অচৌবা থৌদাং হনবা লৈতনা হোৎনরমখি।



*প্রাইম মীনিষ্টর ডা. মনমোহন সিংহদা খুদোল তমখিবা*
*আরেকেসিএসকী পুন্সিগী ইকোন কোনবা ওইল পেন্টিং*

পুন্নমকসি ব্বারীনি, মপাম্নোংগী পোৎশক্লি। হৌজিক ঐখোয়না লাংতক্লরিবদি – ঐখোয়দা অনৌবা আরকেসিএস অমা থোক্লকপা ঙম্লরোইদ্রা, মহাক্কী তুলি কনানা পায়হৌগনি? অব্বাৎপনা থল্লবা লমদম অসিদা পোক্লুবা, ঈনখৎপিনবা লৈতবা, মতেঙ পাংনবা, য়েংশিনবিনবা য়াওদনা মফম অসিদা হিংলমখিবা, চীন্দা মখোয়গী থৌনা নীংশিংদুনা থাগৎপা খক্তনা লাইওইখ্রবা ইপা-ইপুশিং অদুনা পেল্লমগদ্রা? ঙসি শক্লাইখিবা মহাক্পা লৈখিদবদা মীপুম খুদিংগী থম্মোয়দা অব্বাবা নুংঙাইতবগী পিরাং শীম্নুনরি। অদুবু ব্বাহং অসিমদি হংনীংলি – ব্বানা হৌরকপা পুন্সিদা আর্ট তৌজরিবশিংগী মফম কদায়দনো? সোদি শিন্নবিরম্লে, কনানা সো অসিবু করম্বা মওংদা থম্বিগনি? হাঙলবা কেনবাসনা পাউথুম অমদি ঙাইরি।

# আরকেসিএসনা নোঙ্গাখিবদা

বুধ চিংথাম

'সঙাই এক্সপ্রেস', নবেম্বর ২২, ২০০৪

ওম্থোক্লা থম্মোয় শোক্লবা পাউ অমা ওইরি 'শক্লাইরবা আর্টিশ আরকেসিএস লৈখিদ্রে' হোয়, মীওইবগী পুন্সি শিবা নাইবা পুন্সিনি। অদুবু মণিপুরগী পুৱারিগী তাঙ্কক কয়াবু অয়েকপা লাই ওইনা অনৌবা মীরোল কয়াদা উহল্লম্লিবা শক্লাইরবা কলাকার আরকেসিএসপুদি তগৎ তগৎ তেক্লা হিংহননিংলি। মথা তানা লেপ্তনা মণিপুরগী লাইবক থিবা, লাইবক ফবা পুৱারীগী থৌদোক কয়াবু মাগী খুৎয়েক্লা লেপ্তনা ৱারী লিহননিঙলি। অদুবু লাইবক থীবা পুন্সিগী তাঙ্কক অদু য়ৌরক্তুনা খাম্বা য়াদনা চৎখ্রে। লৈখিদ্রবগী থৱায় মিরেলনা ইংনা চিক্লা পোত্থারুবা ওইসনু। করিদি উপাই লৈ, ঙরাংত লৈখিদ্রবা তুংশিদা অহল ইবুঙো অসিগী মরমদা খরদং নিংশিংজবদুনা মহাক্কী মফমদা কৎচরি।



*নোঙ্গাখিগদৌরবা নুমিৎ হুম্বিতা ঙাইরবা ফাওবদা য়েকপগী থৌনাদি হুমবা লৈখিদে।*

হৌখিবা চহী ২০০৩গী নোংমা নুমিৎ অমনি লৈখিদ্রবা অহল ইবুঙো অসিগা নিংথিনা ফম্মিন্নদুনা ৱারী শান্নখি। নৌনা

হাংবা আরকেসিএস আর্ট গেলেরি (মে ৫, ২০০৩) থৌরমগা মরি লৈননি। অহল ইবুঙো অসিনা পুন্সিনা হিংলিঙৈদা আর্ট গেলেরি অসিমদি মণিপুরগী মতম কয়াদগী মঙজরক্লবা কলাকারশিংগী মঙ অমদি মঙফাওনহনবীরম্লে। আরকেসিএসকী হান্নগী আর্ট গেলেরি লৈতে হায়ববুদি য়ারোই। হায়বদি মওং মরিল তানা আর্ট গেলেরি ওইনা শাবমক নম্রবসু অহল ইবুংঙো অসিগী য়ুম অপুম্বসি কুইরবা মতমদগী আর্ট গেলেরি ওইনা লৈরক্লবনি। অদুবু মওং মরিল তাবা আর্ট গেলেরি অমা মহাক্না লেপ্পীরমদুনা মণিপুরগী লল অমা ওইনা মহাক্কী লাইশিংগা মীরোল কয়া কয়াগা লেপ্তুনা পাও ফাওননবা মফম অমদি ওইহৌরে। মহাক্তি মীরক্তা অথোইবনি। মহাক্কী ওইল পেন্টিং, রিয়েলিষ্টিক খুৎয়েকশিং অসিদগী ঐখোয়গুম্বা মীচমগী থম্মোয়দা নান্থোকপা ঙমদবা মহাক্কী লাইশিংগা পাও ফাওনরি। মতাং অসিদা নিংশিংবা য়াবদি, লাই য়েকপা কলাকার অমসুং লাই য়েংবা মীচমগী মরক্তা অচৌবা চিংখায়নবা সমস্যা অমদি মতম চুপ্পা লৈ। মসিদনি ঐখোয়গী লাই য়েংবীনবা মী কদাইদা চৎখ্রবগে হায়না হায়নরক্লিবা। খুদম ওইনা মতমগী অনৌবা লাই খুৎয়েকশিংদা কলাকারশিং অদুগী লাইশিংগা অয়েংবগা পাউ ফাওনবা ঙমদবা চাওনা অহাঙবা অমা লৈবসিনি। মরম অসিমক্তনা লমদম অসিদা আর্ট এক্সিবিসন কয়াদা ওইরবসু মীপুম খুদিংমক আর্ট গেলেরিশিংদা লাই য়েংবগী হেবিট অদু পাক শন্না লৈবা ঙমদে। অদুবু অহল ইবুঙো আরকেসিএসকী কেনভাসশিং অসিদি খুদক খুদক্তা মীচমগা পাউ ফানবা অদুগুম্বা লাই ঙাক্তনি। মহাক্কী লাইশিংদা চহীচা কয়া লেপ্তুনা লমদমসিগী ৱারী লীরগদবা কয়ানি। মমাং চহীদা হাংদোকখিবা আর্ট গেলেরি অসিনা লৈখিদ্রবা অহল ইবুঙো অসিগী পুন্সিগী মশক অসুম ময়েক শেংবা হেনগৎলক্লি।

আরকেসিএস অশম্বীদা থঙনবা অশাংবা মমিংনা রাজকুমার চন্দ্রজিৎসনা সিংহ কৌই। মহাক্না লৈখিদবা অসি মশাগী চহী ৮১ শুখ্রে। মহাক্কী অয়েকপা লাই কয়ানা মালেমগী মফম খুদিংদা পাক শন্না য়ুমগী ফক্লাং, ম্যুজিয়মগী ফক্লাং কয়াগী লৈতেং ওইখ্রে। য়ুকে, য়ুএসএ, ইজরেল, জাপান, কনাডা, হোং কোং, ফিনলেণ্ড, ম্যানমার, ফ্রান্স, বেলজিয়ম,

য়ুএসএসআর লৈবাক কয়াদা থুংখ্রে। হায়রিবা অহল ইবুঙো রাজকুমার চন্দ্রজিৎসনা সিংহ অসি ইম্ফালগী কৈশামথোংদা ১৯২৪গী ওক্তোবর ১৩দা তাইবঙ থোংদারকখি। অপোকপসু মণিপুরগী লময়ানবা লাইয়েকপা কলাকার অমনি আরকে য়ুমজাওসনা সিংহ (১৮৭০-১৯৫৪) অপোকপগী হৈশিংবা কয়াদুনা য়োমদুনা শারক্লবা লাইপোক্লুম্লবা মণিপুরগী কলাকার অমনি আরকেসিএস। মহাক্কী লোইনবী আরকে ওংবি লৈরিকসিজা অমদি মচানুপা তরুক, মচানুপী অনি লৈহৌরি। আরকেসিএস মহাক্কী তোপ তোম্পা ষ্টাইল লৈজবগা লোইননা মহাক্কী ৱার্কতা কলাগী পোথোক অয়েকপা লাই লিশিং ১০গী মথক্তা পুথোকখ্রে। মহাক্না ১৯৪৭ তা 'আরকেসিএস চিত্রলয়া' আর্ট ষ্টদিও লিংখৎখি। নিংশিংবা য়াবদি ১৯৪৭দা হিন্দি ফিল্ম 'দেখোজি' হায়বসিগী পোষ্টর মহাক্না য়েক্লুনা সিনেমা হোলদা পোষ্টর য়েকপসি অহানবা ওইনা ভিক্তোরি সিনেমা হোলদা হৌদোকখি। মহাক্কী তোপ তোম্পা ঈরৈবাক অসিগীদমক মমল নাইদ্রবা খুদোল অমদি, মণিপুরগী পুৱারীগী শাগোন্নবা লাইশিং অসিনি। অকনবা থিজিনবা অমগা লোয়ননা চহী ১০ চুপ্পা তৌজরকপা (মণিপুরগী থোইদোক্লা ইতিহাসকী অখঙ অহৈশিং তান্নবত নত্তনা মরুওইবা লাইরিক ২৩ (মণিপুরগী অমদি মপানগী মীনা ইবা) কুপ্লা নৈনদুনা ৱানা শাগৎচবা খুৎয়েক ঙাক্তনি। মরুওইনা মণিপুরগী ইতিহাসকী তাঙ্কক ১৭০৯দগী ১৯৪৯ গী ওইবা অখন্নবা লাই ৭২ (ওইল ওন কেনবাস) ষ্টেট কলা একাদমীনা শিন্দুনা ১৯৯০ দা জিএম হোলদা পাঙথোকখি। হায়রিবা সোলো একজিবিসন অসিদা কলাকার অমখক্তগী নেম্লেল রেকোর্ড থমখি। 'লিমকা বুক ওফ রেকোর্ড, ১৯৯৪' চনবা ঙমখি। লিমকা বুকতা লামায় ১০৪দা মচু শঙবা 'জিলা দরবার' অয়েকপা লাই অদুগা কোন্ননা আরকেসিএসকী মরমদা নিংথিনা ইরি। মহাক্কী নেম্লেল রেকোর্ড অমদি অতৈ টাইটল, ওনোর কয়া অমনা পিক থন্না লৈখ্রবনি। ইণ্ডিয়া শিনবা থুংনা একজিবিসন কয়া অমা মণিপুরবু মহাক্কী লাইনা শক তাকখ্রবনি। য়াম্না অঙনবা মতম ১৯৫৪ দা ইণ্ডিয়াগী অহানবা প্রসিডেন্ট ডাঃ রাজেন্দ্র প্রসাদপু মণিপুরদা তরাম্না ওকপদা আরকেসিএসকী লাই কয়া উৎখি। তোঙান তোঙানবা গ্রুপ একজিবিসন্দা, ইম্ফালদা, গুৱাহাটিদা, শিলোংদা, অহমেদবাদতা, জয়পুরদা, দেল্লি, কোলকত্তা, মদ্রাজ পনবা য়াই। লোয়ননা টু-মেন-সো, মাদ্রাজ ১৯৯৩ অমদি সোলো সোদা ইম্ফালদা (১৯৮৫, ৯০,

৯৫) ময়াপুর (১৯৮৬) বোম্বে (১৯৮৬) ইন্টরনেম্নেল ট্রেড ফেয়ার, নিয়ু দেল্লি (১৯৮৬) বেঙ্গলোর (১৯৯৫) ইন্টরনেসনেল কলচরেল কনফরেন্স এণ্ড ফেষ্টিবেল, ইম্ফাল ১৯৯২ মণিপুর য়ুনিভর্সিটি ১৯৯০, ওল ইণ্ডিয়া একজিবিসন ইম্ফাল (১৯৮৪, ৮৫, ৮৭) ওল ইণ্ডিয়া আর্ট একজিবিসন, টেজপুর ১৯৮৭ (গেষ্ট আর্টিস) ৪৫শুবা নেম্নেল একজিবিসন, গুৱাহাটি ২০০৩ মণিপুর ফেষ্টিবেল কোলকতা ২০০৩ অসিনচিংবা পনবা য়াই। মসিদা নত্তনা মহাক্কী মণিপুরদা অমদি মপান্দা (ভারতকী মপান য়াওনা) ৱার্কশোপ, টেলিভিজন শো কয়া অমা লৈখ্রে। নিংশিংবা য়াবদি ঙৱাং ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টরদা মণিপুর সরকারনা খুদোল তমখিবা 'ডি কংলা, গ্লোরি ওফ মণিপুরী সিবিলাইজেসন' হায়না মিংথোনবা অয়েকপা লাই অসি মহাক্কী ইরোই লোইবা মপুং ফাবা কলাগী খুদোলনি।

আরকেসিএস য়াম্না কংথোকপগা লোয়ননা মপুং ফাবা কলাকার অমনি। মালেমগী মফম কয়াদগী মহাক্কী লাই য়েংলবা মীওইসিংনা মহাকপু লাইপোকুম্না কয়ারক হায়খ্রবনি। .... Enlightened and deeply moved by being shown all these marvellous works of RKCS .... Eijiro Noda, Ambassador of Japan 12th August, 1990 .... you are the well known artist in Japan, Akihisa Hashimoto, Japan Broadcasting Corporation, .... Shri RKCS is undoubtedly a National treasure .... AOC in C Eastern Air Command 1989 .... One wonders as to why such a renowned painter from the North East has not received National recognition so far ... Chintamani Panigrahi, Governor of Manipur 1990 ... মসিদা নত্তনা অষ্ট্রেলিয়ান হাই কম্মিসন, স্বিজরলেন্দগী ডাঃ ইটালো, কোরিয়াগী এম্বেসেদর, দিপুটি চীফ মিসন, ক্যুবা, ইজরেলি এমবেসি, এম্বেসেদর, ম্যানমার, য়ুএস এম্বেসেদর, তোঙান তোঙানবা ইটালি, ফ্রান্স, বেলজিয়মম্নচিংবদগী মপানগী শক্লাইরবশিংনা আরকেসিএসপু মাগী কলাবু পুঙক ঙক্কখ্রবনি। তশেংনা মহাক্কী আর্টনা লমদম অসিগী ইনাক খুনখ্রবা পাথাং পুথাংদগী লৈজরম্বা ঐথোয়গী আর্ট হেরিটেজগী য়ামখ্রবা মশক অদু উৎথোকপদা থৌদাং লৌরম্মী। মহাক্কী ৱাংলবা কলাগী খুদোল অসিদি মহাক্লা হিংলিঙৈদা হাংদোকচরম্বা আর্ট গেলেরি অসি য়েংবতদা ফন য়াম্না খঙবা ঙমগনি।

গেলেরি অসি ষ্টেট অসিগী লন ওইরবনি। মণিপুরগী টুরিষ্ট এট্রেক্সনগী য়াম্না মরুওইবা মফম ওইরবনি। অদুগা গেলেরি অসিদা থেৎলিবা লাইশিং অসি ১৯৮৬ তগী ১৯৯১ ফাওবদা য়েকপা লাইনা অয়াম্বনি। তশেংনা ইতিহাসকী তমথিবা থৌদোক ৱাথোক কয়ানা পোথাহনখিদ্রবা কলাকার অসিনা অকনবা অয়াকপা মচু কয়া শিজিন্নরি। চহী ৭ খুন্তাকপগী অয়েকপা লাই অনি ১৯৮৭ দা য়েকখিবা অসিমক য়েংলগা অৱাগী মীওৎ মীনৈগী থম্মোয়দা তুজুংবা ফাওরি। ১৯৮৯দা য়েকখিবা ফাঁসি শগাইদা যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ, থাঙ্গাল, জেনেরেল উরগা লৈবাক নুংশিবা মীওই কয়া অমা নৌনা কপহল্লি।

অঙকপনি লমদম অসিগী তাঙলবা কলাকার অসিনা চংখ্রবসু মহাক্কী কলাগী খুদোলদা থোৎপদগী থোৎলবা থম্মোয় অমদগী কনবদগী কনলবা মপা লৈতবা থম্মোয় অমগী মহাক্কী কেনভাসতা থনমলে। মহাক্না চিংথোক্লল্লিবা থিমশিং অসি মিথ, লিজেন্দ, রিলিজন, হিষ্টরি অঙক অঙকপা পুরানগী লিরবা লাইশিং লৈবাক্কী অথৌবশিংগী মহাক্কী হৈ-শিংবা খুৎয়েক, মহাক্কী ব্রস, ফোর্ম, কন্টেন্ট, ষ্টাইল অমদি শিজিন্নরিবা কলর অসি তশেংনা লমদম অসিদা কলা অসিবু পামজবশিংনা মমল নাইদনা তমজনফম ওইহৌরগদবা খুদোলনি। তশেংনা মহাক্তি শিবা লোম্বা নাইদনা লৈহৌরগনি। মহাক্কী হকচাংদনি চৎখিবা মহাক্কী কলাগী খুদোলদি মতম চুপ্পগী ওইনা তগৎ তগৎ তেক্লা চহী চা কয়া হিংহৌরগনি। মহাক্না হিংলিঙৈদা আর্ট সোসাইটি মণিপুরগী চিয়ারমেন অমদি ষ্টেট কলা একাদমীগী ফাইন আর্ট ৱিংগী দিমান্দ কম্মিটিগী মেম্বরসু ওইরম্মী। তশেংনা আরকেসিএসকী কন্ত্রিব্যুসন লমদম অসিদা শৈথাদুনা লোইবা নাইরোই। ঙসিদি কলা গুরু অসিগী পুন্সি নুমিৎ তাখ্রে। অরোইবা ৱাহংদি মহাক্কী কায়থোকপদা লোইবা নাইদ্রবা কলাগী পুক্কে নিংথিনা শেন্নবগদবা কনানো? মীশক অমখক্তি লৈরি কলা গুরু অসিগী অহুমশুবা ইচানুপা আরকে বুধিমন্তনা অপোকপগী কলাগী পুক্কে অসি ঙাক শেঞ্জদুনা মপু হাক্তক্তগী চৎনরক্লবা ফেমিলি ট্রেদিসন, লাই য়েকপা হায়বসিবু তগৎ তগৎ তেক্লা হিংহনখিগদৌরি।

# কংলানা ঐখোয়গী ওইবদা কায়নরেদো চিত্রকার অমা

**গীতাঞ্জলি সোরাম**
য়াইরিপোক হৈরোং
'পোক্নফম' (চিঠী), নবেম্বর ২৫, ২০০৪

চীংলৈবাক্কী লোক্তগী চেন্থরক্লিবা লূরবা লাইজনা লৈতেম মান্নরবা তম্পাক লমদা চেন্থরক্নুনা তিল্লরি, খোয়খোয়নরা তুরেলশিংদা। কোয়শিল্লি মৈত্রবাকপু শাংলা চীংলোন মাপন্না। শৈথানরি কবি কয়ানা ইমাগী নীংথিবী ফীজোলনি শাংলা চীংমায়না। লোক্তাক্লা মিংশেল ওইবীনি। মৈতে কংলা পুংময়োন্না খোয়দৌনি। ইং ১৮৯১দগী ২০০৪ ফাওবা বৃতিশ অমদি ইন্দিয়াগী লান্মীশিংনা পায়শিন্দুনা থম্নুরবা তুংদা ঙসিদি ঐখোয়গী খুৎতা শিন্নবিরে।

মৈতৈগী লাইওইরবা মায়চৌ কয়া লৌরেম্বম খোংনাংথাবা, কোনোক থেঙ্গ্রা, লাঙ্গোল লুখোই, কুম শুবা পণ্ডিত কয়াগী শেংলবা মফম ওইজরম্বা ইতিহাসপু মশক তাক্লিবা মীরোল কয়াগী মাঙফদ্রবা লন ওইরিবা চীংলৈবাক্কী অতিয়াদা নাইতোম ঙানবা ধ্রুবতারানি। মাঙখিবা য়ারোই অমম্বদা! নুমিৎ থানা ঙাল্লিঙৈদা।

নুংঙাইরবা মীনোক্লক্তা কায়নবগী পিরাংসু শীন্থরকই অৱা নুংঙাই হৌনশা ওইবনরা? কোয়রাওনবী মীস্না থম্বাল, মোমোন নোকপী, লোম্হোক্তবী, শুমহৎপী মীৎয়েং, ৱাহৈমতা ঙাঙদবী, চেঙলৌ হেনবী মহাক্কী শক্তমদি খুৎহৈবা চিত্রকার নত্তনা কনানা য়েকপা ঙমগনি। লৈবাক ঙাক্লিবা নিংথৌমক্তা ঙাওজবা চিত্রকার নহাক্কী পুন্সিনি। মৈতে লৈবাক্তা পোকখিবা চাংদম্নীংঙাই লৈত্রবা নহাক্কী তুরিগী লৈইনা, কাউখ্রবা কয়া নীংশিংলকই নৌহৌনা হৌখ্রবা থৌদোক কয়া উরুবদা 'শামুফাবা' য়েংলুবদা নুপীলান, খুদোল তমখিবদা সনাগী 'কংলা' ভারতবর্ষগী নিংথৌদা। নিংথমগী ৱাউথাংনরা লৈচীন মরক্তা লোৎলিবরা? ঐখোয়বু থাদোক্কুনা।

উলেন নংলবী লৈপাল কয়াগী শংলবা লৈকাদা য়েন্নীংথাগী লৈরাংশিং শাৎলক্কনি লৈনমগা লোয়ননা। মনীং তল্লবা কংলাগী সনথোঙদা মায়চৌ তরেৎনা ৱাচুম শূবদো, নুংজেং পুখ্রীনা ঈমায় চোনবদা থরো থম্বালনা ঈপাকথক্তা ওইনজবা করিগী য়েক্লমদনা হল্লিবা স্বর্গদা পুন্সি খোঙচৎ লোইরদুনা থৱায় ওইবা তুরিবু থাদোক্লল্লগা।



*আরকেসিএস আর্ট গেলরি য়েংবা লাক্লম্বা বেলজিয়ানশিং*

মকা লাল্লবা মায়থোঙনা পুকচেল মত্তুম্বা মতৌনা তাইবঙ জীব খুদিংবু মচা শক্লা নাউকোল্লিবী মৈতে চনুগী ফজবা মায়থোঙদা জাতি বিজাতি থায়দ্রবী ইমাগী চীনবান ময়াদা নল্লমখোদনা শম্ভ্রু অমত্তং শান্তি পাউবু য়েনবদা পকচনবা।

য়েলহৌ শক্তম মাঙখ্রবা শুম্বলখোঙ পলেমনা ফৌশুখোনগী তাম্বাদা পারী মচা থেম্না থেম্না তাইবঙ শিনবু পাঙলিবী থৌনা লৈবী ইমাশিংগী হকচাং শীন-থুংনা তেমশীংনরিবা মীরানচাশিংদা চরৈনা মমায়দা কনবদো তাহল্লমখো চিত্রকার নহাক্কী কেনভাস মথক্তা। কোলোয় মিংদি নীংথিবা রাজকুমার চন্দ্রজিৎসনা অথোইবা লাইয়েকপা চৎখ্রবসু নহাক্লা। লৈহৌগনি মিংলেন্দি ইঙা-ইঙেনগী কল্লবা নোংনা চামথোক্রসু, নিংথমগী লৈচীন্না মরোল কয়া খঞ্জিনখ্রবসু যুগ কয়া লেঙদনা।

# কংলা অমদি আরকেসিএস

**মাইবম লন্নচন্দ্র**
লোইতাং সন্দুম

'পোক্লফম' (চিঠি) নবেম্বর ৩০, ২০০৪

চহী ১১৩ গী মতুংদা কংলা মনীং তম্লগনি। ইকায়খুম্নজরবা প্রাইম মিনিষ্টরনা কংলাবু মণিপুরগী মীয়ামদা খুৎশিন্নরগনি, য়াইফরবা নুমিৎ থাংজ, হিয়াঙ্গৈগী ৯নি পানবা তাং ২০।১১।২০০৪ অশেংবমকলা? অসুক কুইরবা মতমসি মীয়াম্না লাউজরকপা নুমিৎ অসিদদি নীংবা থুংলগনি। অসুক পেঞ্জবা, অসুক নুংঙাইজবা নুমিৎসিবু কদায়দগী লৌরুগনি? য়াম্না লাঙতক্লনা নুমিৎসিবু ঙাইজখি।



*আরকেসিএস আর্ট গেলরি*

লেপ্পা লৈতনা, অহোংবা নাইবা ঐখোয়গী সংসারসিদা মতম মহাক্তনি হোংবা নাইদবা; লেপ্লখি ইমাঙসিদা নুমিৎতু ইমান্নবা অমগা লোয়ননা পুং ২৩০ তাবা অদুব্রাইদা কংলাদা য়ৌজখি। তিল্লল্লিবা অমসুং অতৎ অখম লৈতনা লাক্লিবা মীয়ামদু উরুবদা খনখি লোইবা নাইদবা ব্রাখল ময়াম অমা . . । মতু ইপোন পোন্না লৈরল্লবা

ঐথোয়গী কংলাসে ঙসিদি মায়থোঙ মকা লামনা লাক্লিবা মীয়ামবু ওক্লল্লি। নুংশিরবা কংলা নঙদি লোইনা উরমগনি, খঙলমগনি নমাঙমক্তনি থোকখিবা থৌদোকশিংদো। নোংমদি শোয়দনা লীররগনি ৱারীশিংদো ময়েক শেংনা অমমমদা ওইনা মথং মথং।

প্রাইম মিনিষ্টর য়ৌরকপদা তরাম্না ওকপগী খোঞ্জেলনা পুমনিল নিল্লি। ঙাইহাক্কী মতুংদা অয়েকপা কংলাগী শক্তম, খুদোল তম্বগী থৌরমদু উরুবদা ইতিহাসিক ওইরবা শক্তম কয়াবু য়েক্তুনা চীম্থাং য়ৈনা পাউজেল্লিবা আরকেসিএস অমসুং মাগী গেলেরীবু য়েংনীংবগী ইহুল অমা ফাওরকখি। ঐনা ইমান্নবদুদা হায় – করি নুমিৎতনো অমা আরকেসিএস গেলেরীদু য়েংলুসি? অদুবু, নুমিৎতুগী নুমিদাংগী পুং ৭.৩০ পাউদা য়াওরকখি শক্লাইরবা লাইয়েকপা আরকেসিএস লৈখিদ্রে ঙসিগী নুংঙাইরবা নুমিৎসিদা করিগী অসুম্না থোকহনবিরিবা? ঈশ্বরগী খুৎশেমদা কপ্পা-নোকপা, অৱাবা-নুংঙাইবা পুন্না চৎলি হায়বদুরা? খুৎহৈবা কলাকার নঙনা চৎখিবদা নীংঙমহৌদবা অমদি নীংতম্লবা কংলাগী শক্তম্বু য়েক্লমদনা চৎখিবদুনি হল্লকখো, পোক্লখো অমুক হন্না য়েক্লখো চীম্থাং য়ৈবা পাউজেলদো, নীংতম্লবা কংলাগী শক্তমশিং; ঙাইরিনে নঙবু নহাক্লা থৱায় হাপ্লম্বা নঙগী তুরিনা।

# আরকেসিএস লৈখিদবদা আর্ট সোসাইটি মণিপুরগী মীফমগী পাউদম

ঐচ. সোমোরেন্দ্রো

'সনা লৈবাক', নবেম্বর ২৬, ২০০৪

পাবুং (আরকেসিএস) চিত্রপ্রিয়ানা মশাগী অনাবা অমদা লৈখিদ্রবদা থম্মোয় শোকহৌরবা চিত্রপ্রিয়াশিংনা মাগী মাগী মত ফোঙদোক্লদুনা অৱাবদা ইমুং মনুং মরি মতাশিংদা শরুক য়াবগা লোয়ননা আর্ট সোসাইটি মণিপুরগী মেম্বরসিংনা অসুম্না ফোঙদোকহৌই. মাগী মাগী মত্তা. ওজা এল শামুনা (আর্টিষ্ট) সনখ্যাগী নাবা হংজরুবা চৎলুবদা ইকন কন্না লৈরম্বদু ঐদি থাজদবনি অদুবু সনখ্যানা ময়াম্বু লমজিংবিরম্বা মীশক অমনি। অঙাং অমদি অহলনা ফাওবা খঙদুনা লৈরবা মশাগী পীথোরকপা হিষ্টোরিকেলদা বেজ তৌরগা য়েক্রুম্বসিংদু থম্মোয় ইহুল ফাওনা লৈহৌরগনি ঙরাংসু টিভিদা উৎখিবা কংলাগী নত্তনা নুংঙাইবা কংলা অসি ঐখোয়গী ওইরে ঐখোয় মৈতৈ মচা অসুম্না তৌবা কনানো হায়বদা আরকেসিএস হেক্তা ওইরম্বা আর্ট গেলরি অমা লৈখ্রে। ওজা, মুতুৱা বহাদুর (আর্টিষ্ট)না অমুক শমথৈ অহানবা আর্ট সোসাইটিগী বাইস চিয়ারমেন্ ওইরম্বদি আরকে চন্দ্রজিৎসনানি। য়ুমজাওসনা, মচা ইবুংঙোবু লাই য়েকহনখিবদি য়ুমজাওসনাননি মহাকসু উ শুবা, লাই য়েকপনি। মহাক্লা মণিপুরগী থোকখ্রবশিং কল্লেক্সন তৌরগা একজিবিসন তৌরগা হিষ্টোরিকেল ওইবা ইভেন্ট ময়ামসি তাশিন খোমজন্দুনা ওঝা ময়ামদগী আর্ট গেলরি পুথোকপীরম্বসি অচৌবা দান অমনি হায়জনিংই। আর্ট সোসাইটি মণিপুর ঐখোয়বু চিংখৎপিরম্বদি মহাক্কী অপাম্বগী দান অসি কাওফম থোক্তে হায়খিবদু মখা তারকই। তামো নবচন্দ্র, খুরাই (আর্টিষ্ট) না ঙসিগী মীফম অসিদা ময়াম্বু কোক নোঞ্জরি পাবুং (আরকেসিএস) অসি য়াম্না তাঙবা মীওই ওইবনা ময়াম্না তম্বদা ৱারবা লায়েকশিং

১০,০০০ য়েক্লম্বা অমদি আর্ট সোসাইটি মণিপুরগী গাইড লাইন পীবিবা চিয়ারমেন ওইবিরম্বা ঐখোয় লৈবাক্কী অতাঙবা অমনি। ইনাও, রোসিনা ব্বাকৈথেল মায়কৈদগী তেন্তক্লা আওট ষ্টেন্দর হায়বসি মচানুপা আরকে বুখিনা অহাংবা খুদিংমক মতেং পাংলক্কদ্রা মসিনা ঐগীদি - 'মথংদা ঐখোয়গী য়ুম্লাম গুনিন্দ্রো, পোরোম্পাংনা চিয়ারমেনগী অয়াবা লৌজরগা থাগৎচরি, পাবুংসে সোসাইটিগী থবক তৌবিরম্বদা নীংহন্নবা লৈতনা তৌবিরম্বা মহাক্কী ব্বার্কশিংবু মতম পুম্বদা কাওজরোই। এল, ঈশ্বচন্দ্র থাংমৈবনদসু পাবুং(আর. কে.সি.এস) গা ঐখোয়গা নকশন্নবা ব্বারী শান্নবা ঙমজহৌদ্রবসু মঙোন্দগী য়াম্লা খঙনিংবা কন্সটিট্যুসন ময়াম অমা ফংজরি। পাবুং লৈতবসি ঐখোয়গী মাঙজবা অব্বাৎপা অমনি মীয়াম্লা মায় অমদি ওনশিনফম থোকই হায়বগা লোযননা সি,ঐচ, ললিত য়াইস্কুলদা লৈবনসু ঙসিগী মিটিংসিদা ব্বাহে খরা পনখি। ঐনা হায়জবা অমা লৈজে পীক্লবা ষ্টেট অসিবু মপান্দা মশক তাকখিবা পাবুংগী ব্বার্ক অসিবু নহা ওইবা আর্টিষ্টশিংনা তম্বা তঙাই ফদে, পাবুংনা ব্বার্ক তৌখিবশিংবু ঐখোয়না মতম পুম্বদা নীংশিংনিঙাই ওইবগীদমক হেক হেক অব্বাৎপা অমদি ওইহৌরগনি। তাশল্লুরগা, অরিবম জয়চন্দ্র শৰ্ম্ম (আর্টিষ্ট) ব্রহ্মপুরনা সেক্রেটরি অমা ওইনা ঙসিগী অব্বাবা মীফমসিদা শক্লাইরবা সনৌখ্যগী লাই অমা ঐহাক্লা ক্লাস ফাইভ তল্লিঙৈদা য়ুম অমদা থেংনখি। অদুদা অয়েকপরা, অনম্বরা খঞ্জখি। মতুংদা খঙলকখি। পাবুং মহাক্লা য়েক্লম্বা মাগী থবকশিং পৃথিবীনা শক খঙবিরি ঐহাক্লসু তৌবা ঙম্লরোই ঐখোয়না চহী তংখাই য়ৌবা ফাওবদা মহাক্কী তৌবা ঙম্বসি মণিপুরদা পোক্লক্কনি থাজদে। অদুবু পোক্লকপসু ওইসনুকো, মহাক্লা নারিঙৈ মতমদা ঐসু নোংমা অচাপোৎ থিল্লুই, মদু মীফম ময়ামগী মিং পঞ্জরগা মখা তারকখি পাবুংগী থায়নগী সেন্ট্রেল লাইব্রেরিদা ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা উজখিবা শক্তম ওইখিবা ফজবা অয়েকপা অনানবা খুৎতুনি শিন্দোকপা মতমদুগী ওইরবসু পিকচর পেন্টিং পোষ্টরদগী হেন্না নান্না য়েকথোকপীরম্বদু কাওবা ঙমজদদুনা পম্লোকখি লাই গুরু ওইরবা পাবুং হুইরেম গৌরোগা পাবুং আর কে চন্দ্রজিৎসনা হিরম টেক্লিক্ট লাইন অমমমদা পোষ্টরশিংগী ফজবা মতম শাংনা চৎমিন্নখিবসি মণিপুরগী অতাঙবা অমনি পাবুং (আরকেসিএস) চৎনা নাই হায়বদি তাখি অসুম্লা থাজদনা ইখঙ



*আরেক্কেসিএসনা যেক্রুম্বা তাপান বোম তাবগী শক্তম*

খঙহৌদনা লৈখিদবসি এম য়ুগী চিল্লবা তাঞ্জা অমদা তাখিববু থম্মোয় থুক লাওনা শোকখি। অদুবু ঐখোয় ময়ামগী বুধিমন্ত লৈরিবনিনা ব্রাখলদা কোমথোকচরি। মীওইবদি পুন্সি মশক খঙবগম মীওইবসি অমর নত্তে থবকশিংদি অমর ওইহৌই হায়বগুম খঙবীবা ইয়াম্বা তামো ডাঃ মোহিন্দ্রোগী (ফিজিকসিয়ান, খাগেমপল্লি) মায়কৈরোমদগীসু অসুম্না পনখি। অঙাংশিংনা স্কুল হল্লকপদা খোংনাং অচৌবা অমা তুখ্রে থনবদা ওজা নিলকান্তগুম পাউসি তাবদা। ওজা তোম্বী (আর্টিষ্ট) লংফৈ চৎখি কুল্লচন্দ্রসু ফোন ফংদে অদুবু সেক্রেটরিনা হায়বিরকপসি য়াম্না থাগৎচরি। ঐদি আর্টিষ্টমক নৎচদে নম্রগসু কুইনা আর্ট সোসাইটিদা লৈরকপনা আর্টিষ্টগুম ওল্লে। তশেংবদি লোঙ ফিগর অমা ওইনা সনৌখ্যাগী অশেংবা শক্তম অমদি লৈহৌরগনি। মরন্নাই হোৎনবদা আর্ট গেলরি অমা কলচরগী লমদা হোৎনরম্বসি য়াম্না চাওবা ফোটো মমি লৈত্রিঙৈদগী ঐখোয়না উরোক থোং লানবগী ঐখোয়দা তাকপীরম্বা মৈতৈ নুপীগী লিংজেল ময়ামদু উৎথোক্লক্কনি। আর্ট সোসাইটিগী নত্তনা লৈবাক্কী ওইনা মেনখৎপা অমদি ঙল্লরোই অসিনবু তুংগীদমক চিত্রপ্রিয়া য়াওহনবশিং মতুংদদি ওজা মোইরাংথেম ইনাওগী মীং ওইনা অব্রাবা নুংঙাইবা রেডিও ড্রামা ওন্থোরক্লবা মতম চানা চম্না ফজরম্বা ময়ামদো তাবিখিদে মহৈ মহৈ তন্নরে, লাই অমা অনীদং মীশক য়েংনরগা লমদমসিদা লৈবীদে একজিবিসন তৌরুবগী অচঙবা পৈশা ফাওবা হঞ্জনহন্দে হায়বগুম ওজাগী খুৎই চিত্রপ্রিয়াসি অমুক্তুংদি মণিপুর অমদি মপান্দা থাক ব্রাংনা থমজগে অনামৈল্লেগুম কনাগুম্বী ইমা লৈবাক অমগী আনন্দিগুম ঐহাকসু।

## মণিপুরী থিয়েতরদা আরকেসিএসকী খূদোল - ১

**লমাগো (ডা. লমাবম গোজেন্দ্র সিংহ)**

**'পোক্লফম', দিসেম্বর ৩, ২০০৪**

নবেম্বর থাগী ২০, থাংজ নুমিৎতা এম.দি.য়ু (মণিপুর দ্রামাতিক য়ুনিয়ন) খাংজেং লাইরেম্বী ইমানা থম্মোয় শোক্লা তেংথারকখি। করিগীনো ঙক্লখি। অমরোমদা নুমিৎ অসি মণিপুর মীয়ামগী নুংঙাইরবা নুমিৎ অমনি। চহী ১১৩ চুপ্পা ঐখোয়গী কংলানা মনীং তম্বা ঙমদনা বৃতিস সিফায় অমসুং ভারত সিফায়গী লৈফম ওইদুনা খুদুম চন্দুনা লৈরকখিবা অদু ভারতকী প্রধান মন্ত্রীনা মণিপুরগী মীয়ামগী মখুৎতা শিন্নদুনা মনীং তমহনগদবা নুমিৎনি। মসিদা নুংঙাইরোইদবসি কনানো, অদুগা করিগীদমক খাংজেং ইমানা খাঙ্ঙমদনা কপ্লিবা! লাঙতক্লবা ৱাহং অসিগী পাউখুম য়াম্না থুনা ফংলকই। খাংজেং ইমানা লুনা-চান্না চেকশীন্না নাউকোঞ্জরকখিবা, মগুণ লৈরবা শীংথানীংঙাই ওইবা মপারী রাজকুমার চন্দ্রজিৎসনা (আরকেসিএস)না অরোয়বা খোঙচৎ ওইনা তাইবঙপান থাদোকখিবগীনি। করম্নসু খাঙবা ঙমগনি! মহাক্কী মতম্বাক, মশাইগোন্দা মপারী আরকেসিএসনা য়েক্লম্বা সিনশিং, শেম শারম্বা সেতশিংনা থম্মোয় শোক্লা লাউরক্লবদা। নেশ্নেল দ্রামা ফেষ্টিবেল, (নিয়ু দিল্লী, ১৯৫৪) দা ফোক কেতেগোরীদা অহানবা মনা ফংলকখিবা এম দি য়ুগী 'হাওরং লৈশং সাফবী' গী মীয়াম্না শীংথানখিবা সিন/সেত মহাক্কী চাউরবা খুদোলনি। পুন্সিগী অরোয়বা মীকুপ ফাওবদা এমদিয়ুগী লাইফ মেম্বর অমা ওইনা লাপথোকপা লৈখিদ্রবা শক্লাইরবা কলাকার (মণিপুর ইমাগীসু তাঙলবা মপারী) অসিনা লৈখিদবদা এম দি য়ুগীদি হায়নীংঙাই লৈতনা মাঙজরবনি। মানা লৌরম্বা থৌদাং কনানসু মহুৎ শিনবা ঙম্লরোই। মণিপুরী থিয়েতরগী ইতিহাসতা আরকেসিএসকী পূক্লীং শুমহৎনীংঙাই ওইরবা সেতকা লোয়নবা এম দি য়ুগী মায় পাকখ্রবালীলাশিংনা অনৌবা মহাও অমা পীদুনা ইতিহাসকী পন্দুপ অমা ওইখ্রবনি। এম দি য়ুদা মপূং ওইনা য়াওরকখি হায়বতনি,

মানা শন্নরমদবা থিয়েতরগী সংস্থান ইয়াওবু য়াওখিদে। মানি। থম্মোয় শোকহৌরিবসি মাঙজহৌরিবসি এম দি.যুদা নত্তে মণিপুরী থিয়েতর পুম্বগীনি। অদুনবু মহাক লৈখিদবদা মণিপুরগী থিয়েতরগী সংস্থান খুদিংমক্কা অন্নাবা ফোঙদোক্লরক্লিবদুনি। হোয়, চুম্মী। মহাক্তি থিয়েতরগীতা নত্তে। লাইয়েকপা অমা ওইনা পৃথিবীদা শীংথানরবা কলাকার অমনি। মণিপুরগী ইতিহাসকী মরু ওইবা থৌদোকশিং য়েক্তুনা থম্বিরম্বা, মহাক্কী আর্ট গেলরীগী মরোল থোকপা লাইসিংনা মণিপুরগী ইতিহাস অমসুং সংস্কৃতিগী মরমদা ৱারী লীহন্দুনা থমহল্লিবা থোইদোক্লা শীংথানীংঙাই ওইরবা কলাকারনি। তাঙলবা মণিনি। অদুনবু প্রজা মীয়াম পুম্বনা তেংথানরকখিবনি। মতাঙসিদা শক্লাইরবা কলাকার অসিগী থিয়েতরদা লৌরকখিবা থৌদাং অদুগী পুন্সি শক্তম অদুমতং পাউদমজনীংলুবনি। এম দি য়ুগী অমসুং থিয়েতর ৱার্করশিংগী মহুৎ শিঞ্জদুনা মণিপুরী থিয়েতরদা ওফ স্তেজগী কলাকার অমা ওইনা মপান নাইদ্রবা খুদোল তল্লবা ৱারী শীংবুল অদুগী শল্লম্পা মতেক খরদং শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎচবনি।



*আরকেসিএসনা ডিজাইন তৌদুনা য়েক্লম্বা এম. দি. ইউ.গী অলেকজেণ্ডর ড্রামাগী সিন অমা*

লাই লীশীং তরাগী মথক্তা য়েক্লবা কলাকার অসিনা লৈখিদবদা মণিপুরী মীয়াম পুম্বনা থম্মোয় শোক্লা তেংথানরকখি। হেন্না থম্মোয় শোক্লখিবদি মহাক্লসু মতম পুম্নমক্তা লাইনীং ওইখিবা 'কংলানা মনীং

তম্লকখিবা, মীয়ামদা খুৎশিন্নখিবা নুমিৎ' অসি য়াওবা ফংদনা চৎখিবদুনি। কীন্থরবা কংলাগী শক্তমবু য়েকপা মাগী অহীংবা লাইবু মণিপুরগী মুখ্য মন্ত্রীনা প্রধান মন্ত্রীদা শিন্নবা অদু উরুরগা হেন্না নীংঙমদবা হেন্নখি। পুম্নমক্কা তকশি শোন্নখিবনি – নুমিৎসিফাওবদং হিংলম্লবদি কয়াগী মতীক নুংঙাইগবা! অদুবু কনানা ককপা ঙম্লুগনি নোংদম্বগী নোংদমখোলবু! মীয়ামদা মৈচাক অমা পীরম্বা অসিনসু মাবু হেন্না কাউদনবগী মচাক অমা শোয়দনা ওইহল্লগনি। কংলাবু মীয়ামদা খুৎসিন্নবগী ইতিহাসকী কাউঙম্লরোইদবা তাঙ্কক অসিগা লোয়ননা মহাক লৈখিদবগী নীংঙমদ্রবা থৌদোক অসিসু অদুম শাগোন্নদুনা লৈহৌরগনি।

লাইয়েকপগী লমদা, থোইদোক্লা রিয়্যালিজম/ত্রেদিসনেল রিয়্যালিষ্টিক পেন্তিংগী তাইবঙদা মহাক্তি নিংথৌরেলনি। মণিপুরগীতা নত্তে অৱাং-নোংপোক লমদমগী খ্বাইদগী অথোইবা কলাকারনি হায়দুনা শীংথানখ্রবনি। মহাক মশাসিনা স্কুল অমা ওইরবনি। ইন্সতিত্যুসন অমা ওইরবনি। মহাক্কী লাই কয়া পৃথিবীগী মফম কয়াদা লৈখ্রবনি। অয়েংবা কয়াগী থম্মোয় শুমহৎখ্রবনি। শীংথাবগী লোইবা নাইররোইদবা মহাক্কী মগুণনি। অসিগুম্বা শক্লাইরবা কলাকার অসিনা মণিপুরী থিয়েতরগীদমক্তসু কথোকপগা লোয়ননা সেত দিজাইনর অমা ওইনা থৌদাং লৌখি। থিয়েতরবু চাওখৎনবা হোৎনখি। লাইয়েকপা অমসুং শাবদা পীথোরকপা মগুণ অমা য়াওরক্লবা আরকেসিএসনা থিয়েতরদা থৱায় য়াওরকপসু অঙাং ওইরিঙৈদগীনি।

মহাক্কী পোকপদগী য়াওরক্লবা লাই য়েকপগী মগুণগী মতাঙদা ঙল্লিঙৈগী মতমদা এম দি য়ুগী ষ্টেজ এণ্ড লাইতকী থৌদাং পুরম্বা বি ভবানন্দ শর্মা (ঐজ্ঞাচৌ) না হায় – *"ঐখোয়গা এল পি স্কুল তম্মিনরকই। য়াম্না পীক্লিঙৈ চহী ৬/৭ তা ঙায়রিঙৈ অদুদা স্লেততা কাঙগ্রুনা দুর্গা পূজাগী 'দেবী' য়াম্না ফজনা য়েক্কুনা ঐখোয়দা য়েংহনখি। ঐখোয় ঙকখি। কোন্না ফাওরক্লবা মতমদা খঙলকই। পোকপদগী য়াওরক্লবা মাগী পীথোকপা মগুণনি হায়বসি।"* অমুকসু শক্লাইরবা কবি লাইশ্রম সমরেন্দ্র কবি রত্ননা হায় – *"অঙাং ওইরিঙৈদা মতম*

*খরা কন্না লোয়নখি। রামলাল পাল স্কুলদা মতম খরা তম্মিন্নখি। ঐসু লাই য়েকই, মাসু লাই য়েকই। কাউবা ঙমদবদি – ঐগী অশোয়বা খরা মানা পুথোকখি। ঐনা য়েকপা শগোল অমা মানা অরানবা অশোয়বা তাক্লুনা হায়খি। তশেংনা পীথোরকপা অমা য়াওবা কলাকারনি। মতমদো নীংশিংলুবদা য়াম্না নুংশিরকই।"* মহাক্কী থিয়েতরদা লৌরক্লিবা থৌদাংগী থোইদোকপা মগুণবু শীংথাদুনা অমুক হায় – *"কোলকাতাদা স্তার থিয়েতরগী ফজরবা সিন/সেতনচিংবা নীংশিংলকই। এম দি য়ুগী ফজরবা আলেকজেণ্ডর ড্রামানচিংবগী সেত/সিন কয়ানা ঐবুসু সুমহৎখি। মসি আরকেসিএসকী চাউরবা খূদোলনি। থোইদোক্লা মাঙ্গোল য়াওবা মৈতৈ য়ুমজাও অদু ঐ কাউবা সুকঙম ঙমদে। মীগী শক্তম (পোর্ট্রেদ) য়েকপসদসু মপা লৈতে হায়নীংঙি। এম দি য়ুদা লৈরিবা মহাক্লা য়েকপা অমসুং কৎলকপা সোরোখাইবম ললিত অমসুং খোমদ্রাম ধনচন্দ্রগী অয়েকপা শক্তম অদু ওম্থোক্লা ফজনা য়েকখ্রে। ফোতোনা কৈদৌনি। য়াম্না শীংথানীংঙাইনি। য়েংবদা অহীংবা ওইনা চোংথোরকই।"*

## মণিপুরী থিয়েতরদা আরকেসিএসকী খূদোল - ২

'পোক্লফম' দিসেম্বর ৪, ২০০৪

খৃ.কু. ১৯২৪গী ওক্তোবর তাং ১৩দা রাজকুমার চন্দ্রজিৎসনা (আরকেসিএস) কৈশামথোং লোংজম লৈরক, ইম্ফালদা মতম অমগী শক্লাইরবা লাইয়েকপা রাজকুমার য়ুমজাউস্না সিংহ অমসুং অঙোম নিঙোল শীজয়াইমা দেবী অনীগী মচানুপা য়াইমা ওইনা তাইবঙদা খোঙদারকখি। মচীন-মনাও নুপা মঙা নুপী অনীনি। মপাবুং সনখ্যানা মাগী গুরুনি। অঙাংদি নীংথাদা খঙ্জিং হায়বদুনি। পিশক পীক্লিঙৈদ্ৰগী অদুম মথূৎ য়াওবা হৌরে। তুরিনা মাগী শান্নপোৎ ওইবা হৌখ্রে। মাগী পামজবদু উদুনা মপা ইবুংঙোনসু থব্রায় য়াওনা লমজীংবিখি। মহাক্লা স্তেজগী রোলিং সিন য়েকপা হৌরকখিবা, থিয়েতরগা শম্নবা হৌরকখিবসি য়াম্না নহা ওইরিঙে, স্কুল তম্লিঙৈদনি। মতমদু থিয়েতরগী ঈহৌ য়াম্না কনবা মতমনি। কৈশামথোং এলাংবম লৈকায়দা ময়েংবমগী মচীন-মনাও অহুম ইবোতোম্বী, রাধামোহন, আনন্দমোহন অমদি

শক্লাইরবা এদভোকেত অহম্ম নীলমণিনচিংবনা লুচিংদুনা 'কোস্মোরমা' কৌবা দ্রামাগী সংস্থান অমা লিংখৎখি। সংস্থান অসিনা এলাংবম লৈকায় থাবম লাকপা মান্দবতা ময়েংবম আনন্দমোহন্না ইবা 'খাইনবা' হায়বা দ্রামা অমা খৃ. কু. ১৯৩৯ দা শান্নখি। মদুদগী হৌনা আরকেসিএস. থিয়েতরগা খূৎশন্নবা হৌখি। সিন য়েকপা অমসুং সেতকী থৌদাং লৌবদা নত্তনা লীলাসু কুমখি। দুকান্দার অমগী শক্তম লাংখি।



*আরেকেসিএসনা য়েক্লম্বা এম. দি. ইউ.গী*
*আলেকজেণ্ডর ড্রামাগী সিন অমা*

মসিগী মতাঙদা শক্লাইরবা অইবা অমসুং মণিপুরগী অহানবা চীফ লাইব্রেরীয়ান ময়েংবম আনন্দমোহন্না অসুম্না হায় - "*ঐগী ইমাকনিপা থোকই। যুম্নগা নক্লরে। অয়াম্বা মতমদা ঐখোয়গা লোয়নদুনা লৈ। মহাক্লা য়েকপা-খোৎপা পামজবসিনা সিন-নুং য়েকপগী থবকসি মহাক্লা পুখি। মতমদু মহাক য়াম্না নহা ওইরি.স্কুল তম্লি চহী ১৪/১৫ গুম্বা শুরম্বা য়াই। মথ্বায় য়াম্না য়াওই। য়াম্না সিরিয়স ওই। হংবা থিজিনবা য়াম্না কল্লি। চন্দ্রজিৎসনাগী কলর কম্বিনেসন য়াম্না ফজে। মচু শীজিন্নবসি য়াম্না হৈ।*" অমুক লীলাগী ৱারী মখা তারদুনা হায়" *খাইনবা, লীলাসি য়াম্না পোপুলর ওইখি, মীয়াম্না পান্নখি। লৈমপোকপম গুণিনা" লৈকায়দা অসুম শান্নবসি পেন্দে হোলদা অমুক শান্নসি' হায়দুনা মানা স্তেজ মেনেজর ওইরগা অমুক শান্নখি। মদুদা খোমদোন কৌবা*

*নিংথেম পুন্থী মপান্দগী বামোন নুপী অমা য়াওখি। য়াম্না ফজনা এক্ত তৌখি। অঙাওবী শাবদা য়াম্না মানখি। মদুদা হিজম অহাংহলনা পেনমনখিদুনা গোল্ড মেদল অমা দিল্ল্যার তৌখি। মসিগী মতুংদা ঐনা ইবা 'দাক্তর' কৌবা দ্রামা অমসু তম্বা হৌখি। অদুবু অনীশুবা লাঞ্জাওগী বোম তারকপগী মরাঙ মরাঙ তৌদুনা অদুম উংপা ঙমখিদ্রে। কোম্না লীলাদু সোরোখাইবম ললিতনা তম্বিদুনা ৱাংখৈগী পেরেদাইজ থিয়েতরদা শান্নখি"।*



*আরেকেসিএসনা য়েক্লম্বা এম. ডি. ইউ.গী খুঙ্গংগী সিন অমা*

মসিদগীদি লানগী ঈরাং লাক্তুনা লাঙ্গায়রে। নম্বোলদা ইমুং হূপ্না লাঞ্জেল্লি। অদুবু মফমসিদা লাইনিংথৌ খোরীফাবনা থৌজানবিরবগুম মাগী পামজবা হেন্না মপূং ফানা শরুক য়াবা ফংখি। নম্বোলগী ওজা দব্লিউ ভগীরথনচিংবা কলাকার, লীলা পামজবা কাঙবু কয়াগা থেংনদুনা 'সঙ্গীৎ নাটক মন্দির, নম্বোলগী মেম্বর ওইবতা নত্তনা মেক-অপ সিন য়েকপা অমদি সেত দিজাইনগী থৌদাংসু লৌখি। খুঙ্গংগী লমদা থিয়েতর চাওখৎনবা হোৎনবদা চাউনা শরুক য়াখি। সঙ্গীৎ নাটক মন্দিরগী মহাক লৈখিদবগী অৱাবা ফোঙদোকপা পাউজেলদা অসুম্না হায় – *"খুঙ্গংদা লৈবা থিয়েতর সংস্থান অসিগীদমক মেক-অপ, সেত দিজাইন্নচিংবগী থৌদাং কয়া লৌবীদুনা কখোকপগা*

*লোয়ননা কন্না হোৎনবিখি। শক্লাইরবা কলাকার অসিনা লৈখিদবা অসি মণিপুরী থিয়েতরগী ওইনসু য়াম্না চাউনা মাঙজরবনি।"* নম্বোলদতা নত্তে মসিগী অকোয়বদা লৈখিবা নক্লবা খুলশিংদসু মতেঙ ফজনা পাংখি। লান মনুংসিদা পুংদোংবমদা শান্নখিবা 'দেবলা দেবী' দ্রামাদসু মেক-অপ অমসুং সেতকী থৌদাং লৌবতা নত্তনা নায়কী মমান্নবা শাদুনা লীলাদসু শক্তম লাংখি। পুংদোংবম জুনিয়র স্কুল লিংখৎপদসু কন্না থৌদাং লৌখি।



*ইং ১৯৪৮ তা আরেকেসিএসনা যেক্লস্বা সোসাইটি ঠিএটরগী মমিং খংহৌদ্রবা ড্রামাগী সিন অমা*

মতুংদা লাঞ্জেনবা ওইনা মপা ইবুংঙো য়ুমজাউস্নাগী নুংঙাই য়াইফনা পানবা সেবক অমা ককন্না লীলান্দো লম্পাক্তা লৈবদগী মদুদা অমুক মতম খরা লৈখি। মদুদা লৈরিঙৈদসু শক্লাইরবা অইবা অমসুং কলাকারসিং – নিংঙোম্বম ইবোবী, অশাংবম মীণকেতন অমদি ও. ভোগেশ্বরনচিংবগা পূন্দুনা লীলা কন্না শান্নখিবদা মহাকসু থৌদাং কন্না য়াখি। নরসিং মান্দবতা (১৯৪৬) তৌখিবা লীলাশিংদা সেত দিজাইন, মেক-অপনচিংবগী থৌদাং লৌখি। মসিদা নত্তনা মতমসিদা লিলোং চজিং অমদি থৌবাল মায়কৈদা লৈবা দ্রামা কাঙলূপ কয়াদসু সেত দিজাইনর অমা ওইনা মতেঙ পাংখি। মসিদা লৈরিঙৈদনি থিয়েতরগী ব্লাফম নত্তনা লনাই পুন্সিগী য়াম্না মরুওইবা তাঙ্কক অমা ওইখিবসু।

লাইবক্লা তল্লম্বা হায়বদু ওইবা তাই – নিংঙোম্বম চাউবা অমসুং নিংঙোম্বম ওংবী তোমচা দেবীগী মমোল্লোই, শক চুদা ব্রাৎত্রবী লৈরীকশিজগা শকথঙ-মায়খঙনখি। অপাম-নুংশিগী লীপুন্না চেৎনা পুনখি। থম্মোয় অনী তিন্নখি। পুন্সি লৈপুন শেমখি। (মসিগী নুংঙাইরবা, নুংশিরবা ব্বারীনা পন্দুপ অমা ওইখ্রে।)

মতুংদা কৈশামথোংদা য়ুমদা হল্লক্লবা মতুংদদি জি সি তোংব্রানা লুচিংলিবা সোসাইতি থিয়েতরগা কন্না অমুক খূৎশন্নরে। পোস্তর, সিন য়েকপা অমসুং সেতকী থৌদাং লৌররে। জি সি তোংব্রাগা লোয়নবগী অঙকপা এক্সপরিয়েন্স অদু ফংবা হৌরে। থবক শুবদা নত্তনা ওজা তোংব্রাগা ব্বারী নুংঙাইখিদুনা নুমিদাং থেঙনা হল্লকখিবা কয়ানি। মতাঙসিদা কলাকার অসিনা লীজরম্বা নুংঙাইরবা ব্বারী অমখক্তি – মতমদুগী হোদাম লৈরক লৈখোল্লা হোম-হোম লাউবা হায়বদুনি, য়াম্না ফংলমদে। নোংমা নুমিৎ অমদা দ্রামা লোইরগা নুমিদাং থেঙনা হোদাম লৈরক ফাওদুনা হল্লকপদা পিশক পীকপা মী মানবা অমা 'ঐয়ে!' হায়না হায়রকখি – মদুদা থংপ্রেক খংদুনা লব্বাই লুতোন শাৎখি। লাই ফত্তবা থেংনরেদনা খনখি। কোম্থংদা লাই নত্তে মীনি, কাকৈথেলগী কান্হাই মচানি হায়বা খঙলকখি। মদুতদা নে তানা স্বর হোন্দোকই। থৌদোক অসি মহাক্কী পুন্সিদা সুককাউ কাউবা ঙমখিদে। নীংশিংলগা হঞ্জিন হঞ্জিন নোকচখিবনি।

রূপমহল থিয়েতরগসু শন্নদুনা সংস্থান অসিগী সিন য়েকপা অমসুং সেত দিজাইনর ওইদুনা কন্না থৌদাং লৌখি। লোয়ননা শীংথানীংহাই ওইবা মাগী খূদোল কয়া তমখিবনি। থোইদোক্লা য়াম্না মমিং চৎখিবা সেত অমদি (মহাক্লা এম দি য়ু য়াওরবা মতুং অথেঙবা মতমদা য়েকখিবা) সিনাম কৃষ্ণমোহননা ইবা, সোরেনশংবম নবকান্ত সিংহনা দিরেক্সন তৌবা 'চীংদা শাৎপা' (১৯৬৮) হায়বা দ্রামা অদুগী উখ্রুল চীংগী শক্তম অদুনি। মদু উবদা মীয়াম্না ঙক্লখি। ভাবোক্কী ব্রাখল উখ্রুলদা পুদুনা চৎপা ঙমখি। বেঙ্গলোরদা দ্রামা অসি উৎপদা হায়রিবা সিন অসি উবদা ভাবোক ময়ামগী খুরকপা খুবাক্কী মখোলতনা পূমনিল নিনখি। ঙাইহাক্তি লীলা মখা চত্থবা য়াখিদে।

## মণিপুরী থিয়েতরদা আরকেসিএসকী খুদোল - ৩

'পোক্লফম', দিসেম্বর ৬, ২০০৪

আরকেসিএসকী সেত দিজাইনর অমা ওইবগী মতীক মগুণ কন্না শাফোঙলকখিবদি এম দি য়ুদা য়াওরবা মতুংদনি এম দি য়ুগী য়ঙ য়ঙ লাউরবা লীলা কয়াগা অরকেসিএসগী মেজিক্কুল্লবা খূৎকী সিন/ সেত কয়াগা পূন্না ফাওমিন্নরকখিবনি। কতিং সেত হৌদোক্তুনা অমদি হেভী সেতকী থৌরাঙনা ভাবোক পূম্নমক শুমহৎখিবনি, ময়া কাহনখিবনি. খৃ. কু. ১৯৫৪দা খোমদ্রাম ধনচন্দ্র অমসুং সোরোখাইবম ললিত লৈরিঙৈদা আরকেসিএস, সংস্থান অসিদা য়াওবা হৌখি। হান্না শন্নবা হৌরকখ্রবসু কন্না থৌদাং য়ারকখিবদি মসিদগীনি। অহানবদা পোস্তর য়েকপগী থৌদাং লৌরম্বনি। তুংদা সিন অমসুং সেতকী থৌদাং মায়পূননা লৌরকখি। মহাক হেক চঙলকপদগীদি অদুম মশক হেন্না থোকপা হৌরে হায়বা য়াই। মহাক্কী মমাঙদা শক্লাইরবা কলাকার (ইম্ফাল আর্ট কলেজগী ফাউন্দর প্রিন্সিপাল) ঐচ শ্যামো শর্ম্মা, হুইরেম লালা সিংহ অমদি ঐজ্ঞা কুঞ্জোনচিংবনা সিন য়েকপা, সেত শেম্বা-শাবগী থৌদাং লৌখি। মতমদুদনা ব্লেক এন্দ হ্বাইত অমদি রোলিং সিন ঙাক্তনি। আরকেসিএস লাক্লবা মতুংদগীদি কলর ওইরে, কতিং সেত হৌদোক্লে, স্তেজ থলহনবা ঙম্লে। লোয়ননা ত্রোলিনচিংবা অঙৈনবী সীজিন্নদুনা হেবী সেতকী চৎনবী হৌদোক্তুনা অঙকপা ফংনা ভাবোক্কী মমীৎ থকহন্দুনা কাউঙমদবা হায়বদু ওইহনবা ঙম্লে। 'সেতসু ব্রা ঙাঙগদবনি' হায়বদু চপ চানা পঙথোকপা ঙম্লে।

মহাক চুম্নগী হোৎনবা কনবা পীথোরকপা কলাকার অমা ওইবতা নত্তনা থকশি-খাশি, ব্যাবহারসু য়াম্না পামজবা, কলাবু য়াম্না লূনা লৌজবা মীশক অমনি। মসিগী মতাঙদা মতম কুইনা এম দি য়ুদা মহাক্কা লোয়নরক্লবা, স্তেজ এন্দ লাইত দিপার্তমেন্ততা মতম শাংনা থৌ পূবা য়াওরম্লবা অসেম প্রসন্নকুমারনা আরকেসিএনা তত্তনা হায়রম্বা ব্রাফম পল্লদুনা অসুম্না হায় – "*ঐখোয়গা মতম কুইনা লোয়নজরকপা মতমদা সনখ্যানা তত্তনা হায়বিখিবা ব্রাফম অমা ঐ কাউবা সুকঙম ঙমজদে – 'কলা তৌবসিংদি থকশি-খাশি ঙাক্লা চৎকদবনি। ওজা-*

*শুরু মশক খঙগদবনি। কলাদা মীনম্বা য়াদে। কলাদি অশেংবা তৌগদবনি। কলাকার ঐখোয়দি মীয়ামগী সেবা তৌবনি।' ব্রাহেশিং অসি হৌজিকসু নাকোংদা নিন্দুনা লৈরি।"* মহাক্কী থবক খুৎতৌগী মরমদা পল্লদুনা অমুক হায় – *"মহাক্না দিজাইন তৌদ্রিঙৈদা দিরেক্তরশিংগা য়াম্না মুন্না তান্নে। মখোয়গী অপাম্বদু খঙদোকই। অদুগা স্তেজ পুরিবা কাঙবুগসু মুন্না তান্নদুনা মহাক্কী অঙকপা কলাগী শক্তি অদু শীজিন্নদুনা শেম-শারকই, পুখোরকই। হংবা থিজিনবা য়াম্না কল্লি। অদুনবু ফোক, পৌরানিক, ঐতিহাসিক, সমাজিকনচিংবা খেন্নবা দ্রামা কয়াগী খেন্নবা সিন/সেত দিজাইন তৌদুনা ভাবোক কয়াগী থম্মোয় শুমহৎপা ঙমখি, ঙাওহনবা ঙমখি। খূদম ওইনা থরদং পল্লবদাঃ পৌরানিকতা – 'শকুন্তলা' (১৯৫৭), 'করাগার' (১৯৬৯), 'কৃষ্ণ অবতার' (১৯৭৬), ঐতিহাসিকতা – 'আলেকজেণ্ডর' (১৯৬৩), 'চহী তরেৎ খুন্তাকপা' (১৯৭৭), ফোকতা – 'য়াইরিপোক থম্বালনু' (১৯৫৫), 'তোনু লাইজিংলেম্বী' (১৯৫৬), 'কেগে লমজা' (১৯৫৮), সমাজিকতা - 'য়ুমগী মৌ' (১৯৫৭), 'মখোয়সু মীনি' (১৯৫৯) 'ছুতি' (১৯৭২), 'লোন্নবী মচা' (১৯৮৭) অসিনচিংবা। 'য়াইরিবোক থম্বালনু' দা থম্বালনুনা মতারোই ময়ামগা চেঙহী শম্বাল লাংবা লাকখিবা মতাঙগী পাৎকী সিন/সেত অদুদি ফজমনখিদুনা ভাবোক ময়াম ব্রা লাউনা নিন্দুনা খুবাক খূরকখিবনি। . . . 'চহী তরেৎ খুন্তাকপা' গী কবোশিংগী শুরুং য়াম্না ফজখি। তশেংবা শুরুংদা শুরুং মানখি। ভাবোকশিং ঙক্লখি, পেন্নখি।"*

আরকেসিএসকী সেত দিজাইনর অমা ওইবগী মগুণবু শীংথারদুনা শক্লাইরবা প্লেরাইত অরাম্বম সমরেন্দ্রনসু এম দি য়ুনা শীন-লাঙদুনা পাঙথোকপা 'আর্টিষ্ট দে' থৌরমগী ব্রা ঙাঙখিবা অমদা অসুম্না হায়খি – *"এম দি য়ুগী আরকেসিএসনা য়েকপা, শেম-শাবা হেভী সেতকী লীলাশিং অসিনা মণিপুরী থিয়েতরগী ইতিহাসতা অনৌবা তাঙ্কক অমা ওইহনখিবনি। ভাবোক্তা অনৌবা মহাও অমা পীদুনা লাকখিবনি। য়াম্না চাউবা মহাক্কী ক্রেদিতনি।"* অমুকসু এম দি য়ুগী শক্লাইরবা এক্তর দিরেক্তর খাইদেম বিহারী সিংহ নাট্য ভূষণ' নসু অসুম্না হায় – *"ঐখোয়গী চহী লেঙ্গানি, ইমান্নবনি। 'শকুন্তলা' দা*

*য়েকখিবা, শেম-শাখিবশিং অদু অঙকপগী মশক্লি। মুণিগী তপোবনদা শঙ মচা মচা - কুটিকাদু ওম্থোক্লা ফজখ্রে। ভাবোক শুমহৎখি। কাশ্যাপ মুণিগী আশ্রম অদু লৈচীন মরক্তা লৈদা লৈবা মালহনখি। মদু উবদা ভাবোক্কী ক্লেপিং ফংখি। রাজ দরবারদুসু অঙকপা ফংনা ফজখি। মাগী মগুণ অঙকপনি শীংথাবগী লোইবা নাইরোই। . . . গান্ধী সেন্তিনরীগা মরী লৈননা দিল্লীদা শান্নখিবা 'মৈতৈ খুঙ্গং' গী মতাঙদা মহাক্লা য়েকপা যাত্রা অনীগী মূক্লা শান্নবগী অয়েকপা শক্তম অদু পুদুনা পল্লিসিতি চৎপদা মীয়াম্না অঙকপা ওইনা য়েংনখি। ওম্থোক্লা ফজখ্রবা মানখ্রবা ঙাক্তনি। মী খূদিংমক্লা শোন্নখিবনি। অদুগা ঐনা কাউঙমদবা অমদি 'য়ুমগী মৌ' দা মগুণ য়াম্না লৈরম্বা ইনাক খুল্লম্বা জমিন্দার অমগী মরায় চায়থরক্লবা মতমগী মন্থরক্লবা য়ুমগী সেত অদুনি। তশেংনমক সেত অদু মরোল থোকখি। অর্থ ফজনা পীবা ঙমখি। 'কেগে লমজা' গী লোক্তাক, লৈকোল-লুফুকা হৌবদু অঙকপগী মশক্লি। লৌতাংশঙ, কংলাগী কোনুংগী শক্তম - পূন্নমক হায়নীংঙাই লৈতনা ফজে। খেন্ন-খেন্নবা লীলাগী মতুং ইন্না য়েক্লকপা, শেম্লকপা মাগী সেতশিংনা মফম মফমদুদা লায়না পুদুনা চৎপা ঙম্মী। . . . মানা য়েকপা লাই ওম্থোক্লা য়েংবা নুংঙাইখ্রে। মচু মমেন ময়ামদু তুরিনা শৎ শৎতা নানখি - লোইশিল্লকপদদি মীৎফম হোংবা হেক্তা য়াদে। অঙকপা জাদুগী খুৎ হায়বদুনি।"* মহাক্লা এম দি য়ুগী তৌরম্বা ময়াম অদু শীংথাবগী লোইবা নাইররোই। এম দি য়ুগী শেন-থুমগী ফীবম ফত্তবা অদুসু উদুনা 'লীলা অনৌবা তৌবা খূদিংগী সিন অনৌ-অনৌবা হোংলবদি পৈশা খাঙবা ঙম্লরোই' হায়দুনা খরা হোংদোক-হোংজিন তৌরগা তৌঙানবা অনৌবা মালহন্নবগী তেক্নিক কয়াসু পুথোকখি। এম দি য়ুগী ইতিহাসতা কাউঙমদনা লৈহৌরগদবা অতোপ্পা খূদোল অমনা রিপব্লিক দেগা মরী লৈননা মণিপুর সরকারনা শীন্দুনা পাঙথোকপা গেৎ শাবগী কম্পিতিসনদা মহাক্লা পুথোকখিবা গেৎকী দিজাইন্না অনীরক - খৃ. কু. ১৯৬০ অমসুং ১৯৬৪ দা অহানবা মনা ফংখিবা অদুনি। অসিনসু নত্তনা এম দি য়ুদা লীলা তম্বগী খুদোংচাদবা মতমদা মহাক্কী শঙ্গোয়দা লীলা তম্ফম কয়ারক ওইখি অমদি মহাক্কী ইমুংদা লীলাগী ঈশৈ তান্নফমসু ওইখি। তশেংনমক এম দি য়ুনা মহাক্কী অনীশুবা য়ুম ওইখিবনি। পুন্সিগী অরোয়বা মীকুপ ফাওবা সংস্থান অসিগা থানখিদে।

মহাক্না য়েক্লম্বা, শেম-শারম্বা সিন/সেতশিংনা মহাক কায়নবগী অব্বাবা মৈচাক থাঙবা ঙমদনা তুম্পক লেপ্তুনা লৈহৌরি। মাবু অমুক হল্লকখো হায়না খূৎলাম তোয়না কৌহৌরি।

## মণিপুরী থিয়েতরদা আরকেসিএসকী খূদোল - ৪

'পোক্লফম', দিসেম্বর ২০, ২০০৪

আরকেসিএসনা লাই য়েকপগী থবকপু শিন্ফম অমা ওইনা, প্রোফেস্নেল ওইনা হিংলকখিবগী ব্বারী অসি অঙকপা ব্বারী অমনি। অকনবা পুন্সিগী লান্ফম অমনি। ঙসি ঐখোয়না উরিবা কোনুংগুল্লবা ময়ুম-মকৈ, আর্ট গেলরীনচিংবা হাংদুনা মমঙ মঙফাওনরকইবা, মীয়াম্না সীংথানরক্লিবা কয়া অসি নোংমতদা ওইরকখিবা নত্তে। মীনোক-মীচৈ কয়া থেংনরবা মতুংদা হোৎনবা কনবা অখাঙ-কনবগা লোয়ননা শিন্ফম অসিবু নুংসিবমক্তনা ওইরকখিবনি। অব্বা-নুংঙাইনা থল্লবা পুন্সি খোঙচৎনি। (মসি পুন্নমক মশানা ইজবা পুন্সি ব্বারী ফোঙদোরক্লবা মতমদা খঙলগনি।) হোৎনবা কনবা, ব্বিল পব্বার লৈবগী মথক্তা ঈশ্বরবুসু কন্না থাজজবা, নীংজবা মীশক্লি। মানা হোৎনজবদু ঈশ্বরনা থৌজালবিরবনি হায়না চেৎনা থাজজখি, মহাক্কী খৃ. কু. ১৯৪৭ তা লিংখৎখিবা 'আরকেসিএস চিত্রলয়া' অসি অহানবা 'চিত্রলয়া' দমক হায়রম্মী আরকেসিএস হায়বসি য়াওরমদে, কোন্না হাপচীনখিবনি। মসিগী মতাঙদা মশামক্লা অসুন্না হায়রম্মী হায় "... *মতমদুগী সমাজদা লাইয়েকপা/সাবনচিংবগী শিন্ফম্ব ইকায়খুম্নবদি লায়রদুনা থওই-ব্বাওইনা লৌনরমদে। লাইয়েকপা লাইশাবগী মচা-মশুদি নাম্মা শোয়গল্লি হায়নসু থাজনরম্মী। অদুগীসু মথক্তা লাই য়েকপগী শিন্ফমনবু হিংবা ঙমগদ্রা? চরাদুম হেন্নবনি হায়না খন্নরম্মী। কন্নানসু লাই য়েকপা লাই শাবদা মচা নিঙোল থাজনীংলমদে। অসিগুম্বা সমাজগী মীৎয়েং অসিদা ঐনা লাই য়েকপগী শিন্ফম্ব পামজরবসু মিং ফোংনা হাপ্পা ইকায়জখি। অদুনা মিং হাপ্তনা 'চিত্রলয়া' দমক হায়না ঐগী আর্ট ষ্টুদিও অসি হাংবা হৌখি। অদুবু কোন্নদি ঐবু নুংশিবিবা মী খরনা মিং অমদি হাপচীল্লু, নুংঙাইতে। মপুং ইফা ফাদবদৌনা তৌই হায়না কন্না*

*হায়বিরকপদগী মপুং ফাবা মিংসু অমুক হাম্পা ইকায়ডজদুনা অশঙ্বীদা আরকেসিএস হায়দুনা হাপখি। মসিদগীদি ঐবু আরকেসিএস হায়না মীয়াম্না অদুম খঙ্গনবিখ্রে। ঐনা পামজবা, থব্রায় লুপচবা অদু ঈশ্বরনসু উবিরবগুম মথং-মথং চাওখৎপা হায়বদু ওইরকখ্রে।"*



*আরকেসিএসনা য়েক্রুস্বা এম. দি. ইউ.গী আলেকজেণ্ডর ড্রামাগী সীন অমা*

আরকেসিএসনা এমদিয়ুদা চঙলক্ত্রিক্লৈঙেগী মমাঙদা সিন অমদি সেত শেম শাবগী থবক অসি ঐজ্ঞা শ্যামো, ঐজ্ঞা কুঞ্জো, কাংঙবম লালা, অমাকচম যুগীন্দ্রনচিংবনা পুরম্বদগী মহাক চঙলকপদগীদি মহাক্না মপুং ওইনা পুরক্কবা মতম অদুদা – স্তেজ এন্দ লাইতকী থৌদাং পুখিবা বি হরিদাস শর্ম্মা, ব্রাই ইবোতোম্বী অনীগী মখাদা এল খোমৈ শর্ম্মা, পি ঐচ সুরেন্দ্রা শর্ম্মা, এনজি ইবোতোম্বী, অসেম থম্বৌ, জি সুরজিৎ শর্ম্মনচিংবা থবক য়াঙলবা নহারোলশিং কয়াগী তিমনা আরকেসিএসকা পুন্না থবক তৌমিন্নদুনা মায় পাক্লকখিবগী ব্রারী এম দি য়ুগী ইতিহাসকী চাউরবা পন্দুপ অমনি। (মসিগী শম্নম্পা ব্রারী মতেক অমা মমাঙগী অহুমশুবা শরুক্তা পঞ্জখ্রে।) এমদিয়ুদা কন্না থৌদাং য়ারকপগী মতম অসিদা নুংঙাইরবা কাউঙমদবা থৌদোক অমা ময়ুমদা থোকখি। থৌদোক অদুবু অমুক হন্না পাউদম্লদুনা মপাবুং

সনখ্যাগী খুদুং ইলহৌরিবা মজাইবুংঙো বুধিমন্তনা হায় – *"এম দি য়ুগী 'রামের সুমতি' দ্রামাগীদমক মদুদা চঙগদবা ঙা অমা শাই। মদু রং তৈরগা নুংশাদা কংনবা ফৌদোক্তুনা য়ান্দুনা থম্লিঙেদা মানমনখিবদগী অশেংবা ঙা ওইরবোই নীংদুনা হৌদোং অমনা চোংখৎ-চোংখৎতুনা লামদুনা চাগে হায়না হোৎনরম্বা থেংনখি। মদু উবদা ইমুং মনুংগী মী ময়াম্না কোয়শিন্দুনা য়েংবদগী হৌদোংদু চেনখি। ময়াম পুন্নমক থরায় তানা নোকখি। নোক্লীংবা অমসুং নুংঙাইবনা থল্লবা মীকুপ ওইখি। কাউঙমদবা থৌদোক অমসু ওইখি।"*

এম দি য়ুদা মপুং ওইনা লৈজরবসু মহাক্না শন্নখিদবা লোয়নখিদবা থিয়েটরগী সংস্থান ইয়াওবু য়াওখিদে হায়বা য়াই। শহরগীতা নত্তনা খুঙ্গংগী থিয়েতর সংস্থান কয়াগসুনি। মীয়াম্না 'জয় দ্রামা' হায়রগা খঙনবা, মণিপুরগী মনুং অমসুং মপান্দা কোয়না চৎতুনা দ্রামা উৎখিবা, মণিপুরী থিয়েতরবু শন্দোক্নবা চাওখৎনবা হোৎনরকখিবা, মদুনা হিংনবগী লম্বী অমসু ওইবা ঙমদুনা প্রোফেস্নেল ওইনা চোংথোরকখিবা, মণিপুর থিয়েতরগী ইতিহাসতা তুরিং দ্রামাগী লময়ানবা অমা ওইখিবা – 'মণিপুর আর্টিষ্ট তুরিং দ্রামা পার্টি কম ওপন থিয়েতর' গসু থানবা য়াদনা লোয়নরকখিবা/তুরিং পার্টি অসিগী লুচিংবা, প্লেরাইট এক্টর অমসুং দিরেক্তর এলাংবম জয়চন্দ্র, নাটা ভূষণনা আরকেসিএসকী, থোইদোকপা মগুণ অমসুং কথোকপা ঙম্বগী শক্তিবু শীংথারদুনা অসুন্না হায় – "*. . . ঐহাক্না তুরিং চৎপা হৌগৎলকপা মতম অদুদদি পৈশা লৈতবনা রোলিং সিন য়েকপা ঙম্লমদে। অদুবু খরা লৈরগদি তঙাইফরক্তুনা য়াম্বুং আরকেসিএসতা য়েকহনবা হৌরে। ঐনা পৈশা লৈজদবনিনা য়াম্বুংদা য়ুম অমনা তোঙান-তোঙানবা ওইবা য়াবা মওংদা অহুম থোকপা য়ানবা তৌবিয়ু হায়জখি। মদুদা য়াম্বুংনা নোক্লদুনা 'জয় বাবুগীসিদি লুখ্রেদা' হায়। (ঐবু নুংশিনা 'জয় বাবু' হায়না কৌবি।) য়াম্বুংনা ঐনা হায়জরিবা মওংদু য়ানবা অদুম তৌবিরকখি। ফিনা মতেক মতেক খাজীন্দুনা রোলিং সিন অমদুনা য়ুম অহুম মান্নবা মওংদা শেম্বীরকখি। লম্বীগী সিনসু অদু মঙায়। লীলাগী আইদিয়াসু ফজনা লৈবনিনা তাথোক-তাশিন তৌবদা ওম্বোক্না নুংঙাই। য়াম্নসু সিরিয়স ওই। থবক তৌমিন্নবা য়াম্না নুংঙাই। হৌজিক ফাওবা*

*নীংশিংদুনা অসুম লৈরি য়াম্বুংনা হায়খিবা ৱাহৈদু – 'জয় বাবু, নঙনা দ্রামা তৌবনি ঐনা সিন য়েকপনি। ইবানীমক থৱায় য়াওনা ঐনা ঐনা ঙমজবী থাক্তা হোৎনসিকো মায় পাক্লবা।' অসুন্না মতেঙ পাংবিবতা নত্তুনা পুক্লীংসু য়াম্না থৌগৎপিখি। পাঙ্গল থৌনা হাম্পিখি। মানা ঐগীদমক য়েকপিরম্বা সিনশিং উবদা – মণিপুরগী মফম কয়াদা অমদি মণিপুরগী মপান্দা কছার, হোজাইনচিংবদা উৎপদা ভাবোকশিং ঙাওনখি। ঐনা কাউবা ঙমদবা অমদি – 'কৎথোকপা' লীলা কছারগী বন তেরাপুরদা উৎপদা লম্বীগী সিন্দু উবদা ভাবোকশিং পুমঙাও ঙাওনখি, পুমশুম শুমহৎখি। উ-ৱা সিনরীগী ফজবদু উবদনি। খুবাক খুবগী লোইবা নাইখিদে। লীলা লোইরগা অমুক্তুগা য়েংজখিগে হায়দুনা স্তেজদা কাখৎতুনা ফনা কুইনা য়েংনখি। অঙকপা মাগী মগুণনি। 'উরীরৈ মাধবী' লীলাদা কাঞ্চীপুরগী সিন অমা য়াওবদুসু মীয়াম্না ঙাওনখি। সেরৌ অমসুং শুগ্লুদা মদু উৎপদা ৱা লাউনা নিন্নরকখি। খুবাক খুনরকখি, হুইসেন খোংনরকখি। ঙাইহাক্তি চরাঙনদুনা লীলা চৎখবা য়াখিদে। য়াম্বুংগী মীৎফম হোংবা য়াদ্রবা সিন কয়ানা ঐগী লীলাদা চাউনা মতেঙ পাংখিবদু করম্না কাউগনি! য়াম্বুংনা ঐখোয়গীদমক তৌবিখিবা, পাংবিখিবা মতেঙ, পুক্লীং থৌগৎপিখিবা কয়া অদু তুরিং দ্রামা পার্তি অসিগী ওস্থোক্লা মমল য়ামখ্রবা, মসিগী ইতিহাসকা শাগোন্নরগদবা অমনি। পুন্সিগী লোইরমদাই মীকুপ ফাওবদা পাংবিখিবনি। মতমগী য়াওন মতুং ইন্না ভাবোক্লা পাম্নবা, মতম মাঙহন্দনা সিন চেঞ্জিং অসি য়াম্না থুনা তৌবা ঙম্নবা তেক্লিক অমা, মথক্তুগী হুইলনা চলাইহনবা য়াগদবা মওংগী নমুনা অমা ঐনা খঞ্জরকপদগী য়াম্বুংগা তান্নজখিবনি। অদুবু ঐনগা খোঙ য়াঙবা ঙমজখিদবগা তান্নবদু লোইবা নংহৌদ্রে। য়াম্বুংনা চৎখিবনা হানখ্রে। ওস্থোক্লা নীংঙমহৌদে। য়াম্বুংনা লৈখিদবসি হায়নীংঙাই লৈতনা নুংঙাইতে। ওস্থোক্লা থম্মোয় শোকখ্রে।"*

অসুন্না মণিপুরী থিয়েতরদা আরকেসিএসনা সেত দিজাইনর অমা ওইদুনা মপান নাইদ্রবা খুদোল তম্লম্মী। লম অসোমদা মশক নাইনা খুদোল তম্বগী মহয় ওইনা থিয়েতর সেন্তর মণিপুরনা খৃ. কু. ১৯৬০ দা 'বেষ্ট স্তেজ দেকোরেতর' হায়বা মনা অসি পীখি। লাই য়েকপগী/ফাইন আর্টসকী ইতিহাসতা অমদি মণিপুরী থিয়েতরগী

ইতিহাসতা মহাক্কী মিংলেন্না মূৎনাইদনা শোয়দনা অমর ওইদুনা লৈহৌগনি। অদুবু লাইবক থীবদি অসুক শীংথানীংঙাই ওইরবা কলাকার অসিনা মনা-মথুম থরা ফংখ্রবসু ফংবা য়াবা, হেন্না চাউবা মনাশিংদদি মীরায়বিখিবগুম উবিখিদবগুম তৌখিবগী পেন্দবা ফোঙদোক্লরকখি। আরকেসিএসকী থোইদোক হেন্দোকপা মগুণবু শীংথারবা মতুংদা মহাক্কী ব্রার্কনা হেনবা রিকগনিসন্না ব্রাংপা অসিগী মতাঙদা মণিপুরগী রাজ্যপাল ওইরম্বা শ্রীচিন্তামণি পানিগ্রহিনা হায়খি –" One wonders as to why such a renowned painter from the North East has not received National recognition so far" (Chintamani Panigrahi, Governor of Manipur, 2nd July, 1990).

মণিপুর শক্লাইরবা অইবা (সাহিত্য অকাদেমী অব্রার্দী) অমসুং মশামক লাইয়েকপা চিত্রকার অমসু ওইরিবা অরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মনসু আরকেসিএসনা লৈখিদ্রবা মতুংদা শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎপা ব্রারেং অমদা চেফোঙ অসিমক্তদা অসুক শীংথানীংঙাই ওইরবা মহাক্লা য়েক্লম্বা লাইনা মী কয়াগী থম্মোয় শুমহৎখ্রবা, মণিপুর ইতিহাসকী মরুওইবা লামায় কয়াবু সংস্কৃতিগী মশক কয়াবু খোমজীন তাশীন্দুনা য়েকথোক্লগা থল্লল্লিবা মণিপুরগী তাঙলবা মণি অসিগী পোখোকপুদি শক খঙলগা মহাক মশাবুদি শক খঙবিবা ইকায়খুম্নবিবা ব্রাৎখিববু পেন্দবা ফোঙদোকখি, হায়খি " *. . ফংবা য়াবা ললিত কলা অব্রার্দ" অমদি 'পদ্মশ্রী' নচিংবা ফংদনা পুন্সি লোমখ্রে।*" মহাক্কী পেন্দবা ব্রাকৎ অসি থন্ননীংঙাইনি। তশেংনমক মসিগী পেন্দবা অমদি শোয়দনা লৈহৌরগনি। লৈসনু, কৈসু থোইদোক্তে। মীয়াম্না অসুক নুংশিরিবা অমদি শীংথানরিবা অসিদগী হেনবা মনা কদায়দা লৈরুখিগদগে? মহাক্তি পোকপগী মহয় য়ানখ্রবনি। মহাক্কী অয়েকপা লাইনা, আর্ট গেলরীনা লমদমসিদা নত্তনা পৃথিবীগী মফম কয়াদা মণিপুরগী মশক তাক্তুনা অমদি মহাকপূ নীংসিংহন্দুনা লৈহৌগনি। মণিপুর ইমাগী তাঙনা ফংজখিবা মচাশিংগী মনুংদা মহাকসু অমদি ওইরবনি। করিগুম্বা মপোক হায়বদুনা লৈবা তারবদি মথংগী মপোক্তসু লমদম অসিদা অমুক হন্না পোক্লবা ওইসনু। মহাক্কী শুমহৎনীংঙাই ওইবা লাই কয়া হেন্না মফম থূদীংমক্তা শন্দোকপা ঙম্বা ওইরসনু।

# ইতিহাসকী লমায় অমনা খুমজিনখিবদা

শরতচান্দ থিয়াম

'পোক্লফম', নবেম্বর ২৯, ২০০৪

অমুক হাংদোক্লুরবদি অমুক খুমজিনবা হৌনশানি। অমুক পোক্লুরবদি অমুক শিবা তাবনি। ইতিহাসকী লামায় থন্না য়েক্লম্বা লাইয়েকপা অমদা পীরম্বা মতমসি শুপ্পগী চহী ৮০ খক ওইরম্লে। থাজখিদে নুমিৎ অসি লাক্কনি হায়বা মতম শুরদুনা লাইয়েকপদু পুদুনা চৎখ্রে ঐখোয়গী ইরক্তগী। কনানসু থিংবা ঙমহৌদ্রে। কনানবুদি ঙমগনি? মীওইবনা মায়থীবা পীবা ঙমদবা অমত্তা লৈরক্ত্রে। ঙমদবা অমখক্তংদি অরোইবা স্বরসিখক্তা মঙায়রে। মসিমত্তং ঙল্লল্লবদি প্রাইম মিনিস্তর মনমোহন সিংহনা কংলাবু মণিপুরগী মীয়াম্‌দা খুৎশিন্নবগী নুংঙাইবা অদু মহাক্কী মায়থোঙদসু তারমগদবনি। অদুবু নুংশি হৈতবা ঐখোয়গী ইরক্তদি লৈবা মশক্তি উদবা অমনা শুপ্পগী পুংজা খরগী মমাঙদা ঐখোয়গী ইরক্তগী নংহৌররোই মতাগুম মুন্দুনা পুখ্রে। কনাসু থাম্বা ঙমহৌদ্রে মহাক্তি ৱাজখিবনি মণিপুরগীদমক। খঞ্জখিবনি কংলাগীদমক। চহী ১০০ হেল্লক্লবফাওবদা ঐখোয়গী কংলাবু ঐখোয়গী ওইবা ফংহন্দ্রিবা করিগীনো হায়দুনা মচু কয়াগী লাইনা কংলাবু নীংতম্বা ফংনবা হোৎনবদা মাঙজিন থাদুনা চঙসিনখিবা লান্মী অমনি। নীংতম্বা ফংলমদাইদা নীংতম্বগী মহাও খঙদনা চৎখ্রবোইরে। ঐখোয় খঙঙি মহাক্না তাল্লল্লিবা কংলাগী নীংতমবা অসিমক মীয়ামগীনি। মণিপুরগী মীয়ামগীনি। মীয়ামগীদমক চঙশিল্লম্বনি। ইতিহাসকা মরী লৈনবা কলা সংস্কৃতিগা মরী লৈনবা কেমেরানা কেপচর তৌবা ঙমহৌদ্রবা ৱারী শীংবুল কয়াবু ৱাখলগী তুরিনা খুৎপায় চেৎনা পায়রগা মণিপুরগীদমক কখোকপা অমগা লোয়ননা চেকসীন্না য়েক্লম্বা অয়েকপা লাইশিংদি মরোল লোল্লি। ৱা ঙাঙলি। হৌখ্রবগী ইতিহাসপু চীন্থাং য়ৈনা হৌজিক্কী মীরোলদা পাউ তল্লি। কখোকপতনা মশরুক ওইখ্রবা মহাক্তি অশেংনা লন্নি

মণিপুর ইমাগী। য়ুম্ফোঙ খুদিংদা খঙদবা লৈতে মহাক। আরকেসিএস হায়বদা হেক্তমক খঙঙি। কংলাবু মণিপুরগী মীয়ামদা খুৎশিন্নরমদাই নুমিৎ খরনিগী মমাঙদা মণিপুর সরকারনা কংলাগী শক্তম অমা য়েক্লনবা থৌদাং শিন্নরকখি। অয়েকপা অসিমক প্রাইম মিনিস্তরদা খুদোল তৌখিবনি। কংলাবু মীয়ামগী ওইবা ফংগদৌরে হায়বসিদা হরাওবনা থুমহৎলবা মহাক্লা মশাগী অনাবা অদু ফাওবা কাউথোক্লুনা য়েকখি – Kangla - the glory of Manipuri civilisation, লাই অসি চীফ মিনিস্তর ইবোবীনা প্রাইম মিনিস্তরদা খুৎশিন্ননবনি। য়েকপা লোইখি, নবেম্বরগী ১৭, ২০০৪ দা শেংলবা কংলাবু মীয়ামদা খুৎশিন্নগদবা নুমিৎ অমা ওইরিবা নবেম্বরগী ২০বু নিংথমগী মোল্লবা লৈচীন মরক্তা ঙাইখি মোমোন্নরদুনা। থিংবা ঙমদ্রবা মতমগী ঈচেলবু ঙাইবদা ওম্মোক্লা ৱানখি মণিপুরগী মীয়াম। থুংলখি নবেম্বরগী ২০, ২০০৪ না মোং হাদনা।



*সনখ্যা আরেকেসিএসকী পঙনা উদবা, তাই পুন্দুনা কেবগী শক্তম*

প্রাইম মিনিস্তরগী লোয়নবী গুরসরন কোরনা আরকেসিএস আর্ট গেলেরী য়েংবা লাক্কদবগী মাঙজৌননা রিহার্শেল তৌননবা চঙলকপা মতম এন. ই. তি. ভিদা মহাক্কী অরোইবা মতমদা পাঙথোকখিবা থবকশিং ময়েক শেংনা শন্দোক্লিঙৈ মতম কংলানা মীয়ামগী ওইগদবা সুপ্পগী পুংজা থরদা ঙায়শিল্লক্লবা মতমদা মহাক্কী অরোইবা স্বর অদুসু

থুংলখি। কনামত্তনা থিংবা ঙমখিদে। মীকুপ থুদিংগী শেন্নরিবা অশিবা কৌবা মহাক্লা মণিপুর ইমাগী তাঙলবা মপারী অসিবু নংহৌররোই মতাগুম পুদুনা চৎখি। অসুক শাংলবা মতমসি মসিতবু ঙাইদুনা লৈরম্লিবরা? কংলাবু শিন্নবা নুমিৎ অসিখক্তবু ঙাইদুনা লৈরম্লিবরা? মহাক্লা অরোইবা ওইনা য়েকখিবা কংলাগী শক্তমদুনা প্রাইম মিনিস্তরনা পুখ্রে অদুগা ঐখোয়গী অশেংবা লাইফমলেন ওইরিবা কংলাদুবুনা মণিপুর মীয়ামগী ওইহৌরে। মসিগী শিন্নবগী নুমিৎ অসিখক্তবু ঙাইদুনা লৈরকখিবরা?

আরকেসিএস তি নত্তে শুপ্নতগী লাইয়েকপা অমা। মহাক্তি মহাক্কী হকচাংদি ইতিহাসকী লামায়শিংনি। মথং-মথং মহাক্কী হকচাংদগী চিংথোরকপা ইতিহাসকী লামায়শিংদুনি হৌজিক উরিবা। অদুননি মহাক্কী লাইসিংবু হেক উবদা ভারত্তা সাউথ কোরিয়াগী এম্বাসেদর ওইবা কিউং তি পার্কনা হায়রম্লিবা “Brilliant works. We can understand recent history of Manipur through these paintings.” অমুকসু ক্যুবাগী দিপুতি চীফ মিসন ভিক্তর রামিরেজ রিংনা হায়রম্লিবা – “A very quick way to come to know the history of Manipur expressed in a colourful nice way.”

য়াম্না অঙাং ওইরিঙৈদগী লাই য়েকপগী কলা অসিমক লোয়নদুনা লাকখি। করিগী লাক্তনি? অপোকপা য়ুমজাওসনা মপুবোক গৌরসিং মমিং চৎখিবা লাইয়েকপা ঙাক্তনি। মহাক্কী ঈদা করিগী য়াওরোই? হৌজিকসু মচানুপা বুধিমন্তদা অমুক লৈহৌরি। অঙকপনি কলা অসিগী মগুণ। অঙাং ওইরিঙৈদা ওজানা পারা তাক্লিঙৈদা ওজানা তাকপা পারাদু তাবগী মহৎতা ওজাদুগী শক্তমদু মুন্না য়েংলগা য়েক্তুনা লৈরম্বদগী চৈখিবা অদুদগী কোন্না বর পীখিবগী ব্বারী কয়া লৈরি। অনীশুবা লাঞ্জাওদা লাঞ্জেনবা য়াওখিবা য়েকপদি লেপখিদবা লীলা দ্রামাসু য়াওখিবা শান্ন-খোৎনবদসু থব্বায় য়াওখিবা লাইয়েকপগী কলা অসিবু শন্দোক্লবা হোৎনবদা মায়কৈ কয়াদা থুংনা চৎখিবা কলা অসিনা হিংনবা শিন্ফম অমা ওইনা লৌখিবা হৌরক্লিবা অঙাংশিংগীদমক

লাইরিক কয়া ইখিবা পোক্লফম লমদম্বু নুংশিহন্নবগী ইথিল পীখিবা চোকথবা নাইদনা মহাক্কী খোঙচৎ তশেংনা লান্মী অমনি পুন্সি ঈপাক্তা।

সিনেমাগী পোস্তর য়েকপা মূর্ত্তি শাবা অমথক ওইনা মপুন্সি লোমখিবা আরকেসিএসতি নৎখিদে। য়েক্লম্মী মপুন্সিদা মশীং থীঙমদ্রবা পোস্তর কয়া। অদুবু মণিপুরবু অমুক্তং হন্থনা য়েংলকপদা উখি অৱাৎপগী অৱাৎপা ময়াম। ইতিহাসকা মরী লৈনবা অয়েকপা লাই মরাঙ কায়না লৈতবা আর্ট গেলেরী লৈতবা লাইয়েকপশিংগী সমস্য কয়ানা পীক থনবা ফীবমশিংসু উখি। মপান্থোংদা উরিবসি নত্তবদা মপানগী মী কয়ানা মণিপুরীশিংবু উরগা হন্থনা খনবা লক্কবিরকপা করেম্নরকপা কয়াসু থেংনখি আরকেসিএসনা। কলা সংস্কৃতিদা ইনাক খুঞ্জবা চহী লীশীং অনী হেনবগী মশাগী ইতিহাস লৈজরকপা নিংথৌ পানবা লৈবাক অমা ওইনা মনীং মখা তন্না লৈরকখিবা লৈবাক মচা অসিবু উশিৎপিদবা হায়বসি মণিপুর মীয়াম্বু উশিংতবনি। মণিপুরবু হন্থনা খনবনি হায়বসি আরকেসিএসকী পুক্নীংদা ফাওখি। মতমদু ১৯৭৫গী অদুৱাইদনি। খল্লকখি থম থেংনা মণিপুরীগীদমক। ১৯৮০দগী ১৯৮৫ ফাওবা অরিবা লাইরিক কয়া পাদুনা পণ্ডিত কয়া উনদুনা রিসার্চ তৌবা হৌখি। য়েক্লকখি মণিপুরগী ইতিহাসকা মরী লৈনবা লাই কয়া ৱাখলনা শাগৎতুনা। অয়েকপা লাই ময়ামদু পুথোক্তুনা সোলো একজিবিসন অমা ১৯৯০ গী জুনদা ইম্ফালদা পাঙথোকখি। চোকথবা নাইদ্রবা আরকেসিএসকী হকচাংদা ইখঙ খঙহৌদনা ১৯৯০গী আগষ্ট থাদা স্ত্রোক অমা তৌরকখি। চেনাইগী এপোলো হোস্পিতালদা পুখি। লাইবক থীবনি আরকেসিএসকী পুন্সিদা খ্বাইদগী মমল য়ামজরিবা মীৎ অনীগী মনুংদা য়েৎথংবা মীৎ অদু কায়নখি। অদুবু হোৎনবদি লেপখিদে। শুপ্নগী মীৎ নাম্মখক্তুনা মথং-মথং য়েক্লকখি। ইতিহাসকা মরী লৈনবা লাই ৭২গী মতেঙনা ১৯৯৪দা আরকেসিএসপু লিমকা বুক ওব রেকোর্দসতা চনখি।

কেমেরানা কেপচর তৌবা ঙমহৌদ্রবা ফুঙ্গা ৱারী লীৱগী কৈথেলগী অতৈ অতৈ লাই ময়াম অমসু মথং-মথং য়েক্তুনা এক্সপ্রেসন মণিপুর হায়না মিংথোনবা একজিবিসন অমসু পাঙথোকখি। মহাক্কী

অয়েকপা লাইশিং ঙসিদি মখোঙ পাল্লদুনা পৃথিবীগী মফম শীন-থুংখ্রে। ভারতকী মরুওইবা মফম কয়াদা মহাক্কী অয়েকপা লাইশিংনা ঙাম্লোইরি। ওপন একজিবিসন ওইরি। মণিপূরদা লাকপা পৃথিবীগী মী অমত্তনা মহাক্কী গেলেরীদা চঙদবা য়াওখিদে। অয়েকপা লাই অমমম্‌গা লোয়ননা হনখিগনি। মণিপুরবু শক্তাক্লিবা অচৌবা এম্বাসেদর অমনি আরকেসিএসতি। মপুং ফানা লৈতেংদুনা লৈরবা গেলেরী অমগী মঙদি মাঙখিদবা নত্তে। মঙ অদুমক ২০০৩ গী মেগী ৫দা আরকেসিএস আর্ট গেলেরী হায়দুনা কৈশামথোং ইম্ফালদা লৈবা ময়ুম্মক্তদা মঙফাওনখি। পৃথিবীগী মফম শীনথুংনা আরকেসিএসকী লাইনা লাঙ্গোয় চনশীল্লক্লবদা অৱাৰ্দনা করি তৌনরুনি।

মহাক্কী মপুন্সিদা থেংনখিবা কয়াদুবু খোমজীন-তাশীল্লগা ইরম্মী মহাক মশানা মশাগী মরমদা ইবা পুন্সি ৱারী। লাইরিক ওইনা ফোঙদোরকপা মতমদসু শোয়দনা খঙলগনি মমল য়াম্লবা মণিপুর ইমাগী শেংলবা মপারী রাজকুমার চন্দ্রজিৎসনা সিংহ। কৈশামথোং লোংজম লৈরক্তা ১৯২৪ গী ওক্তোবরগী ১৩ দা য়ুমজাওসনাগী মপারী ওইনা ফংজখিবা চন্দ্রজিৎসনাগী য়ুম, ইশ্বোল অমুক হোংদোরকখি ১৯৬১ দা কৈশামথোং মচীন্দা। মহাক্না য়েকখিবা লাইশিংগী একজিবিসন কয়া মণিপুর মনুংখক্তদা নত্তনা মপান্দসু কয়ারক পাঙথোকখ্রে। মসিমক্না আরকেসিএসপু শক্তাকপদা নত্তনা মণিপুরবুসু ময়েক শেংনা শক্তাকখি। মমল য়াম্লবা মণিপুর ইমাগী শেংলবা মপারী অসিগী অরোইবা নুমিৎকা কংলাবু মীয়ামদা শিন্নখিবা নুমিৎকা ওন্নখি। তাইবঙ শেম্বা মপুনা মসিবু থওইনা ঙাইদুনা লৈরল্লিবরা? নুমিৎ অসি কয়াদা মমল য়াম্লবনো? নবেম্বরগী ২০, ২০০৪ কাউবা ঙম্লরোইদবা নুমিৎ অমদি ওইহৌরগনি। য়াম্না থাজদবা নুমিৎ অমদা ইতিহাসকী লামায় অমদি খুনজিনবিখরে। মসি মতম পুন্নমক্কীদি নত্তে। হৈরাংনা হৈমুন ফারগা হৈখোঙদা কেনবগুম অরিবা মরুদুনা অমুক অনৌবা ময়োল চোংদুনা হৌরকপগুম ইতিহাসকী লামায় অমনা খুমজিনখ্রবসু অমুক হাংদোরকখিগনি মথং-মথং ইতিহাসকী লামায়দি। মসিমদি ফনা কন্না হোৎনরবসু অশিবা কৌবা মহাক্না থিংবদি ঙম্লরোই।

## OBITUARY

**Fr. Peter Bianchi sdb**
St Joseph's H.S. - Lower Shajouba
Tadubi 795 104

On receiving the news of the departure of R.K. Chandrajitsana (known as R.K.C.S.) I was deeply saddened and in my capacity, I raised a prayer to the Lord for the repose of his soul.



*RKCS with Italian Father Peter Bianchi*

I was not very conversant with him, but his fame was all around as an outstanding painter, so as I was planning to adorn a church in Maram with paintings I thought of approaching him for such a work. Of course I had seen also some cinema posters of his here and there in the town of Imphal. When in his residence I could admire several paintings of high quality, my belief in his capacity as an artist rose even higher. My trust his artistic capacity was highly rewarded. Of course of lately his son of whom

he had been a mentor was taking charge of the actual painting, his age and health not permitting him to do heavy work, but his guidance was always there and so his artistic capacity is living in his son.

After the first time there were other times that I availed myself of this centre of art to adorn my church and school premises and I think I will continue to do so even in future sure that I will be fully satisfied.

Indeed Manipur can be proud of such an excellent centre of art, the fame of which will surely spread far and wide in the world.

# A MOMENT OF DESTINY, FOR THE DEPARTED

**K. Sorojkumar Sharma**
**'Times of India'**
November 23, 2004

Times News Network,
**Imphal :** Had he passed away a few hours later than he did on Saturday, Rajkumar chandrajitsana Singh would have been able to witness his last work of art being received by Prime Minister Manmohan Singh from the hands of Manipur's Chief Minister Okram Ibobi Singh at Imphal's historic Kangla Fort.



*RKCS with Richard F. Celeste, former US Ambasador to India*

On Saturday two different paintings on Kangla by painter Chandrajitsana, popularly known as RKCS, were presented by Ibobi Singh in the presence of the director-general of Assam Rifles to the Prime Minister around 4 p.m. The painter was not there to savour the emotional

moment ... he had breathed his last at 11 a.m. at the ripe old age of 81. The doyen of Manipur's modern-day artists, RKCS had created no less than 10,000 canvases in his lifetime.

In a strange tryst with destiny, three significant events with a bearing on an issue close to every Manipuri's heart occured within hours of each other. RKCS's demise, the handover of Kangla fort by the military authorities after 113 years and a beaming Prime Minister accepting the gift of the canvas titled 'Kangla – The glory of Manipuri Civilisation'.

Singh's wife wife Gursharan Kaur even cacelled her proposed visit to the RKCS Art Gallery at the painter's Keishamthong residence here on Sturday afternoon because of his demise. Chandrajitsana, a household name in the state, had produced over 10,000 works of art in his lifetime. He is survived by his wife R.K. Leirikshija, six sons and two daughters.



*RKCS with American ISKCON television team*

"My father would have been so happy to see his last painting being gifted to the Prime Minister on such a

historic day. But destiny willed it that he would miss this defining moment by just a few hours," a dejected R.K. Budhimanta, one of RKCS's sons, told ToI.

In the later part of his life RKCS's brush and artistic muse dwelled mainly on themes from the culture and tradition of the state, Budhimanta said, during which he depicted different epochal moments in the history of Manipur and of the fort on canvas "Kangla was very close to my father's heart ... he stayed awake the whole night weeping when a section of the Govindajee Temple located inside the fort had crumbled in July last year."

RKCS in his time had emerged the most distinctive artist Manipur has produced in recent times. His name was featured in the **"Limca Book of Records"** in 1994 for the largest-ever solo exhibition on historical paintings in Imphal in 1990.

Prominent collectors of his works of art include C. Gimson, British political agent in Manipur in 1946, Ephraim Dawek, former ambassador of Israel to India, several other ambassadors and a battery of International figures.

# আরকেসিএসনা নোঙ্গাখিগদৌবা চহি অমা ৱাৎলিঙৈগী থৌনা



থাঙ্গণী ডুর্গা পূজাগীদমক্তা আরকেসিএসনা ২০০৩ দা
য়েকখিবা ডুর্গাগী শক্তম

# A TRIBUTE TO RKCS ARTIST, PAR EXCELLENCE

By RS Jassal
**"The Sangai Express"**
29 November, 2004



*Ema Keithel, a painting of RKCS*

In my individual capacity, as a lover of Fine Arts, (painting sculptures Music and artistry for which Manipur's name is synonymous to) I wish to offer the following tributes to RKCS on the sudden demise on the day which was destined by God Almighty to synchronise with the presentation of his famous paintings on Kangla – one by the Chief Minister and the other by Lt. General Bhopinder Singh (AVSM), Director General Assam Rifles on a rostrum honoured by the grace of the Prime Minister, Dr. Manmohan Singh, His Excellency, The Governor of Manipur, Dr. Shivinder Singh Sidhu and Shri O. Ibobi Singh, the CM of Manipur with 25,000 citizens, bureaucrats and the most prized privileged commodity - the people of Manipur in attendance. I am reminded of a famous quote.

"The greatest mystery is not that we have been flung at random between the profusion of the earth and the galaxy of the stars, but that in this prison we can fashion images of ourselves sufficiently powerful to deny our own nothingness." – Malraux. This is the right message I get from the study of paintings of late RKCS and I wish some more budding artist from Manipur to catch on the most privileged bounties of nature prevailing sufficiently in Manipur to enjoy setting sun views from Tamenglong with ocean deep river & rivulets covered with misty sun rays piercing through clouds of cotton bales projecting diversified colours through shifting clouds, with serrated mountains down below stealing the show.

I am ardent admirer of the paintings of RKCS. I have attended at least three of his exhibitions on his painting here in Manipur. Such figures appears on earth in rarity. My earnest tribute will be complete when I hear before my adieu to mother earth planet that his art has exhorted many more in this field. Sharing the grief and loss with his family members and art & culture community I pray to Almighty God, to grant permanent peace to his departed soul. I wish to end my sentiments with one couplet from an English poem written by a young girl Harkirtan Kaur from Ludhiana (Punjab) titled

– A Bit More -

*"In this wonderful world,*
*We laugh, rejoice and play,*
*It seems an endless relay,*
*And one fine day while*
*Man is breathing his last*
*.......................... hopes, God, bit more!*
*I thus end with scatological thought*
*O! A! God give more share of art to Manipur"*

# MANIPUR PAINTER RKCS LEAVES BEHIND ART DEPICTING TIMES THAT BIND
# AHOM HISTORY ON MEITEI CANVAS

**Anupam Bordoloi**
**'The Telegraph'** 25 November, 2004

**Imphal, Nov., 24 :** Among rows and rows of paintings hanging neatly on the walls is one marked 13, depicting a princess with her sword drawn and about to strike a blow on the head of a man genuflecting on the floor.



*The visit of George Fernandes at RKCS Art Gallery*

The scene depicts an event in Ahom history, brought to life by the legendary Manipuri artist Rajkumar Chandrajit Sana Singh, better known as RKCS. The painting is also a living tale of Assam's links with Manipur, which the artist is credited with reviving from the obscure pages of history.

RKCS passed away on Saturday in his Imphal residence at the age of 81, just a few hours before his last painting was presented to Prime Minister Manmohan Singh during the historic ceremonial handover of the Kangla Fort to the people of Manipur.

"The painting on Ahom history was very dear to my father because he took pride in reviving an almost forgotten chapter of history and putting it back in people's memory," the artist's third son, Budhimanta, said.

Like his illustrious father, whose name is inscribed in the ***Limca Book of Records,*** Budhimanta is an award-winning artist, The family tradition of painting was started by his great-grandfather.



*The Killing of Ragha Moran by Kurangunayani*

The painting by RKCS shows Meitei queen Kurangunayani slaying a rebel leader, Ragha Moran, who had usurped the throne of Ahom king Lakshmi Singha. The latter had ascended the Ahom throne in 1769 after the death of his brother, Rajeswar Singh, who was married to Kurangunayani, daughter of the Manipuri king Jai Singh.

**History in all its colour**

Budhimanta said his father took delight in explaining the significance of the painting, particularly how the Meitei princess tricked Ragha into genuflecting and then struck the fatal blow.

RKCS' fascination for history also led to his most ambitious project, 72 exquisite oil colour paintings done over 10 years. The set of paintings – covering the period 1709 - 1949 – depicts the turning points in Manipur's history. The novelty of the series was recognised in the 1994 edition of the Limca Book of Records.

Though he never hankered for honours and awards, RKCS was "very pleased" with the appreciation his set of paintings received. "Nothing gave him so much satisfaction as this set of paintings", Budhimanta said. "it was his crowning glory."

During his lifetime, RKCS hosted anybody of consequence who happened to visit Imphal. "It has almost become a tradition. From K.P.S. Gill to former defence minister George Fernandes, almost all dignitaries who visited Imphal paid a visit to my father's private gallery", Budhimanta recalled. In a page of the visitors' notebook at the gallery is a simple message : "Thank you for sharing your talent and your sense of history. You bring us closer to Manipur and its people, in most glorious fashion. We love you works." The signature below the message belongs to Richard F. Celeste, the former US ambassador to India.

The book would certainly have had one more notable entry had fate not willed otherwise. On Saturday, the Prime Minister's wife, Gursharan Kaur, was scheduled to visit RKCS' residence, "He passed away shortly before her scheduled arrival and the programme was cancelled," Budhimanta said.

## CONDOLENCE NOTES

Imphal
November 23, 2004

It was really a great shock to learn the sudden demise of the great painter and Artiste the son of Manipur, Shri R.K. Chandrajitsana Singh (Popularly known as RKCS) on the 20th of November, 2004.

He had contributed quite a lot of treasures to the wealth of the state. He was a very rare genius in the profession. We the people of Manipur feel proud of him and we shall ever keep up his cherished goal of identifying the culture of the state distinctly to the people of the world.

His death is an irreparable loss of our society. I deeply condole and share the grief and sorrow of the bereaved family.

**M. Nara Singh**
MLA, Wangjing Tentha Kendra

—— x x x ——

